# চেনখিদ্রবা ঈচেল

বদরপুর জংশনদনি। শক খঙনবা কনাগুম্বা মক্পপ-মপাং থেংনগদ্রা হ য়ত্না কোইচৎ-চৎতুনা কোইথি-থিবদা ফংখিদ্রে। কান্নদ্রে ফমফম কল্হৌবনা ফরে থনত্না সেকেণ্ড ক্লাস কম্পার্টমেণ্ট অমদা কাখৎলে। মী অমত্তা কাখৎলমদ্রি, ঐনা ইহান হুংদ্রে। ফানশাং অমদা 'হোল্ড-ওল' শন্দোক্লগা ফমথরে। যাত্রীক মযামগী কোয়চেন-চেনবা কোয়-ল উ-লাউবা অদো ঙাইহাক যেংঙম্লগা তনশিল্লকতুনা 'হুইলার' দগী লৈবকপা 'হিন্দুস্থান-ষ্টেণ্ডার্ড' অদো হাংদোক্লে। মনাইগী হেড-লাইন হেক পাগে তৌবদা নাকোং মনাক্তা কামাশল্লরে — "চাগ্রম, চা-গ্রম, চাগ্রম।" হাংদোক্লিবা থোঙনাউ অতুদা মঙক লিংশিল্লকতুনা তৌররে — "চা লাগে বাবু, গরম সিঙ্গারা।" খোঙদো শাউগৎপগী জাৎতা লোইরে। অতুবু চৈরুবাদ য়াদবনিনা 'না' তমক হ'যত্না মায় লৈথোক্লে।

খবরদমুক মায় ওনশিল্লে। চাউর চাউরবা ময়েক্তা হেড-লাইন ইরিবদো মীৎতা পাল্লরে, "চীনানা ভারত্তা অমুক হল্লা লান্দাররুবা মেকমোহনগী মনাক্তা লাম্মী থোমজিল্লক্লে।" পরেং অম-নীদগী হেন্না চৎথবা নংহৌদে। অমুকন্থ তৌররে — "পান-সিগ্রেট, বাবু, পান-সিগ্রেট লাগে?" হন্দমুকতি শাউরপ তৌনা লাউরে, "নৈ।"

হুন্দাক্ত থো শুকশা-শাররোই খল্লে। খবরদগী মায় শুকহাই-হাইগৎত্রেগা লোইরে।

মীৎনা য়েংঙু্রবস্থ কম্পার্টমেণ্ট অতুদা মী অম-মম অনী-নী কাথোক-কাপিন তৌরিবতুদি খঙবা ঙমই। কানিংবমথৈ কাজবা হায়বতুনি। ঐগী ইথো লৈতে। ঐগীতা সোয়দ্রগা লোইরে। খবরগী পাউস্থ মমুঙাইরি। 'চৌনানা কলম্বো-প্রস্তাব থৌশাদ্রে।'

“হাইমা, ঐখোয়গী ওজানিনে!” খংপ্রেক খংই। কুইনা তাথিদ্রবা নুপীগী খোঞ্জেল অমা ইনাক মক্তদা! খবরদগী মায় লৈথোক্তুনা হেক য়েংখিবদা নোকমি নোকমি তৌতুনা লৈরম্বদো উরে। শক্তম অদো খরা ওস্তোক্লম্লবস্থ খঙবদি ঙম্লে। পম্লম্লিবা অঙাং অদো ফানশাং অতুদা থম্লগা নোম্থতুনা খুরম্লরে। লোয়নরক্লিবা মশক মতৌ ফজবা আনোক উপ্পা নুপা অতুস্থ মথুৎ লোন্নতুনা নমস্কার তৌররে। নুপা অতুবু মশক খঙদ্রবস্থ মহাক্কী মপুরোইবা ওইরম্বা য়াই হায়না খল্লে। অতুবু অতৈ অতোপ্পা মরী-মতাস্থ ওইরম্বা য়াইদনা! চিংনবা কোক্লবা ঐনা হংঙি,— “বীণা, ঐদি অসোমবু —।” বীণানা ইকাইরপ তৌতুনা নোকমি নোকমি তৌরকই।

মতৈ-মনাও হায়বদো অসিন্নিদনা। হায়নিংঙাই লৈতনা চানৈ। বীণাস্থ মশক-মতৌ রাৎতবীনি। মপুরোইবা অতুনা মাঙগী ফানশাং অতুদা হোলড-ওল শন্দোকপা লোইখরে। মতৈ মনাওমক ফম্লে, অতুগা অঙাং অতুবুস্থ মথোয় অনীগী মরক্তা ফমহল্লে। মমা-মপা মশক-মতৌ ফজবগী মচান, মশাস্থ কয়া ফরে। য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে। ঐখোয়গী জীতেনস্থ হৌজক ফাওবা লৈরম্লবদি —।

অঙাং অতুবু মুন্না য়েংতুনা রাখল তৌতুনা লৈরুরমাল্লে, বীণানা রাখলগী লংলা খংথৎ থদংলকই, ‘কুইরেদা ওজা উন্নদবা। কদায়দা লেঙগদৌরিবনো?’

চুম্মি, কুইরে উন্নদবা। ঙসি চহী মঙারোম হায়রবা হায়তুনি। মহাক্না মেত্রিক থাবা অতুগা ঐনা লুহোংবা চহী অতুদগী উন্নখিদ্রবনি। অতৈ ওইরম্লবদি কাউনবা ফাওবা য়ারবনি।

"শিলোংদা চৎকে নখোয়না কদায়দনো ?"

"ডিগবোয়দনি। ছুটিগী য়ুমদা লাক্লগী।"

নীংশিংলক্রে, নোংমা মপানা ৱারী শাখিবগুম তৌই, ডিগবোয়দগী কদায়দনো ঐনাগী হুপা অদো থবক তৌরি হায়না।

ট্রেইন থারে। অঙাং অতুনা মপানলোমদা মমীৎ কুপ্তুনা মাঙোন্দা নৌনা থোক্লিবা সংসারগী শকক্ম মুন্না যেংতুনা লৈরি। মরূপ-মপাং মরী-মতা থিন্দোকপা লাকপা ময়াম অতুনা মখুৎ হাই-হাইতুনা প্লেট-ফোর্মদা লৈহৌরে। কনাগুম্বনা নোক্লা নোক্লা কনাগুম্বনা মীৎলুদগী ঈরা শিন্তুনা বিদায় পীরি। ইলেকট্রিক থাউমৈনা ভানবা জংশন তপ্পা তপ্পা তুংলোমদা লৈহৌরে। মপানলোমদা পূংম মমথরে। অতিয়াদা মশীং লাকওমদবা থরান-মিচংকতদি ল-ট্রিক লংত্রেক ল না থোকলি। অমম্বা অতুদা কিবনরা করিননো অঙাং মচা অদো মমায় ওনশিল্লক্রে।

"ঐগা ফম্মিন্নসি লাও, ইবুঙো।" হায়তুনা অঙাং-মচা অতু চিংশিনতুনা ঐগী ইনাক্তা ফমহল্লে। করিমতা হংগোইবা উদে। থরা নোম্বতুনা কোনশিল্লগা ঐনা হংঙ, "ইবুঙো, নমীং করি কৌই ?"

"মাষ্টর দিলীপ সিং।"

"সাবাস্, সাবাস্।" অমুক হেন্না চেৎ-চেৎনা কোনশিনবিরে। "অতুগা নপাগী মমীংদ ?"

হন্দমুকতি খুম্মকরে। মপারোমদা মুন্না তঙক তঙক যেংতুনা লৈখরে। মপানা মতৌ অদো উরতুনা হায়রকই, "হায়বু, হাযবুদনা।"

"শ্রীরণজিৎ সিং।"

"ও ! হাউ নাইস্ !"

তানজা অতুদা থোং লানবগী নিনবনা ৱা ভাংবা তান্নদরে। থোং লানবা লোইরগা দিলীপকী মপানা ফুক হোগত্তুনা হায়রকই, "ৱারোবা য়াদে। ওজাখোয় মখাদা ৱারী শাবিহৌখো। ঐ মথক্তা কাখৎচন্নগে। তুমনিংবনা শিগদৌরে। ঙরাংসু তুমজহৌদ্রে।"

চেনখিন্নবা ঈচেল

হায়বগা অহুম বাঙ্কতা কাখৎখরে। ঐনা ভাইহাক ব্লারী শাখিসি হায়তুনা থাম্বকা তাখিদরে। মহাক্না কা'খৎখিবগা ঐখোয়স্থু ব্লারী হৌদোক্লদ্রে। বীণাস্থু মপানগী অমম্বরোমদা মমায় ওনশিনদুনা মমীৎ কৃপ্তুনা কারিনো অমা য়েংহুনা লৈখরে। যেংভিবা অহুদি করিনো খঙদে। হৌখ্রবা পুন্সিগী অব্লা-ন্নুংভাইগী থৌদোক কয়া ঙসি ইখঙ-খঙহৌদনা মীৎয়েংদা মথং মনাও নাইনা লাক্লবরা! মহাক্কী ব্লাখলগা লোয়নমা ঐস্থু ইখঙ-খঙহৌদনা পুন্সিগী মতম কুইনা লংথোব্লম্লবা লমদাং অমদা থুংখিবা খঙহৌদে।

কয়া কুইনা উংহুনা লৈক্লরবা হায়বা ঙমদে। বীণাগী ব্লাহং তাবদা মীকপ খঙথোক থোক্লকই, "ইনম্মখোয়দি করি থোইদোকপা তৌদেদনা।"

অঙাং অদো ঐগী ইনাক্তা লৈরমদ্রে। মমাগী মনাক্তা তুমহুনা লৈরমলে। করম্বা মতমদা মমানা লৌশিনখিবনো ভা'ব ত'হৌদ্রে।

মহাক্কী ব্লাহং অহুগী পাউথুম ভস্মিমথৈ য়াংনা পীরে, "চহী অনী শুরে ঐবু থাদোকতুনা চৎখিবা অতোপ্পা সংসার অমদা।"

ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক হংলকই, "ন্নুপামচা অহুদি?"

"মহাকস্থু মমাগী মতুং ইনথরে। চহী অমা ফবে।"

ভসাইমথৈ মহাক্কী মাযথোংলোমদা যেংহ্রদে। মহাক্কী ব্লাহংগী পাউথুম মাঙেন্দা ওনশিনদনা পীরমই। অরোইবগী ব্লাহং অহুদা থেম্নোক অমা তৌর হায়তুনা য়েংখিবদা উরে; মহাক্কী মীৎলু অনীদগী শিন্থরম্লিবা ঈচেল অদো। অসিনি বীণা। অসিনি মহাক্কী অশেংবা শক্তম। মীগী অব্লা-অনাগী পাউ তাবা য়াদে হেক্তা মীৎলুদগী ঈরা শিন্থবকই। খঙলে, মহাক্লা ঐগী দমক ব্লারিংদো। যেংথোক-যেংশিন তৌবিনবা কনামত্তা লৈতহুনা ঐনা ব্লারমগদবা অহু মহাক্লা তরং তব্লং উরে। স স্যারুগী কৃরিমত্তা থৌশাদবা মহাক্কী ওজাবু মহাক্লা নিংথিনা মশক খঙই।

মতম অহুদা ঐ স্কুলগী ওজা ওইরি। তোলোবনা পীকপনিনা টিউশনস্থু খব্লা তৌরমই। টিউশনদা মীং হাইকেৎ চৎথিবদগী ছাত্র

ঋাংলমদে, ছাত্র পুম্নমক য়ুমদা লাকতুনা তম্নমই। বীণাসু মহাক্কী মরূপ ইবেম্মলগা তম্নমই। মৈত্রিক্কী ছাত্রীনি। থরাইসু য়াম্না য়াওই। মাইল অমদগী হেন্না লাপ্পা মফমদগী লাক্লবসু চংঙকপা খুদিংগী নোংমতা নোকমি নোকমি তৌদবা য়াওদে। ইবেম্মাল লাকত্রবসু মহাকতি নোংমতা সোয়বা তৌদে। লাকপদা সুমিৎ খুদিংগী লৈহাউ-লৈরেন থরসু পুরকপা কাউদে। ইন্দোমচাখোয় ময়ামগী থুংদ্রবসু মহাক্কী ওজাগী অমদি নোংমগী সোয়দে। ইন্দোমচাখোয়না মাঙোন্দা লক্লবি, "কয়াদা সুংশিজখ্রবা ওজানো ! মহাক্কী ওজাগীদি সোয়দবনি।" লক্লবদো তারগা ইকায়হনা বীণানা নোকমি নোকমি তৌহনা মরায় লূকথজে। মরক মরক্তা লাইরিক ফাদে হায়হনা ওজা ওইবগী হৌনবী রাহৈ অম-নীতং ঙাংঙু বদা মপী হেক্তা শিন্থরকই।

নোংমা ইন্দোমচাগা ঐগা সুপী থিবগী রারী অসুম শান্নবদা ঐনা হায়, "ঐগীদি সুপী কদায়দগী কোংলুগনি ? ঐমুক লাইবক থীবা লৈরম-থিগদ্রা ? সুপীমতনা ঐবু সুংশি হায়বসি উদে।"

ঐগী পুক্লিংগী ইতিং-তিংবা রা অদো তাবদা ইন্দোমচানা হায়রকই, "সুপা অতৈবুদি সুংশিরগা নঙবুদি সুংশিরোইদৌরিবা করিগীনো ? নশক-নতৌ রাংলি হায়বসু নত্তে। সুপীনবুদি মচীম্না থোক্লা হায়গদরদো ?" মীৎয়েং-নাযেং মওং-মতৌনা ফোঙদোকপনি। নঙনা খঙদহনা তৌবনি নঙসে থরসু ভাব ভাগনদে। নাত্রং অমদা চৎপা জাংনি।"

ইন্দোমচানা হায়খিবদো কয়ামুক চুম্বগে হায়বদো মতম অহুদা খঙবা ঙমখিদে। থা তরুক মতুংদা বসন্তগী কোকিল-খোঞ্জেলনা পূমনিলনিনবা কোরৌ নোংজা অমদা নাকেনখ্রবা পামেল শিংগা লোয়ননা ঐগীসু পুন্সিগী অনৌবা য়েঙ্গিং হুনথি। ছাত্রী পুম্নমকতি সুমিৎ অহুদা লাকতুনা মখোয়গী হরাও-তয়াম্বা অদো উৎলৈ। তৌইগুম্বসুং বীণাতদি করি তৌহনা তৌবনো থঙদে, লাকতে। ইন্দোমচানা হায়বদো চুমত্রা হায়বা মহুদতা খঙবা ঙমখি।

করম্বা মতমদা তুমথখিবনো খঙহৌদ্রে। ষ্টেসন অমদা গাড়ীনা থংলেপ লেপ্পগা লোয়ননা মীকপ থংথোক-থোক্লকই। মীৎ হেক

পাংথোকপদা হকচাংদা শাল অমা শুপতুনা লৈরম্মে। পূমণক শুক্লে. ঐবু ঙসাই তুম্বা মতমদা হকচাংদা ফী অমত্তা শুপখিদেনা। অহুগী মথক্তা শাল অসিস্থ ঐগী নত্তে। খঙলে, মসি বীণাগী থৌদৌনি। অহীং চৌংলক্তা চৎপা মতমদা অয়িংবদগী মহাক্কী ওজাবু কম্নবা তৌরম্বা ওইবা তাই। মহাকন্থ হৌগৎলম্মে। “ইঙত্রে সে নহাক্কী শাল অসি” হায়রহুনা মাঙোন্দা পীশনখ্রে। দিলীপকী মপান্থ মথাদা কুমথরক্লে।

চীন-খা তেংবগা রারী-রাতাই শাবগদা ট্রেইন লমডিং থুংবা থঙহৌক্লে। গাড়ী শিনগদবনিনা পোৎ-চৈ পূম্নমক লৌথরগা কুমথরে। ওয়েটিং-রুমদা পোৎ-চৈশিং অদো থম্মগা রেলওয়ে রেষ্টুরাঁদা ঐথোয় পূম্নমক চৎলে। চাবা থকপা লোইরগা ঐনা পৈশা পীগে হেক তৌবদা শাউরপ তৌনা খোন কম্তক তৌনা বীণানা হায়রকই, “করিনোনে ওজাবু তাওখিরবরা?” অহুদগী ঈশিং-ঈচাওরম্বদগী থংকং কংথখিবগুম নোকমি নোকাম তৌহুনা শমথরকই, “ওজাগী থাহনগী করিমত্তা তৌবা ঙমজদবী ছাত্রী অহু নত্রে। য়ুম অমগী মপুনি। চহী মঙা মতুংদা মীংকুপ অমতং লমথাংদা মঙলা হারা উম্নবা অসদা ওজাগী সেবা তৌজবা য়াররোইত্রা?”

তুমিন্না তোকপা নত্তনা ঐগী উপায় লৈরমদে।

থীনদনা ডাউন ট্রেইন থুংলরে। মিনিট কুনমুক লেপ্লগা গাড়ী থাবগী হুইসেল তারক্লে। মখোয় অহুম্মক ঐবু থিন্দোকপা প্লেটফোম তান্না লাক্লে। ফুরিং থাউদগী লুপা মঙাগী নোট অমা পুথোকতুনা বীণাগী মচানুপা অহুদা পীরে। বীণানা মখুৎনে মশানে করিনো অমা হায়গে হেক তৌরকপা অহুদা ঐনা, “চুপ রা অমত্তা ঙাঙ্বা য়াদে,” হায়বহুদ' তুমিন্না তোকথরে।

থুরম্লবা লোইহুনা গাড়ীদা কাখৎলে। কাখৎপগা গাড়ী তপ্না তপ্না থাবা হোরে। মমানে, মপানে. মচানে — অহুম মখুৎ হাই-হাইহুনা থরা থরা তৌহুনা থাপতোকহৌরে। হাইফেৎ লাপথোরক্লগা গাড়ীনা থংথেক থেকচিল্লমদাই অহুদা মশেন-মরাং ওইনা উহৌরি, বীণানা মখুৎ হাইবা তোকতুনা ইল্লিবা ইম্নফী অহুগী ফীজিনা মীংলু অনী তৈথোকতুনা লৈহৌবদো। (১৯৬৩ ইং)

# চিন্নদনা কেনখিবা

শরৎকী য়াচংবা মতমনি। সেন্ট্ এডমাণ্ড্সকী চীংদোনদা তান্নমদাই হুমিংকী মশেক্তা উচান-পাম্বী মরক্তা কুফেৎ-কাফেৎ শান্নরি। নোং হাংথিবা কুইদ্রি। শংবানবা নাপীগী মতোনদা নোং-মরীক্তা তনিক তনিক য়াম্নহুনা লৈরি। ঝাউ-পাম্বী উচান পাম্বী মরকতা ঈরাং পাম্বা মালংগী ঈপোম্না খেংলবদা নোং-মরীক চরোং চরোং থিকথরি। অতিয়াদা অঙৌবা নোং মচেৎ মচেৎ কোক্টপাক্ট-পাইহুনা শান্নরি। অমুক্তা নোং তারকপস্থ য়ানা লৈরি। হৌজিকমক তাগদবাদি মানদে। তারগস্থ কনানা করি হায়গদগে? শিলোংগী নোংগী মহৌশানি। শিলোংগী নোংবু কনানা থাজবগে। মাংজোনবা পাউ-কা ইতাক-তাকতনা ইখঙ-খঙহৌদনা হেকতা মকাম্থ হৌরৈ মচিং অমা লাকপদা। অমুকস্থ খাই হেকতা মাঙখি।

ছুটিগী হুমিৎনি। থবক-থনাস্থ থোক্টনা লৈতে। অয়ুক ওস্তাদগী ইমুং-মচুংদা লৈবা ব্রাশিল্লক্লহুনা ব্রদার-সিষ্টার পুন্নমক কোয়বা থোক্লথরে। ভাইহাক্তং নোং হাংবসিদা পেন্না কোয়হৌদবা য়াদে। থম্মোয় পেন্না চুপহৌদবা য়াদে মহৌশাগী নিংথিজবা তনৌ-তনৌবা চিম্বান। কনানা খঙগনি, তাইবংপান অসি ওসিগী অহিঙ অসিদা লোইথিবস্থ।

ব্রদার এণ্ডারসনন্তদি মতোমতা কা মচুংদা আরাম-চৌকি অমদা লোংথাক লোংনা ভাথহুনা লৈরি। মায়থোং অদো ইমক-মক শিলি, চিক্তানা ইচোক-চোকখবগুম তৌরি। মখুংতা লাইরিক অমা

পাহবিবদো কাউখরে। খোঙজাও অহু ঙাশিন্দুনা লৈরি, খোঙনাউশিং অহুদি হাংদোকলি। নোং চুরিবরা হাংখরবরা হায়বহু ফাওবা
ভাব তারমদে। করিনো হৌজিক তৌগদৌবা ? কয়া শাথিখরবা
পাপনো মহাক্না লংজরুরিবসি ! কবি হায়না ঈশ্বরগী মফমদা
পাউখুম পীগনি ! খ্রীষ্টনা মহাক্কী পাপ অহু পুবিগদ্রা ? মহাকপু
ঙাকপিগদ্রা ? ঙাকপিগনি। করিগী ঙাকপিরোই ? ঙাকপি-হৈবনি
মহাকতি। তাইবংপানবগী পাপ পুম্নমক্কী দমক মীওইবগী মহুৎ শিনবিহুনা
ক্রোশতা থরাই থাবিখ্রিবনি। ব্রদার এণ্ডারসন্‌গী য়েৎ-থংবা মখুৎনা
চানবিহৈবা খ্রীষ্টবু নীংশিংলুবদা ক্রোশ তৌথিবা থঙহৌদে। খ্রীষ্টনদি
মহাকপু ঙাকপিরনি ফবে। অহুবু মীওইবনদি, মীওইবগী সমাজনদি — ?
মীগী অশোয়-অভানতা থিহুনা লৈরিবা মীওইবনি, মীগী মীরাতা
ঙাংনরগা পেঞ্জরিবা কাওবুনি। অহুগুম্বা মীওইবা অহুনা মহাকপু
উরগা মূনা মূনা য়েংলোইদ্রা — করেম্নবগী মওংদা, তুক্কচবগী মীৎয়েংদা
খুদোনবী থিন্দুনা তাক্লোইদ্রা, তু অসিনি, থওলবরা ? অহুগা মহাক্না
মখোয়গা মায়োক্লনা য়েংবা ঙমদহুনা হুরানবগুম মমায় লৈথোক্লুনা
মরায় লুকথহুনা মখোয়গী মীৎয়েং রাংমা লান্নবা লাক্লবা ! য়েংজসন্নু,
ঙাংনজসন্নু। কিদে, করিগী কিরুগনি ? করি ফত্তববুদি মহাক্না তৌরুরে
হায়হুনা। সমাজকী মাওনবা করিগুম্বা অমা তৌরম্বা থোক্লবদি সমাজপু
কিফম থোকই। অহুবু সমাজকী মাওননবা করিমতা মহাক্না তৌরুবা
লৈতে। মীওইবনা তৌনহৈদবা থবক নত্তে তৌরুরিবসি। মীওইবগী
মহৌশাগা কোম্নরক্লবা শাজৎকী রাংমা লানবা থবক মহাক্না তৌরুদে।
অহুবু মীওইবনা মহু থওগদ্রা ? মহু থওবগী পাঙ্গল মীওইবগী লৈবরা ?
লৈরবস্থ থওলোই। থওনা থওনা থওশিন্নদবা মীওইবনি। হোয়, চুম্মি,
অহুবু পুন্সিগী রাশকাত কায়রে। পূকচেল ফাবা ঙমদবা হায়বহু
তারবনিকো ! পাপীনি, পাপী। অতৈনা রাশক ঙাকপা ঙম্বা, পূকচেল ফাবা
ঙম্বা — মহাক্না ঙমদ্রবা ! করিগীনো ? — মখোয়স্থ তশেংনমক ঙমবরা ?
ঙম্নবস্থ য়াই, ঙম্নমদবস্থ য়াই, কনানা থওগনি ! মীওইবনদি থওলরোই !
ঈশ্বর মহাককতনদি থওলিগনি। মহাকী পুন্সিদা থোক্লিবা অস্থম তৌহুনা

মখোয়গী পুক্নিদগী খোক্লোইদবা কন্নি লৈবগে ! থোক্লমগনি সোয়দনা। করিগী খোক্লোই। মখোয়সু মীনি, লাই নত্তে। অরাবা মতমদা মখোয়সু কপ্পি, মুত্তাইবা তাঞ্জাদা নোকই। মখোয়গীসু থম্মোয় পাল্লিবনি। অদুবু মখোয়গীদি য়াথোক থোক্কবনিনা কনামতনা থীনা জাংনবিদে। নত্তবা কয়া চৎলম্লগস্থ কনামতনা উদবনিনা থজদবনিনা মখোয়দি লৈরাংগুম্না শেংনা লৈরি। ময়ামগী ভক্তি কায়হনল্লি। অদুগা মহাক্কীদি ! মহাক্কীসু কনামতা খঙনল্লিনা ! অদুবু খঙনয়রক্লগনি, কুইররোই। মৈবু উৎনা কুপ্পু না কয়া কুইনা থম্বা য়াগনি ? খঙনরক্লবা মতম অদুদা ‘ঐনি’ হায়দুনা মহাক্কা খোনা ফনা ময়াম মমাংদা চোংথোকপা ঙমগদ্রা ?

তানজা অদুদা মপানলোমদগী খোঙদা কনানো অমনা ‘নোক’ তৌরকই। কয়ারক হন্না নোক তৌথ্রবা ব্রদার এণ্ডারসন খঙহৌদে। হৈদক্তি খোঙ্গাং অমসু য়াওরক্লে, “চংজরকপা য়াগদ্রা ?”

খোঞ্জেল অদো তাবদা মীকপ থংগোক-থোকপগুম তৌই, মচিন্দগী থোকখি, “য়াগনি।”

খোঙ হাংদোকতুনা সিষ্টার গ্রীন চংঙকই। মহাক্কী মশক-মতৌ অদো উরগা সংসারগী হৌনবীগী রাংমদা অরেম্বদা মপুন্সি মাঙহনবগী দমক অউবা থুদিংমক্কা অরাবা যোঙদোকতবা ঙম্মোই। চহী কুনথ্রা মরি-মঙা শুরবসু শক্তম অদুদি হৌজিক ফাওবা কুনমরি-মঙাদা লৈরি। কেবা নানব, খোঙথাং লাকথাং, মীৎয়েং নাকয়েং, য়াঙাং শাঙাং তশেংনমক মিশনারী অমা ওইরমদদুনা আর্টিষ্ট অমা ওইরম্বনা পোইনা হেন্না চুন্নরমগদবনি। অদুবু ঙসিদি মহাক্কী শক্তম অদু মুমিৎ থুদিংগীগা মান্নদে। মহাক্কী মায়থোং অদুদসু চিন্তাগী মমি অমা তারি।

“ফম্মু, চৌকি ‘দুদা।” মাঙদা লৈরিবা চৌকি অদুদা থিন্দুনা ব্রদার এণ্ডারসন্‌না হায়রকই।

চৌকি অদু থজিক্কং মাংলোমদা চিংশিল্লগা সিষ্টার গ্রীন ফমথে।

“অনৌবা পাউ করি লৈ ?” ব্রদার এণ্ডার্সন্‌না য়া হৌদোকই।

সিষ্টার গ্রীন ভাইহাক ঙাংদে, তুমিন্না ব্রদার এণ্ডারসন রোমদা মুন্না য়েংহুনা লৈ। অহুদগী রুমালনা মমায় নাম্বোক্লে হায়রগা হংজিবা রাকম অহুগী পাউথুম পীদহুনা হায়রকই, "অতৈ থীহুবা য়াররে'ইদোরে। মী থওনরকপা য়াওবগী মওং অমা উরে। ঙসি সিষ্টার রোসেট্টিনা রা অমা হায়কেৎ কাপ্লম্মি।"

"অহুদি, হৌজিক করি তৌগি হায়রিবা?"

"করি অমুক তৌনি? ময়াম মমাংদা চোপতনবা তৌরা তারেদনা।" সিষ্টার গ্রীন ভাইহাক লেপ্পি। ব্রদার এণ্ডারসননু রা ঙাংবা থোক্কে, সিষ্টাররোমদা মুন্না য়েংহুনা লৈ। ভাইহাক লৈরগা সিষ্টারনা শমথরকই, "এৗদি থনবদা লাম্বা ফংদরে। লাম্বা ফংবদা হায়ববু মেডিকেলগী পাম্বৈ মঙাইরে।"

"করিনোনে নঙনা হায়রিবসিবু?" ব্রদার এণ্ডারসন হাইফেৎ মথোন কনখৎলকই। "নঙনা ঙাংলিবসিবু জ্ঞান তানা ঙাংলিবরা? নত্রগা —"

"জ্ঞান য়াম্না তানা ঙাংলিবনি। মসি নত্তনা উপায় অতৈ লৈত্রে।"

"মঁচ় কৈদৌঙৈদনু ওইবা য়ারোই।" ব্রদার এণ্ডারসনগী মথোন হুন্দে। "মীবু কিহুনা মীরা ঙাংনববু কিহুনা করিস্নু মরাল লৈজত্রবা স্থামৎ-থাগা মান্ননা শেংলবা অঙাং অমবু হাৎপা!"

তানজা অহুদা, মপানলোমদগী থোঙদা কনানো অমনা 'নোক' তৌরকহুনা রাকম অদো অহুরাইদা থংলেপ লেপখরে।

"লেঙশিল্লকউ।" হায়রগা ব্রদার এণ্ডারসন মহৌশাগী ফীভমদা লৈননবা লাক্লে। অহুবু মতোমতা মশানা থওজে, মহাক্কী মায়থোং অসি লোৎপা য়াত্রে হায়বা। সিষ্টার গ্রীননু মাঙোন্দা ময়োক্লনা য়েংবা ঙমদে, হুৎ হুৎ লৈহুনা থাংতি।

থীনুদনা সিষ্টার রোসেট্টি থোঙ হাংদোকহুনা চংলকই। মথোর অনীবু হেক ঊবদা স্থায় লাউই। অহুবু থৌ ইশা-শাদবগুম হায়রকই, "রারৌবিবা রাদে। রারী শাবা থুগায়জরে।" মহাক্কী রাহৈ থরা

অসিগা তেনজিন থরা লোয়নথরে হায়বসি রাখল ইতৌ-তৌদনা থারিবা চৌকি অমদা ফমথৈ।

"এ নত্তেদা! থোইনা লুবা রারী নত্তেদা।" সিষ্টার গ্রীননা হায়রকই, "অভাংগী সাইকোলোজিগী মরমদা রারী থরা শান্নরম্বনি। নহাকস্থ য়াওবা য়াগনি।"

"ঐনা লাক্লিবসি নখোয়গী অদো য়াওগে লাকপা নত্তে। ব্রদার এণ্ডারসনদা রা অমা নীংশিংগে লাকপনি।" ব্রদার এণ্ডারসন্‌লোমদা ওনশিল্লকই, "জোরাই চৎপা হায়বদো হয়েং কাষ্ট-গেইটতা চৎপা তারে। থৌরাং পুন্নমক লোইশিনবিরো।"

অহুদগী সিষ্টার গ্রীনরোমদা অমুক ওনশিল্লগা ফুক হৌগৎলকই, "রারোবা য়াদে। রারী শাহৌথো। ঐ ফম্নরোই। থবক অচিনবা থরা লৈহৌরি।" হায়রম্লগা কনানা করি হায়হৌরিবা হায়বা থৌ ইশা-শাদনা থোকথরে।

সিষ্টার রোসেট্টিনা থোকথরগা সিষ্টার গ্রীননা ভাইহাক রাখল তুমিন্না তৌরগা হায়রকই, "অহুদি ঐস্থ হৌগৎলগে। নহাক্না জোরাইদগী হল্লক্রগা থম্নরাস।"

"ফরে। ঐস্থ থবক শরা তৌগদবা লৈরি।" সিষ্টার গ্রীননা থোকে হায়হুনা থোঙ হেক হাংদোকপদা ব্রদার এণ্ডারসন্‌না অমুক্না হায়রকই, "অহুগা ঐনা চৎখ্রিভৈদা পাংথনতা থনহুনা নকোক শাগৎ-হনবা তৌগন্নুকো। নংগী নতোসে ভস্থা ভমদে।"

জোরাই চৎনবা শেম-শাবা লোইরগা মামদাং ফামুংদা থরা ভন্না তুমগে হায়হুনা কাথৎলে। অহুবু তুম্বদি য়াদরে। ওন-থোইহুনা লৈরে। ভাইহাকতং মমীৎ উইশিনবা ভমদরে। মওল মওলগী রাখলনা মকোক শাগৎথরে, মশা হুমাং কাংলে। মেডিকেলগী পাদ্রৈ! মী হাৎপা। ঐনা মী হাৎপা! মীরা ভাংনবদগীদি নাম্বোক্লনি। অহুবু অমম-অভাল ওইহল্লিবা অন্তর্যামী মহাক্না মথুৎতগীদি! ভম্লোই! ঐ ভম্লোই। ঐ মী হাৎপা ভম্লোই। খল্লুহুনা কাম্নদে। জোরাইদগী হল্লকপগা মফম অসি থাদোকতুনা চৎথরগা লোইরে। অহুদা গ্রীননা

য়ারকতব থেক্লংদি ! করিগী য়াবোই ? ঐতগী কননব নত্তে মহাক্কীগুনি।

রাখল ময়াম অসি তৌনা তৌনা করম্ব মতমদা তুমথখিবনো খডহৌদ্রে। অয়ূক পূ মঙা তাবা মতমদা চৌকিদর ধনরাজনা হৌদোকপদ মীকপ থোক্লকই। থুনা শেম শাঙ্গনা পুং তরুক্কী ওঙ্গদা, জোরাইগী গাডী য়'রে।

জোরাইদা অনৌবা মরূপ-মপাংশিংগী মরক্তা থবক্নগা খরা কনবনে মহাক্কী রখলগী পোৎলুম অদো খরা য়াংথখরে। মঙানি শুব মুনিং অতুগী অয়ুক পূং ১০ গী অতুরাইদা টেলিগ্রাম অমা টপ-থাজদনা থুংলরে। করিবু করি ওইরিগবা হায়রঙ্গনা ব্রদার এণ্ডরসন্ এনভেলপ অতু প্রপ প্রপ শেগাইদুনা পাথরকই —

"সিষ্টার গ্রীন ঙরাং অহিঙ রবার্টস্ হোসপিটালদা লৈখিদরে ঙসি সুংথিল পূং ৪ দা ফিউনারেললনি।"

টেলিগ্রাম মরোল অদো পাবদা হকচাংদা তু থ্যাউ চুংশিবা থঙহৌদে। থাজবা ঙমদে। হকচাং ইচোক চোকশখরে। মঙলা তাইবংরা থঙদ্রে। করিমতা জ্ঞান-মেন তদনা চৌকিদা ইলেক-লেকথনা তাখদুনা লৈপরে। মতম কয়াম্না হৌখরবা হায়বতুগী হিসাব লৈখিদ্রে। চৌকিদারনা লাকপদা মহাক্কী মতৌ অদো উবদা মুংশা খীদুনা হংঙকই, "হুজুর, হকচাং — ?"

"হোয়, হকচাং অসি সুংঙাইতে। মী অতোপ্পা চংহল্লকনু।"

সুমিদাং রাইরম চিঠি অমা ইরে —

"মুংশিন্নবা ব্রদার কোলিন,

সিষ্টার গ্রীনগী ফিউনারেল য়াওজরবা ঙমজদ্রে। ঙাকপিগনি নীংজে। পৃথিবীদা মায়থোং অসি অমুক হন্না উংচবগী থৌনা লৈজদ্রে। ঙসি অহিঙমক চৎচরে। ঐবু থিননবা হোৎনবিগনু। ঐ পাপীনি, মহাপাপীনি।

এণ্ডারসন্।"

(১৯৬৩ ইং)

## রানোম্বা

ঙরা'দগীনি মপুরোইবগী মপূক্লিং অসি ইন্সুংতা ঙ্গুংঙাইতনা উরক্লিবা, ইশুকতা শুকতোক্লহুনা মীনা রা হায়বস্ত তানিংদগুম ইশাউতা শাউহুনা লৈরিবা। করিবু করি তৌরবা? অফিসকী থবক-থনাদা সোয়-লাকতুনা এক্সপ্লেনেসন চারবরা! নত্রগা কনাগুম্বা মক্পু-মপাংনা মপূক্লিং য়াম্লা শোকপা থবক-কা তৌবিথরবর'! ফনা কুইরে আরাম চৌকি 'সিদা লোংথাক-লো'না উংহুনা লৈরিবা। মপুরোইবগী মতৌ উবদা প্রিয়লতানা থোইনা ক্লেম্না ঙ্গুংঙাইতে।

ঙসাইমথৈদি মীনাই কৃষ্ণচরণসু লৈরমই। মহাক্কী মমাংদা রা চবেৎ চবেৎ হংবস্ত ইকাইরমই, উশিৎখিরোই। প্রিয়লতা মীনাই'হুতা থোকখিবা ঙ'ইহুনা লৈরমবনি। মীনাই অহুনা মহাক্কী তৌগদৌবা থবক-থনা তৌবা লোইশিল্লমহুনা হেক থোকখিবগা প্রিয়লতা মপুরোইবগী মনাক্তা তপ্না তপ্না চংশিল্লকই। মপুরোইবগী মরাযবক্তা মখুৎনা নানহুনা য়েংই। করি থোইদোকপা তৌদবগুম তৌই। মথোঞ্জেল তপ্না হংকঙই, "করি তৌরবগেনে?"

রাহৌদোক-কা করিমতা য়াওদনা, হংভিবা রাহং অহুগী পাউথুমদি পীরুহুনা প্রিয়লতাদা ওনথৎতুনা শাউরপ তৌনা বিমলনা হায়রকই, "করিমতা কান্নবা জাৎ নত্তে নথোয়সে।"

প্রিয়লতা ভাব লাম্বা ওমদে, করি মরমদগী 'কাম্নবা জাং' নংত্রিবনো হায়বসি। অমুক্কা হংজি, "করিনেনে হায়রিবহুবু?"

"করিস্ত নত্তে। অশিংবা মী ওইরবদি করি লৈগে হায়দুনা নহাক্না খল্লগদবনি।"

"করিনোনে, চোইরে ন-প য়োন লোম্লিন সবু!"

"হা—চোইরে খ্রয়ে, চোইরোন"

অম্সুম তৌদুনা ঙাংনরবদি মুংচংং চুপ্পা য়াংনজুনমু অওইবা রাক্ষম অদো খঙজ য়ারকোই হায়বা ফুন ভারে প্রেয়লতা। অওইবা রাক্ষম খঙবদি লাংনখুনা মুম শরুবা কায় য়াই। শউগংরুনবা চুমদে। কমদঙ্কুম নকাকনা অয়োকপা নোকপা নোক তৌদুনা হায়রক্কই, "করিনোনে পঙলাউবা শ শা মনু! করি তৌ হায়গে? খোইখোয়র ফনা কৈ-শিতলি হায়দুনা যাঙলি পেংনদা।"

বিমলগী শাক্তানংবা হন্নবা লৈতে, "মীগী মুপীনা য়াম্না চেনবা জাংলি। খঙনদবা নত্তে, তিন্নদবা নত্তে। মিসেস বেনার্জীদা শরা লপশিল্লগা লেঞ্জরবানি। তৌ অঙ্কী খুগ কাংদবু খরা লপচ-খোংচদনা য়ারবরা?"

"ও! মতুগী ওইরে। ঙসাইনা হায়রগা লোয়রবা। এবু অমান তাদবা মীরা? য়াম্না লায়ন-কা খনগন্নু। অতুগী ওইরবদি হোরেন তুমিদা-রাইরম্মক হেক্না চংকে। তৌববুদি নহান মিসেস বেনার্জীদা হাইফেং নীশিংলম্নবান।"

প্রিয়লতাগী মা অদো তাবদা বিমলগী অশাওবগী শকফম অদো খংহনমক হন্ত্রবসু মপুক্কুং থরদি হংথজে। হায়গে হায়না অতুক মহায়বনি। প্রিয়লতাগী মতীক-মগুণ নিংথিনা খঙ্গলবনি। মশক-মতৌ য়েংজি হাংতে, মচৈ-মশিংদা য়েংজি নোপতে। চৈ-শিংবরোমদমু হায়নিংঙাই লৈতে। য়াম্না হায়রবদা অচৌ-অশাংগী মরক্তা মহাক্না খঙনদবা মী লৈতে। চৌজিক্কালগী ওফিসার অমগী মুপীনি হায়বদা পংচোপ চোপতে।

* ✠

ম্নুমিদাং-রাইরম পূং মঙা তাবগী অতুরাইদা চীফ সেক্রেটারী মিঃ বেম্নুধর বেনার্জী মহাক্কী শাংলোগী ড্রোইং-রুমদা যু হাইফেং চিংঙে হায়রগা আমেরিকাগী মেগাজিন অমা পাহ্নুনা লৈরমই। অতাং অমত্তা ম্নুমদা লৈরমদে। মমাগা লোয়ননা পুম্নমক সিনেমা য়েংবা চংনখরে। য়ুম অতুদা চপরাশি অমগা মচাক্কতা ঙায়হৌবে। মেগাজিন অতুদা ম্নুপী অমনা ইরকপা How I was Spoilt হায়বা ৱারীমচা অমা থোংনরুবদগী মহু পুক্নিং য়াম্না চঙনা পায়রকই। ৱারী অতু লোইগদৌবা থাজক্নুনা ঙাইশিন্নরুবা তাঙ্গা অহুদা মপাল্লোমদগী কোলিং-বেল হেক থীংজকই। হাইফেং শাউনিংঙ্গি মিঃ বেনার্জী, ৱাংনী লোইশিন্নমদাই তাঙ্গা অমদা কোলিং-বেল থীংলক্নবগী থীংজকনিংঙাই মতম লৈথন্দ্রনা ম্নুমঙাংইরে। থো ম্পুকহুং-কাংদোকপিদ্রগা লোইরে অতুগু হন্না হন্না কোলিং-বেল অতু পুংথীংতা থীংলক্রে। 'কনানো ঙাসদি থীনমক চৈরগে' খন্দুনা শা উনা থোজথাং কম্না খে ঙ কনলোমদা থাংজক্লকই। থোং ঙেক হাংদোকপদা থোক্নজিন মপানদা মমাং মক্তদা লেপ্লুনা লৈরম্বদো উবদা শাউনংঙম্না য়াম্নে। অদো কদ য়ামলো স্না মাথং লোকাম নেংকমি কৌহুনা ওকই, "ও! মিসেস মি! গুড্ ইভ্নিং। এদ কন কন ওইরবোই খন্দুনা লেঙশিল্লকউ, লেঙশিল্লকউ মথঙদা।"

প্রেয়লতা ইমুদা চংশিল্লকই। থোং অহু ঙাশন্দুনা মিঃ বেনার্জীগু ম্নুংথ-মাংথা ইম্নরকই।

"টেইক ইওর সীট প্লীজ।"

"ও, থেঙ্কস্।"

"করি থবক্নী? — করি মতেং পাংজো হায়বগে?"

"অস্নুম চুম্না কোয়থোকচরকপনি। মিসেস বেনার্জীগা ম্নারীন ম্নাতাই থরা শান্নজনিংহুনা।"

"ও, মিসেস বেনার্জীদি সিনেমা য়েংগনি হায়হুনা অঙাং মচামগা চংথরে। এরেঙোন্দা হায়রম্বা য়াবা রা ওইরবদি হায়বিরম্মু এ হায়জগে।"

হায়সিরা হায়গনুসিরা খল্লি প্রেয়লতা। খজিক্তদা ঙাব ঙাবী ম্নুপীনি। খঙঙি, মিঃ বেনার্জীগী উইকনেস্ অমা ম্নুপীশিংদা লৈ হায়বা।

তঙ্গা অসিদা তাপ থাহৌদ্রবদি অপঙবা হায়বদো থোকপা তাবে। অচুগীসু মথক্কা মসিনসু থঙতি প্রিয়লতানা, নুপীশিংগী পাউখোং পুরগা পেঞ্জবা হায়না চুপাশং অচুগী মমুদা মিঃ বেনার্জীসু অমনি। অচুমকপু থরা নাকোইনন হায়রকই, "অসোমদা হেক হায়জগদবদো—।"

প্রিয়লতানা হাইফেৎতং চিংজিন নৈরিডেদা ঙাইহৌমদনা মিঃ বেনার্জীনা হায়রকই, "ও, নো নো! চিনাবগনু, চিংনবিগনু। করিমতা চিংনদনা হায়বিয়ু।"

"মিসেস বেনার্জীনা কবিগুপ্তা র-ক!"

"ও! আই রিমেম্বার। মচুগী ওইরে? উয়েল, আই উড্ ট্রাই। যাম্না ফরে মতম চানা নীংশিংবিরকপা অসি। ফাইল অদো লাকতি-লাক্কবনি। পুরক্কে তৌবদা কাউরম্মে। ঙাইহাক লতাশিনবিখো।"

হায়রম্লগা মপানলোমদা থোকতুনা হরিচরণবু তংকো-কৌতুনা অফিসতগী ফাইল অদু লৌকনবা থাখ্রে। ইমুংদা চঙলগা হায়রকই, "মিসেস সিং ঙাইহাক্তং ঙাইবিখিসি। চপরাশি থাজখরে।" ঙাংনা ঙাংনা নোকমি নোকমি তোহুনা প্রিয়লতারোমদা য়েংঙকই।

মীৎয়েং অচুগী অর্থ করি ওইদগে হায়বদো হৈ-শিংবী প্রিয়লতাগী খঙবদা মতম চঙদে। হকচাংদা স্বায লউথিবা থঙহৌদে। মনিংদোন পীং পীং চোংবা হৌরকই। নুংশাশোর থবেং থবেং হোল্লকই। খল্লকই, মহায়া তৌরিবসিবু ফজবিবরা। মীনা উখ্রগা কবি ঙাংনখিনি! নোংমা লাক্কে হায়দুনা হৌগংতুনা চংখিবনা ফগদমাল্লে। অচুবু হায়বসু ঙমদ্রে, হৌগংতুনা চংবদবসু থোনা থোকত্রে। 'অন-কালচরড্' হায়বদো থোক্লগনি। অচুগী মথক্তা মহাক্কী মীপুবোইবগী প্রোমোশন। মপুরোইবনা যম কাথং-পগা লোয়ননা মহাক্কীসু সমাজদা ফম কাথংকদৌরিবনি। মীনা শক খঙবা হেন্নরক্কদৌরিবনি। প্রিয়লতা অরাবদা তরে, চংসি চংঙমদা, লৈসি লৈঙমদা। কাইথংদা খল্লে, কবি অমাংবা লৈবগে? তুমিং-কাঙ অমত্রা ফাওবনা থংঙরোইদবা পোংগু, কবি তৌনি হায়বগে। মহাকতা নত্তে মী খুদিংমকসু তৌনরিবা ঙাকুনি। মীশেলবানা মীপোনবা ফাওবা করিসু লৈতনা থন্নরক্কবা মতম অসিদবু, কবি তৌর হায়বগে? মীনা থরা

ঙাংনরবস্থ মখাদাং চোক্লগা ত্তোকচথিগনি। মীনা ঙংনববু কিরুরবদি তাইবংপান অসি পানবা যাদ্রেদনা। লৈশারিভৈদা মীনা অহুক য়াম্না ঙাংনখিবহুবু,— মহাক্কী মতু নামা ফাওবা ময়েং ত'খিদে॥

পূংম্নুক লৈরগা হরিচরণ হল্লক্লে। থোঙ হাংদোকতুনা ড্রোইংরুমদা চঙগে হেক তৌবদা প্রিয়লতানা মফী শেম্না শেম্না ইমুংগী কাদগী থোক্লকপদো উবদা থংলেপ লেপই, তুং হনগে হেক তৌরি। মমাংদা বেনার্জী সাহেবনা সোফাদা চুরূপ চিংহুনা লৈবম্বদো উবদা মচীনদগী শং থোকখি, "হুজুর, সুপরিন্‌টেন সহেবনা শো পুরম্মে,— ফাইল ফংঙকত্রে।" হায়বা লোইবগা লেপ্লমবা তৌদনা অহুম থোকখরে।

চুকপকী নৈথি ট্রেদা কাপখোক্লগা মিঃ বেনার্জীনা হায়রকই, "অহুদি ঙাসিদি ওইদ্রে া হয়েংস্থ থবক চিল্লি। হংচিৎ অদো অমুক্তংগা লেংঙকউ, ঙসিগী মতম অসিদা।"

প্রিয়লতা রা অমত্তা ঙাংদে।

(১৯৬৩ ইং)

# চামেলিয়া

অসোম নাকনদা চা-মনা হেক্লিবীশিং অসি লৈশাবী ঙাক্তনি। তৌবগীদি ঈ ফোঙ ফোঙ শান্নিবা মৌনহা অম নীঙ্থু মথেয়গী মরক্তা য়াওরি। নহা ঙাক্তনিনা ঝুমুরগী ঈশৈ শকতুনা ময়াম ব্লা ব্লা লাউনা হল্লাওনরি। ময়াম অদো কাঙলুপ অনী থোক্লা থায়দোক্লে। কাঙ-লুপ অমগীনা চামেলিয়ানা মকোক চিংঙু, মহাক্না ঈশৈ হল্লগা ময়াম্না খুল্লি, কাঙলুপ অমত্তগীনা সমরিয়ানা মকোক ওইরি। কাঙলপ অমনা অমবু ঈশৈদা থান-থানত্তুনা করেম্ম'রি। চামেলিয়াগী ক ঙপুনা শক্লকই।

"ও, মুপা ফাবীশা !
ইকাইদরা লৈশাবীনা।
মুপা তাম্নবা ?
নমীং চৎলে লৈব কাশম্ন'
ও, তৌবা ঙম্বীশা !
ইকাইজৈদা ইকাইজৈদা ইকাইজৈদা 'থোয়দি।"

সমরিয়াগী কাঙবুনা অমুক খুম্মকই, ঃ—

"ও, হৌদোঙ লম্বোইবীশা !
লোম্না শঙ্গোম চাববুদি
ফোঙনা চাবনা ফবনি।
মথু হায়দো কনানো
পোৎনা চেঙজঙবীশা।"

ভানজা অতুদা শগোল খুথক কন্না থোঃহুনা লাক্লগা অনৌবা মেনেজার অদো থংলেপ লেপ্লে মথোয় ময়ামগী মনাক্তা। ঈশৈ থংলেপ লেপখরে। চা-মনা হেকপা তোকতুনা ময়াম সাহেবতা 'সলাম' তৌই। মহাক্কী মতৌ অদো ঙাইহাক য়েংলে হায়রগা ময়াম অমুক্তা চা-মনা হেকপা হৌখরে। রা রা লাউরম্বা মকম অদো চেক-মোক লাউখিদ্রে। চা-মনা থংপদা মখুং হাইদোক হাইজিন তৌবদা খুজি অ[illegible] অমগা থেনজুদা চেক চেক লাউবা খোঞ্জেলতদি থোক্লকই [illegible] কিনবনা থরাই মিহুন য়াঙনদ্রে, করিবু করি তৌরকপা করিবু করি হায়রকপা ! সাহেবস্ত করিমতা তৌদনা মথোয় ময়ামগী মতৌ অদো য়েংহুনা লৈরে শগোল মথক অতুদা। অতুদগী ঙাইহাক লৈরে হায়রগা কুমথরক্লুনা চামেলিয়াগী মনাক্তা চঙশিল্লগা থবাক্কী ফুরিৎ খাউদগী নোট অনীথক পুথোক্লুনা নোকমি নোকমি তৌহুনা পীরগা হায়রকই, "সে, লুপা অসিমনা নহাক্কী, অতুগা অসিনা ময়াম চামিম্লৌ।'

অতুদগী হা হা হা — — — তৌহুনা পেম্না মথোন থোক্লা নোক্লগা চামেলিয়গী মনমদা য়েং থবা মখুংনা পোপ পোপ থারে হায়রগা অমুক্তগা মমীংনা পেম্না য়েংলগা শগোল তোংখৎতুনা কন্না খোঁখরে।

সাহেবনা চৎখিবা লম্বী অদোমদা চামেলিয়া মমীং খানা মুম্না য়েংহুনা লৈহৌরি। সমারিয়ানা মনাক্তা চঙশিল্লকতুনা রা হায়রকপহুদতা মায়থোং হুনজিল্লকই, "কার তৌরে, লাই ওক্লরবরা ?"

"সে সে নথোযগী পৈশা অসি।" হায়হুনা লুপা অমা সমরিয়াদা লংশিল্লে। "অতুগা —" হায়হুন ময়া ক্রক ক্রক চীকতুনা মাঙোন্দা পীরম্বা নোট অদো মকুপ মকুপ থোক্লা শেগায়হুনা লংথোকখ্রে।

ঝুমুযিরানা হায়রকই, "কারিগীনো ? মীনা মুংশিহুনা পীরম্লগা।"

মমীং-মনা শংদোকতুনা চামেলিয়ানা খুম্মকই, "হুম, মুংশিহুনা ! উহৌবরা, য়েংলম্মিবা মীংয়েং অদো ?"

সমরিয়ানা নোকমি নোকমি তৌদুনা লক্লরকই, "সাহেব ফাওবা !"

সাহেবনা চামেলিয়াদা মনমদা পোপ পোপ থাহুনা করি করিনো হায়রগা। পৈশা পীরমই হায়বসি চুংথিল লোইনা তান্নরে। পাউ শক্তোকপদা মশা-মরেং থরম্ন য়াওথরে, "শাড়ী, ব্লাউজ-কাম্ন থোল্লকনি হায়রমই" হায়নম্ন নিম্নরক্লে। রঘুগী মনাকোংদম্ন থীনবা তৌদনা পাউ অসি য়ৌথরে।

চুমিদাং-ব্রাইরম কুহাদা ঈশিং শোকপা লাকপদা রঘুনা ব্রা অহু চৌদোরকই, "চাম, তারিবা পাউ অসী অচুম্বরা ? সাহেবনা নঙোন্দা কারি করিনো হায়তুনা পৈশা পীরম্মি হায়বদো ঐম্ন তারে। অহুদম্ন হেন্দোকতুনা সাহেবনা নঙবু পুতুনা কদায়দনো চৎলুই হায়বা অহুম্ন লোৎতুনা থম্বা য়াদরে।"

মীৎচিনা চেপতক তৌনা য়েংলগা নোকমি নোকমি তৌতুনা হায়রকই, "চুম্মিয়ে। চুংশিং শিংতনা উনা লেঙবা হোনবরউ ?"

মমায়-মমীং শুকতোকতুন শাউবপ তৌনা রঘুনা হায়রকই, "নঙনা অম্নম তৌগনি হায়বাস ঐ কৈদৌঙৈদম্ন থ জরনদে। দুর্গা ইমাইশেমগী মমাংদা রাশকাথবা নত্রা ? ফরে, সাহেবকা চুড়াইনা লৈমিন্নরুচো নমীং থুংনা শেন-চাবা ফংগনি।" অহুদগী থোম্ম 'নেমথন' শনথরকই, "চুড়াইনা লেক্লচোকো। ঐ চৎলগে।"

মহাক্না চৎকে হেক তৌবদা চামেলিয়ানা খুজেং তাপ পায়তুনা থাম্মকই, 'চাইথোনে। অহুক শাথনা ফংঙবা কারিগীনে ? মীনা ঙাংনবা পুন্নমক অচুম্বা নত্তে। ওইরবদি নহান্না ঐখোয় অনীগী অঙাং অনী-হুম শুরনি। লিন্তনবু মরৈ লোঙবানি। তাইবংমীগীদি হায়থিবা জবান অহুনা লোইরে লাইগী মমাংদা পুক্লিং লোওনা রাশক্লম্বা থোক্লবদি নহান্নম্ন অহিঙদা মঙদা লাকতুনা ওকশম মেৎতুনা হাৎলম্মনি। উক-শেৎপ রাম নত্তনা সীতাগী লাইনিং অতৈ লৈথিদে। চুংশিং-নিংথৌ ফাওবা ফাতুনা শিজিন্নরিবা সনা-লঙ্কাগী রাবণবু কৈদৌঙৈদম্ন থল্লুদে। হাকুম পুজাদা 'রাম-বনবাস' য়েংমিন্নচৌরিবা নত্রা ?"

রা অদো তাবদা রঘুগী মপুক্লিং থরা তপথরকই। খংভিবনি, চামেলিয়ানা মহাক নত্তনা অতৈ কনামতবু খনদে হায়বসি। অদুবু চুপী হায়বসি তম্বা ঙমদে। থরা চুঙাইগদোববু উরবদি মপুরোইবা ফাওবা হাংপা ঙমই। অদুবু মহাক্কী 'চাম'দি মখোয় অদুগুম্বী চুপী নত্তে। হায়রকই, "তশেংনমক, চাম, এনা নঙবু থাজদবা নত্তে। অদুবু ময়াম্না প ঙাংতা ঙাংনবসিদা — !"

তানজা অদুদা সমরিয়াসু ঈশিং-শোকপা হেক লাকই। মখোয় অনীবু উবদা লক্লরকই, "এসে ঙথোক্লা তানজা থঙাখদরে। হনখরগে, হনখরগে !

নোক্লা নেক্লা চানেলিয়ানা খুম্মকই, "হনদ্রে'সু য়ারনিয়ে। কুইম্মে লোইরে।"

অদুদগী মখোয় অনীনা শান্নরম্বা রাক্ষস অদো অদুম তোক্লখরে।

লোংঙাল্লগা অনুক পূ ৮ তাবগা লোয়নননা কুলীশিং থবক শুবা কাখৎনরক্লে। অফিস মনাক্তা সদারশিনা থবক শীন্দোকলি, কনানা কদাইদা করি থবক শুব চৎকদোবা, ঙসিদি নম্বর কয়াদা চা হেকপা। চৎকদোবা অসিনা চিংবা খোঙ্জেল ঙাম্মবমখৈ রাংনা লাউখংতুনা লাউখোক্লম্মি। সর্দারনা লাউখোকপদু লোইবগা ময়াম মহৈ নহৈ শঙ্গু শঙ্গু মফম অদুদগী চাইখোক্লবা হৌরক্লবা মতম অদুদা সদারনা চামেলিয়াবু নাকল অনরোমদা কোখোরকই। করিবু করি হায়রকপা হায়দুনা কিখুক কিরুম তৌদুনা তপ্পা তপ্পা সর্দারগী মনাক্তা চংশিল্লকই। সর্দারনা গ্রেং গ্রেং চোংবা ইরোই-মচা মানবা মকোয় অদো নাক্লে হায়রগা ফাক ফাক লাউনা অমুক্তং নোখোক্লগা হায়রকই, "নরায়বক খম্বাল শাৎলবানি, ইবেম্মা !" অদুদগী অমুকসু কন্না ফাক ফাক নোকথরকই।

মহাক্না অদুক পেন্না মকম্থি-হৌবমখৈ নোক্লিদুগী করি অর্থ ওইরিগবা চামেলিয়া করিমতা ভাবনা লম্বা ঙমদ্রে। মহাক্না হায়রিবতুনা করিনো মদুনা অমুক হেন্নদুম মমথরে। মহাক্কী মীনোক অদো উরগা চামেলিয়াগী রাখলদা ইখঙ-খঙংহোদনা অকিবা অমা পোক্লকই। জ্ঞান-মেন অমত্তা তাদনা সর্দাররোমদা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরকই।

থবা তপথরক্লগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌহ্না সর্দারনা হায়বকই, "চা হেকপা পুন্সি 'সিমগী বন।" অদুদগী সাহেবকী বাংলারোমদা খুদোঙ্থী থিল্লগা "ঙসিদগী নহাক্কী থবক অ — আসিদা — বাংলাদা।"

মঙ্‌লা হারা তৌরিবসি চামেলিয়া ঙাব তাদে। কপ্পি কপ্পি মঙক হাইর হাইরদুনা হায়জরকই, "ঙমজরোই, ঙমজরোই ঐ। চা মনা হেকপা চৎচগে।"

সর্দারনা মমীৎ ঙোরোং ঙোরোং ওনথৎতুনা ঙংদুনা হায়রকই, "ঙম্মোই হায়রগা হেক য়ানরা? সাহেবকী হুকুমনি। মহাক্না তৌ হায়বদুতা তৌগদৌবনি। মহাক্না মুংশিবিরবাদ নপাবু সর্দার হাপ্পিগদৌরিবনি। অদুগা —" হেক হায়দোকতে, নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা অমুক্তং য়েংহৌরগা হায়রকই. "অদুগা নঙবুনা মেম-সাহেব।"

ভাঙ্গা অদুদা সাহেব অততু মথোয়বু তয়া মখুৎতা লৌচৈ অমা হাইর-হাইরদুনা চংশিল্লকই। চামেলিয়া কিশল্লকপনা লোইরে। নযুমলোমদা নত্রগা ময়াম্না চৎখ্রিবরোমদা কৌদুনা চেনখ্রসিরা থল্লকই। অদুবু সর্দার-হিংচাবসিদি! সাহেবকী অচানবা হুইনি। সোয়দনা ভামরকনি। মহাক্না হায়বা য়াত্রগা লৌচৈনা মউন থোকথগনি। মীমুংলি মচেৎ অমত্তা থঙনবা ঙাংনি। অদুঙৈ ধন্‌মনিয়াগী মুপীবু ফূদুনা সাহেবকী মখুৎতা লাম্নোকথিবদো মহাকনি। মদুগী খুৎফু অদু চামেলিয়া অঙাং ওইরবদু ওইনা উহৌরিবনি। অসোমদা সাহেব অদুদু থরা থরা তৌদুনা অসুম নকশিল্লক্লে। চামেলিয়াগী জ্ঞান মাঙশিল্লক্লে। ভাইবংপানবসি কোইনৈ নৈদুনা মথক মথা ওনথরে। অক্কিবগা লোয়ননা মথোঙ অনী অদুনা সাহেবকী বংলোরোমদা তপ্না তপ্না থাংজিল্লকই।

তুমিদাং-রাইরম তুমিৎ থুদিংগী মতৌগুম্না চামেলিয়াবু ভাইদুনা কুহা মপান্দা রঘু ফমদুনা লৈরমই। তুমিৎ ভাখিগদৌরে। অদুবু চামেলিয়াদ লাকপা লৈখিদরে।

ভাইহাক লৈরগা সমরিয়া লাকই। রঘুনা হংঙকই, "চামেলিয়া লাক্লবরা?"

রঘুনা য়াম্না রারবা থোম্থাংগা লোইননা হংঙকপা অচুগী পাউখুম ওয়াং ওয়াংনা সমারিয়ানা খুম্মকই, "লাকত্রি, লাক্লরোই।"

রঘু থংপ্রেক থংভি। মশা স্বাই লাউই। তাইবং পানবা অসি মথক মথা ওনথরবোই নীংভি। হংঙকই, "করিগী?"

থম্মোয় শোকপা পাউ তাবদগী শুকচিল্লক্লিবা রঘুগী মায়থোং অদোমদা শুকয়েং য়েংদনা রাহং অদো তাবদা নোকথৎলকই। সাহেবকী বাংলারোমদা খুদোম্বী থিনহনা হায়রকই, "মাদি আ-দা। মেম-সাহেব ওইথরে।"

রা মথা অতৈ তাথবা তৌদনা পুরক্লিবা বালটিন অদো থোরী পুনশিল্লে হায়রগা ঈশিং শোক্ললকতুনা মমায়-মমীৎ তাথোকপা হৌরকই। রঘুস্ত রা মথা তাথরকত্রে। অচুবু সমরিয়ানা হায়রিবা রাকম অচুদি থাজবা ওমদ্রে। সমরিয়ানা ঈশিং শোকপা লোইহনা ঈশিং পুন অদো হেক থাঙৎপদা য়ঘুনা হংঙকই, "নঙনা হায়রিবসিবু অচুম্বরা?"

নোকমি নোকমি তৌহনা করেম্নগী মওংদা সমরিয়ানা খুম্মকই, "থাজদ্রগা বাংলাদা হেক চৎতুনা য়েংঙুচো।" অচুদগী মখুৎ ওই অহনা বালটিন অদো পায়হনা অচুম চৎথরে।

চাউরবা নুঙপাক অমা পায়হনা কনাগুম্বা অমনা লরায়-লেমফুদা শুদংলম্বগুম রঘু জ্ঞান-মেন অমত্তা তাদনা কুহা মপান অচুদা উংহনা লৈরে। রাথল তাথরকপা মতমদা মাইকৈ মরিমক পুংমম-মমশিল্লম্নে। থল্লকই, অতৈ ঙাইহনা কাম্নদ্রে, লাক্লরোই। রাথলনা ফুপ্পংনহনা রঘু ময়ুমদা হল্লক্লে। ইমুংদা চঙহনা ফমুংদা কাথৎতুনা হিপথথরে। থাউ-মৈস্ত্র চুথৎতরে। চুথৎকনি হায়বা কাউথরে। মমথরবা ইমুং অচুদা রাচেৎনা ফমপাক হাহনা শেম্বা ফমুং অচুদা লোংথাক লোংনা হিপ্তুনা মত্তোমতা রাথল থনথৈ থল্লগা মরক মরক্তা মুংশাশোর মপী শাংনা শাংনা হোম্বরকই। অমুক কুইবা অসি সংসারদা মত্তোমতনি হায়বসি নীংশিংঙুদে। ঙসিদি থংনিং নীংশিংঙকলে। রারোবা হৌরকই চামেলিয়াবু।

অমুকস্থ থাজবা ঙম্মকতে, চামেলিয়ানা মহাকপু থাদোক্লমগনি হায়বসি। খ্বাইগুম্বী মুপী নত্তে। মাঙোন্দা থরাই-হকচাং কথোক্লবীনি। মহাক্না কৈদৌঙৈদম্ম নহাকপু পৌনম তৌরম্বা ঙম্লোই। অতুবু করিগীনো মহাক্না ঙসি লাকত্রবসিদি?

রাখল মথং মথ অম্নুম লাকতুদা মতম হৌথিবা থঙহৌদরে। চাক-ঈশিং খোংগানি হাযবা নীংশিংদরে। অরাম-খোরাংস্থ কাউথরে। কাইথংদা চ-ঘরদগী অহিং-নোংয়াইগী পুং তরা-নিথোই তাবগী কাংশি য়েরক্লে। কাংশি মখোন তাবগা বমু ফমুংদগী যুক হৌগৎলকই। ফমুংদগী কুনথরগা খোঙ হাংদোকতুনা মপান্দা থোক্লক্লে। মপানদা থাবলনা পুমঙাল ঙাল্লম্মে। দারিদগী কুমথগে হেক তৌবদা অরাং থংবা য়েন্নথারোমদগী হুইরা লমহুইরা অমা মহাকপু থৌ ইশা-শাদনা মমাং মক্তদা শুমাং ময়ায়দা শমহুনা চৎথি। থল্লকই, হুই-লমহুই ফ ঙগনা ঊশিং-খোঙহ্ৎরবোইরে! থম্মা থম্মা দারিদগী কুমথরক্লে।

চামেলিয়াখোয়গী কোক্খোদ কানাশিনগে হেক তৌবদা লম্বী মপানদা হৌরিবা ঊপাল ময়াম অতগী মথক্তগী ঊচেক ময় ম থ বো খোংগাং-লকই। বমু শাহ লাউই। থংলেপ লেপঈ। ঙাইহাক মাবকৈ মরিদা কোইয়েং কোইথেং য়েংঙকই। নত্তে, কবিস্ম নত্রমাম্লে। ঊচেক ময়াম নিকপ থোক্লকপা ওহরমাম্লে। অতুদগী নথোং অমুক থাংবা হৌদে। তপনা তপনা লাকতুনা মাংগোন নাইদবা য়ুম অতুগী থোংজিন মপান য়োরে। থোংজিন মপান অতুদা তুনিম্না মনা থাংগৎতুনা ঙাইহাক লৈরে, কনাগুম্বা তুম্নদবা য়াওরিবরা হাযতুন! ইমুং মন্নুংদগী কান্নমতা চেক-মোক লাউবা তাথিত্রে। অশিবগুম লোইনা তুম্নথরমাম্লে। অতু-দগী রাফক্না শাবা শেগায়রবা থোঙ অতগী অহোবদা খুৎ লোনাশিন্দুনা তপ্না তপ্না থোঙ অদো হাংদোক্তুনা ইমুংদা চ ঙক্লে। থাউমৈ থান্ত্রবস্থ ইমুং অতু থোইদোক্না মম্লমদে। য়ুমথক্কী অহোবা থরা লৈবা অতুদা থাবলগী মঙাল হুৎতুনা চংঙক্লুনা ইমুং অদো থরা ঙাম্হোকহল্লমই। হুরানবগুম মুংশাশোর ফাওবা তপনা তপনা হোনহুনা চামেলিয়াগী

ফম থাফম অহু ফাওবা চংঙক্নে। অহুবু ফদায়, চামেলিয়াদি? রঘুগী মশা পুম্নমক থক্ থক্ নীকপা হৌরকই। মখুৎনা তপনা তপনা মাহুনা য়েংঙকই, রাচেৎকী ফমপাক মথক অহুদা মোৎলবা ফদী-ফরা থরা ওন-থোইহুনা লৈরম্মি। অরাংলোমগী থরা হেন্না পাকপা ফমপাক অদোমদা লৈশীনহুনা মুন্না য়েংঙকই, মী অহুমতমক তুম্বা উই। মানি, অহুমতমকনি, — মপাগা, মমাগা ময়ায়দা মৌপরা অহুগতনি। য়াওদে চামেলিয়া। অহুদি, হুমিদাংস্থু মযুমদা হল্লকত্রবরা, বাংলাদা অহুম লৈখবরা?

নোংঙাল্লগা মহৈ মহৈ থবক কান্নখরে। কাশীরামনা রঘুবু হোৎবা লাক্লমই। মশা ঙমদ্রে হায়হুনা রঘু লৈহৌরে। মতোমতা ঙায়রবা সংসার অসিদা মতোমতমক লৈনিংঙে। মপানদস্থু থোকনিংদ্রে। ইমুং অহুদা ফমুং মথক্তা ওন-থোইহুনা লৈরে। চামেলিযানা অস্তুম তৌহুনা মহাকপু ইরাই-লায়না থোক কাওথোক্লমগনি হায়বসি মহাক্তা কৈদৌঙৈদস্থু থল্লুদে। অহুবু মীওইবনি, তম্বা ঙমদে। সাহেবকা রঘুগদি স্বর্গগা নোয়োকনি। মীওইবা থুদিংমক্তা স্বর্গদা লৈনিংঙি। চামেলিয়াস্থু মীনি। পুন্সিগী অরা-হুওাই, অমাঙ-অতোঙগী রাথল মাঙোন্দস্থু লৈরিবনি। পুন্সি চুপ্পা চা মনা হেকতুনা নীং থুংনা চাবা-শেৎপা ফংদনা লেনবগা মেমসাহেব ওইতনা শেৎনিংবতা শেৎ চানিংবতা চাহুনা লৈবগা অনী অসিগী মরক্তা করম্ববু থনফম থোকই? মেম-সাহেব! নোং থাকপগুম রঘু খংপ্রেক খংই। চামেলিয়ানা মেম-সাহেব ওইহুনা সাহেবকী ওয়দা ফমহুনা কারদা তোংমিন্নতুনা চৎপা! অহুগা মহাক্না কুলী অমা ওইহুনা বাগান অসিদা লৈবা! নোং ফাদোক লম্বীলমথাংদা উন্নরগা মহাক্না সলাম কৎপা! সাহেবতা, চামেলিয়াদা! মহুগী শরুকপুদি শিবনা ফৎত্রা? শিবা! করিগী শিগদৌরিবা? মহুগী শরুকপুদি বাগান অসী থাদোকতুনা চৎখিবনা ফৎত্রা? ফৈ, মহুনা ফৈ। অহুবু পোকুফম লমদম, পিশক-পীকঙৈদগী তিন্নরক্লবা, কপ্লে কপামিন্নরক্লবা, নোক্লে নোকমিন্নরক্লবা মরূপ-মপাংশিংবু করম্না থাদোকতুনা চৎকনি! অরায়বা থবক নত্তে।

চহী অনীরোম মতুংগী হ্বানি। মেনেজার সাহেব অহু মফম অমদা হোংহুনা চংথরে। মহাক্না চংথিবগা লোয়নন্না চামেলিয়াস্থ বাংলাগী থবক্তগী ছুটি ফংলে।" ময়ুমদা হল্লক্লে। ময়ুমদা লাকপগা মরূপ-মপাং পুন্নমক্না উন্নরে। অহুবু রঘুদি কদায়? মহাকপু উন্নবা ফংথিগক্সা ফংলরোইব্রা? মওল মওল খল্লকই চামেলিয়া। উন্নবা ফংলবস্থ হান্নগী রঘু অহুদি ওইরম্নরোই। চহী অনী অসিদা পুংওন-ওল্লম্না য়ারে। কনানা থগুবা, মুপী অতোপ্পা অমগা লুহোংলম্বস্থ য়াই। রাথল অসি হেক খল্লুবদা মপূক্নিংদা থুক লাউবা অমা পোকথিবা থগুহোদে।

সমরিয়াখোয়দা চংতুনা হংগুরে, "মহাক করম তৌরি?"

সমরিয়ানা থুম্মকই, "থগুদেদা এশ্ন মহাক্কী তংদাংবা পাউ অমত্তা। মহাক্না চংথিবগী নিনিরা হুমনিরা মতুংদগী মহাকস্থ কনামত্তা তাক্লমদনা বাগান থাদোকতুনা চংথিবনি। হাকুম নন্দপুরদা এথোয়গী তাদনা চংলুবদা উন্নরকই হায়। মশা অদো যাম্না শোকপাথরে হায়রনা তম্মি।"

ময়ুমদা হল্লক্লগা চামেলিয়া মহাক্কী থাইনগী তরং-উপু মচা অদো চাংদোক্লে। তপনা তপনা ব্লাউজ অমগা শাড়ী অমগা পুথোরক্লে। ব্লাউজ অসিগা শাড়ী অসিগা অহুডৈ দুর্গাপুজাদা রঘুনা লৌবনি। নীংশিংলকই, মহাক্না ফি অসি শেংতুনা কুম্মৈ য়েংবা চংপদা সমরিয়ানা লক্লথিবদো, "থগুদেদা, খিনবু খিনজল্লগাসরা কারিনো।" কুম্মৈ য়েংবদগী হল্লকপদস্থ রঘুনা ফাগী তৌগি, "লুহোংবা মুমিংতা মসি শেংকদবনিকো।" থাইনগী থোদোক ময়াম অসি নীংশিংলুবদা মীৎলু অনীদগী পিগী ঈরা শিম্নরকপা থগুহোদে। ফীজিনা মপি তৈথোক তৈথোক্না খল্লকই, মহাকপু খিরুবগা ফংনথিগক্সা? ফংনবগস্থ মহাকপুদ কৈদৌডৈদস্থ লৌশিনবিররোই। ওস্থোক্না থীনা তুকচরম্নগনি! অহুবু মহাক্না উন্নদবদি য়াদে। উহরগা মহাক্কী মরাল পুন্নমক হায়দোকচবগা হন্দক্কী মপোক্কী দমক নক্লবস্থ হযেংমুক্কী মপোক্কী দমক ভিক্ষা নিদবা য়াদে। খন্না খন্না ফি অদো শেংচিল্লে। অহুদগী লৈজবা পৈশা থরা অদো ফীজিদা পুনশিল্লগা ময়ুমদগী থোল্লক্লে।

খোঙনা থরা চং, গাড়ীনা থরা চং তৌহ্নুনা মীঙোন্দা হং-হংহ্নুনা হুমিদাং-ব্রাইরম নন্দপুরদা থুংলরে। লম্বীদা চংলম্বা হুপী অমদা হংবদা রঘুনা লৈরিবা য়ুম অদো তাকপিরক্লে। অহুদি রঘু লৌরিদনা! খাঙথাং প্রপ প্রপ থাংহ্নুনা হুংশাশোর থবেং থবেং হোনহ্নুনা তাক্লকপা থোংগান অহুদা চংঙক্লে। শুমাং ময়ায় য়োৌরগা মী-পোং অমত্রা উদবহুদা কৌরকই, "রঘু, রঘু।" মী লাকপগী খোঞ্জেল তাবহুদা থংনরিবা য়ুম অহুদগী হুপা-মচা অমনা লাকতুনা হায়রৈ, "রঘু কাকারা? ইমুংদা ঙসায়দগী তুম্লিবনি।" হায়রগা তেকথগদগী ঙাইহ্নুনা লৈরবা মম্লবা য়ুম মচা অহুগী থোঙ অদো হাংদোক্লগা থুদোম্বী থিন্দুনা হায়রকই, "অা-হু তুম্মিসে। চংঙকউদনা।"

চামেলিয়া দারি মথক্তা কাখংলে। ইমুংদা হেক চঙবা হংগোইহ্নুনা খোঙজিল মপানদা ঙাইহাক চপ লেপতুনা য়েংঙকই। চুম্মি রঘু তুমহ্নুনা লৈরি, শেগায়রবা ঙাবোং অমা শুপচিনহ্নুনা। হুমিদাং ব্রাইরমগী হুমিং মশেকনা যকলাংগী অহোবদা চংঙকতুনা রঘুগী মরায়বক্তা য়ৈররি। "রঘু রঘু" কৌহ্নুনা চামেলিয়া ইমুংদা প্রপ প্রপ চংশিল্লকই। অহুবু হুকথুম খুম্বিরকতরে রঘুনা। মনাক্তা চংশিনহ্নুনা মশা নোমহ্নুনা হোদোরকই, "রঘু, রঘু।" অহুবু শুকতা তাখিদরে রঘু, মশা অহু হুকলেচ লেঙখিদরে।

অহুদগী ইথচ থচহোদনা চামেলিয়াগী মীৎশু অনীদগী শিন্থরকপা পিগী মরিক্তা রঘুগী লেঙদ্রবা হকচাংদা তোপ তোপ তাবা হোরকই।

(১৯৫৯ ইং)

# থাইনগী লৈরাং অমনবী

## (১)

নোংহৌ লাক্লি। খা থংবা মাইকৈদদি নোংবু চুবা তৌখরে। নুংশিৎস্থু কম্না শিৎপা হৌরক্লে। নুংশিৎকা লোয়ননা লৈতোই চেনবা উকুলস্থু মাইকৈ অমমম মমহুম্না কোইপাই পাইবি। উচানগী অকংবা অকুপ্পা মনাস্থু নুংশিৎকা ভাওমিন্নবা য়াওবে।

নোং য়োরকত্রিভৈদা চীংথাগী লমজাও য়োহৌনবা চেনবোই-লাক-পোই তৌহুনা বিনয় খোঙথাং য়াঙনা থাংলকই। মুমিদাং য়াইরম ওইরবস্থ লম্বীদা কনামতা থেংনদে। নোংহৌ লাকপা অত্নুদা মহৈ মহৈ ময়ূম ময়ূমদা থুনা হুপ্পিন্নথরমাল্লে, নত্রগা হারা চাবা থোক্করত্র-মাল্লে। লম্বীগী নাকন অনীদা লৈরিবা য়ুম অমা ফাওবগী মপানদা মী লৈবা উদে। নুংশিৎনা ফুজিল্লাক্লিবা মায়কৈ অদোমগী থোঙ-থোঙনাও পুম্নমক লোনশিন্নথরে।

নোং ফুংলি ফুংলি তাবা হৌরক্লে। চীংথাগী লমজাওস্থু নক-শিল্লক্লে। কম্না তাত্রিভৈদা চীংথা য়োহৌবা নংগনি। চেলহৌবনদি ফগত্রা থল্লকই। থনবগা চেনগে হেক তৌবদ' কদোমদগীনো মেওলবা খোঙ্জেল অমা নাকোংদা য়ৈরে, — "সিং, মিষ্টার সিং, !" ঙকচানহুনা

বিনয় খংলেপ লেপ্পি। অচুদগী হয়াও তুজুংবগা লোয়ননা কোইয়েং কোইয়েং য়েংতুনা খোঞ্জেল অচুগী হোৎকফম থিরকই। তুংলোমদা হন্না য়েংথোকখিবদা কনামতা লাকপা উদে। খল্লকই, মুংথিন পোপোপ অসিদা ওস্থোক্লা লায়না তম্নরেদা! চৎকে হ'য়দুনা খোঙথাং অনী-অস্তুম হেক থাংবগা খোঞ্জেল অদো অমুক্কা নাকোংদা য়ৈররে, —"হেল্লো সিং, মিষ্টার সিং।" হন্দকমুকতি লম্বীগী ওইরোমদা লৈশিল্লে। অচুবু কনামতসু লৈবা উদ্রে। লৈথোকতুনা য়েং লোমদা য়েংথোক-খিবদা লৈরেম্মে। উরে নোনথরপ তৌদুনা মাঙ্গোনগী য়েলিংদা থাবাক্লা ভাথদুনা মথুং য়েং থাঙ্গৎলগা হৎতুনা লৈরম্বদো।

মীৎকা মীৎকা হেক চান্নবদা নোকমি নোকমি তৌদুনা অমুক্কা কৌরকই, "মিষ্টার সিং।"

সোয়দ্রে, মিস্ মুখার্জীনি, বাংলাগী ওজা।

বিনয়না খুম্মকই, "ও, ইয়েস, মেডাম।"

"চংঙকথো, নোং চোৎপা তারে।"

নোকমি নোকমি তৌদুনা বিনয় প্রপ প্রপ চংঙকই। মাঙ্গোনদা হেক কাখৎপগা মিস্ মুখার্জীনা হায়রকই, "লাউ, ইমুংদা চংসি। নোং কন্না তাখিদোরি। হেক হাক লেপ্পোইদোরি। ফমখো।"

করিমতা নিংজিং-মাংজিংনবা তৌদনা বিনয়সু মহাক্কী মতুং ইন্দুনা ড্রোইংরুমদা চংঙকই।

"ফম্মু চৌকি 'সিদা।" মিস্ মুখার্জিনা হায়রকই —

"থেঙ্ক ইউ, মেডাম!"

"নোং স্কুংশিৎ মরক অসিদা কদায়দা চৎলুরিবনো?"

"মনীংগী চীদোন অসিদা কাখৎতুনা কোইরুবা, মেডাম্।"

বিনয়না রাঙাং খুদিংগী 'মেডাম' হায়বসিদা মিস্ মুখার্জিগী মপূক্লিংদা নুঙাইতবা অমা পোক্লমই। বিনয়গী মচীন্দগী রাহৈ অসি তাবা খুদিংগী হকচাংদা তুম্নবা পতুম অমনা থিনবগুম তৌরমই। লাউরপ

তৌনা লাউরকই, "সাট-অপ।" অহুদগী মীকুপ অহুমক্তদা নোকমি নোকমি তৌহুনা হায়রকই, "করিগীনো এৈভোন্দা মেডাম মেডাম কৌরিবা? অহুম্নকা কৌ-ল'কম্নু। এৈ য়াম্না ব'বৌগনি।"

ওক্তবা ডমদে বিনয়। করিনো হায়রিব'সিবু! ফরম্নু ফত্রবম্নু মখোয়গী কলেজগী ওজানি। মহাকপুম্ন তম্বিরিবনি। ওজা ম্নুপীদবু 'মেডাম' কৌত্রবদি করি কৌগনি? য়াম্না ইকাই-হগোইবগা লোয়ননা হংঙকই, "অদুদি করি কৌগনি?"

শংত্রিক শংনা ভাইহাক য়েংলে হাযরগা মর্মীৎ উইরুম উইরুম তৌহুনা চিম্বানদা নোকমি নোকমিগা লোয়ননা হায়রকই, "ইশম হেক শম্বা 'সেষ্টার' — বেশ!"

বিনয়না মপুক্লিংদা থল্লকই, অহন হায়বসি কনামতনা ওইনিংদবোই। মঙক শুহুনা হায়রকই, "আচ্ছা! ওল র ইট!"

তানজা অহুমক্তদা থংনরিবা কা অহুদা মী অমা চংঙকপগুম তৌরি। মিস্ মুখার্জিনা কা অদোমদা মমায় ওনশিন্দুনা কৌরকই, "নারায়ণ!"

অহুন ওইরপ তৌবগী খোঙ্গেল অমনা খুম্মকই, "আজ্ঞে!"

"চা কাপ অনীদং শেম্মকউসে। নহাক্কী মন্দ'কিনী-চা অদো।"

"হোয়, তৌজরকে।"

চাগী হুকুম তৌবা লোইরগা বিনযরোমদা লৈশিল্লকতুনা হৌরকই, "অহুদগী মরূপ-মপাং অমত্তা য়াওদনা য়াচংবা মতম অ'সদা লোইবী চাংগী চীংদোন্দা করম্বা মণি-মুক্তা থিবা, কনাগী থম্মোয়হুবা খোঙ্গেল তাহুনা চৎলুরিবা?"

করিমতা খুমদে বিনয়। নোকমি নোকমি ইকাইরপ তৌনা মরায় লুকথৈ।

মিস্ মুখাজিনা শমথরকই, "চিত্রাঙ্গদাগী লৈবাক্কী মী-নিনা মহৌশা লাইরেম্মগী লুংশি-লিচিং থরা হেন্না লৈবা মহৌশানি।"

বিনযগী মমায ইচপমুক ঙাংঙকই। মহাক্কী মাযথোং পুবা ঙমদবা মতৌ অদো উবদা রাফম অদো অনবোমদা লৈথোকতুনা হাযবকই, "মণিপুরদা চংকে নীংঙকপা মতম কুইরক্রে। হন্দক্তি চংপা তাবে। নহাক লৈরেদনা চংমিন্নবা। নখোয়গীদা লৈহনগদ্রা ?"

রা অমত্ত ঙাঙবা ঙমদে বিনয়। মকোক হাইফেৎতং নোম্মি।

মিস্ মুখাজিনা অসুক শাথিনা রা ঙাঙবা হৈরমগনি হায়বসি বিনয় কৈদৌঙৈদসু থল্লুদে। রা যাম্না শ থিনা ঙাঙবতা নত্তনা যাম্না শাথিনসু দ্রো দ্রো লাউবগী মতৌ অসি উবদা হায়ঙমদনা মহাক ঙক্লে।

ক্লাশতা বাংলা লৌবা ছাত্র থোইনা য়ামদে চীং লৈবাক শিলোংগী কলেজ অসিদা। করি করগুম্বা নুমিত্তা বিনয় মতোমতমক ক্লাসতা লাকপসু যাঙই। অতুগুম্বা নুমিৎ অতুদদি বিনয়গী মতৌ অসি হায়নিংঙাই লৈতে,—মমায়-মমীং ইচপমুক ঙাঙহুনা মমায অসি অমুকতং হাইগৎচবা ঙমজদে। ঙজা ঙচরবসু মিস মুখাজী লেশ বীনি। চহী কুনথ্রামুক শুরবসু নায়েং য়ম্না নৌবি অথাঙবা শক হায়বহুনি। পাতক-চেং-তকপা শাঙং-শাদ তাযবদে ননাসু যম্ন নোক-চাওবা হায়বহুসু থোক্লে। কুচ কুমেন বুনৈ কুচ্দনী চ ইফেৎ লৈথবগাসু মাইথোংদা হেক যেবদা থম্মে যদা ইস হ য়বা পোকহনগী রাশি অমদি যাওবি। মশানসু অকে-অমৌ পামজর্ননা শকতম অদো অমুক হেন্না ফজে। নুমিৎ খুদংগী শাড়ী অনৌ-অনৌবা হোংদ্রবদি মশান তৈনজদ্রবনি। করম্বা শ ডৌগ। করম্বা ব্লাউজকা, করম্বা খোংউপকা চুন্নবা, মদোমদসু যাম্না চেক-শিল্লে। নুপা ময়ামগী মরক্তা নুপী মতোমতা ঙচরবসু মহাক্কী শাজংতা তুকথবগী নত্রগ হেনদবগী মওং অমত উবা যংদে। মহক্কা বিনযগতা ক্লাশতা লৈবা নুমিৎ অহাদ লোইরে, মাইকৈ শরিদনী কল্লক কঞ্জাওবগী কবেম্নবগী মীংয়েং ময়াম লোম্না লোন্ন পাইশিল্লকই। ক্লাশ হেক লোইবগা খোই মতুমদা খোইয়াম্না যোমশিল্লকপা অতুমঙাই বিনযদা ময়াম্না যোম-শিল্লকপা। মথুং শোক্লবসু য় ওরে। কন গুম্বনা 'লাকিং-চেপ

ক'গ্রেচুলেশন' হায়না ফাগী তৌরকস্থ য়াওরৈ। মখোয়গী মতৌ অহু উরগা ইকাইখনা শিগদৌই।

ছাত্র-ছাত্রীশিংনা য়ারী শান্নবদা মিস্ মুখার্জী মমল য়ান্নবা মচাক অমা ওইরকই। মীগী অরা-অনা খঙবা, মীনুংশি য়াওবা ছাত্রশিংনা নুংশিনা শোল্লি, "চহী কুনথ্রা শুরবা ফাওবদা মযুম পান্দত্রনা মপুল্লি অসি মাংহল্লেকো! নুংবু-নুংশিনে।"

ছাত্রীশিংগী কমনরুমদা জ্ঞান লৈবী লৌশিংফবী ছাত্রীশিংনা ইলায-লায়না মরম পুখোরকই, 'থম্মোয়গী থুপ্লবা লৈকোননুংদা মহাক্না ইরাৎচত্রনা থমজবা মথংলেন অত্রনা লৌনম তৌরম্বদগী অতোপ্পা খোইমু অমত্তা মনাক্তা পাইশিনবা য়াদত্রনা লৈরিবনি।'

ওজাশিংগী কমনরুমদা ওজা-অহনশিংনা ওজা নহ'শিংদা লক্লে, "ওস্থোরুস্থ পা'দেদা নহাবোনশিং অসে। মমাংদা মযুন ফারবা হৈরাংনা কেল্লগে কেল্লগে হায়ত্রনা লৈর-ফাওবদা হেকতুনা চাবা ওমদে।"

ত্রশেংনমক ওজামতগস্থ তোরোৎ-খোদানব উদে। ওজানতনা মনাক্তা কুইনা ফমত্রনা য়ারী-য়াতাই শাবা ওমদে। যাম্ন' চৌং-লেমত্রনা লৈ।

অত্রুব্ ওসিদি করি মতৌনো। মপান্দা নোংথক্তগী হৈথরক্লিবা বরিষাগী নোং অসিগুম্না মিস্ মুখার্জীগী মচৌন্দগী হৈথরকপা য়াহৈগী নোংস্থ লেপ্প লৈখিদরে, পুনঙাংতমক ঙাংথরে।

বিনয়স্থ ইকাইবা থরা ফরক্লে। মমায় হাইগৎপোই হাইগৎতবোই তৌত্রনা লৈতোন ফাতক ফাতক তৌত্রনা হংঙকই, "মেডাম, ও সো-রি, সিষ্টার! যুম অসিদা অসোমতা লৈবিবরা?"

মমীৎনে-মনানে মথুৎনে-মশানে, মমীৎতা চৌম্বানদা হায়ফেৎ মীনোক্তী ঈপোম হৌহল্লগা, মিস্ মুখার্জী ফেৎ লাউশিনৈ, "হৌজিক্তা ঐগী প্ল্যান্ট লৌবা নীংশিংলিবোই। ঐখোয়না নীংবনা য়াম্না হেল্লি। মরায়রবক ঙীরবী থরা মচাক অমনা মরূপ-মপিজ। কনামতা লৈজদনা মপান নাইরবা চেনখিগ্রবা ঈচেল।

অতিথি-ঈপাক অসিদা করম্না লেল্লিগদগে হায়বা কনামতনসু খনবিদে।"

মাঙাং অদো তাবদা বিনয়দি অমুক্কা পাথংখরে। মশা-মউ পূমচোৎ চোৎখরে। নুপীনা অসুম তৌহুনা কাব্য-রসতা ঙাঙবা তাবসি বিনয়গী পুন্সিদা ঙসিনা ইহান হান্না থোক্লে। মিস্ মুখর্জীসু মহাক্কী মতৌ অদো নিংথিনা উই। বিনয়গী মতৌ অদো মাঙোন্দদ কুম্মৈ ওইনা থোক্লে। নিংথিনা য়েংবা য়াবা মথৈ য়েংলগা থল্লকই, "ওন্থে রুসু অঙাং ওইরিদা।"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা অমুক শমথরকই, "লৈবুদি য়ুম অসিদা মামগা ইনেগসু লৈ। য়ুম অসিদা লৈমিন্নে হায়বহুমঙাই, লৈমিন্নদবগা অঙ্গানি। মখোয়গী সংসারনা অমনি, ঐগী সংসারনা অতোপ্পা অমনি। মখোয়গীনা অনী শুরি, ঐগীনা ইতোমতনি। মেঘদূতকী মশানৌ কায়নরবা যক্ষনা রামগিরি চীংদোনদা কায়ন-মৈচাক থাঙহুনা মতোমতা লেনখিবগুম, ঐসু শিলোং-চীংগী চীংদোনদা ঐগীন হায়বা কনামতা য়াওদনা পুন্সিগী মীকুপ খুদিং নুংশাশোর ফুইনা ফুইনা তোনহুনা লেল্লি।"

ঙানজা অহুদা নারায়ণনা চা পুরকতুনা চংলকপা অতুদা মিস্ মুখার্জীগী তেংখা-ঈচেল খংলেপ লেপখি। মযায়গী টেবল মচা অহুদা চা-গী ট্রে অদো থম্লগা নারায়ণ থোকখরে। মিস্ মুখার্জীনা ট্রেদগী চা-কাপ অমা বিনয়রোমদা লানাশন্নকই, "সে লোসে।" লৈরৌরিবা কাপ অহু প্লেটকা লোয়নন মখুৎ অনীনা লৌখৎলে। অহুদগী অমুক্কুং পেন্না চুপ্লগা খংকৌ কৌরকই, 'নারায়ণ, নারায়ণ!"

নারায়ণনা প্রেপ প্রেপ তাফং তাফং চেন্থোরকপদা হায়রকই, "নারায়ণ. হাত্তিখরেদা নহাক্কী ঙসিগী চা অসি। হুমিৎ খুদিংগীদগী ঙসিগীনা মহাউ অমা হেনবগুম তৌই।"

"ঐখোয়গী দিদিমণি 'সমা!" হায়রম্মগা নোকমি নোকমি তৌহুনা মখুৎ নোই-নোইহুনা নারায়ণ ইমুংদা অহুমক চংখরে।

চা থকপা লোইবগী পুংখায়মুক মতুং ফাওবা নোং হাংস্রে। বিনয়সু নোং অসি হাংহননিংস্রে। মিস্ মুখার্জীগী রাগী অসি য়াম্না

মুড়াইরি। ফরম্ব ফত্রবস্থ মুপী অমনা লীব' ৱারী মুপা অমনা তানিংদব' হৌনদে, থোইদে'ক্না মুপী অত্থুগা মুপা অত্থুগা ময়াই-কাবা চহী-মতাংগী ওইরবদি। অত্থবু ফনা কুইরে ফম্লক্লিবসি। বিনয়গী মপূক্লিংদা মতোমতা ৱাখল মাংজরকই, য়াম্না ফম্লিংনা ফম্বা মানখরনি। হায়রকই, "সিষ্টার, ঐ য়ৌজখরগে। কুইরে ফম্লক্লিবসি।"

তশেংনা চৎনিংঙবোই খন্দুনা মিস্ মুখার্জিনা হায়রকই, "নোংদি হাংদ্রে!" ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক শমথরকই, "হাংলরোই নোং অসি। মুংশি-ঈখৌ-লাংলবা যক্ষগী মীৎলু-ঈরানি।"

অত্থুদগী ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা কৌরকই, "নারায়ণ, নারায়ণ! তারিবরা? ঐগী ছাতিন অদো খরা পুথোরকউসে।"

বিনয়না মকোক খোৎল-খোৎলত্থুনা হায়রকই, "ছাতিনকা তৌবিরুরম্থু। নোংম্থু কন্না চুদ্রে। ঐ অম্থম চৎচখিগে।"

"থিল্লকপা তল্লগা থিল্লকত্রবস্থ য়াগনি।"

ছাতিন পুথোরকত্থুনা নারায়ণনা মিস্ মুখার্জীদা পীগে হেক তৌবদা হায়রকই, "ঐঙোন্দা নত্তে, বাবুদা।"

ছাতিন অদো লৌরগা বিনয় থোক্লক্লে। মিস্ মুখার্জীম্থু মহাক্কী মাঙ থানা মাংগোল ফাওবা লাক্লে, "গুড্ নাইট, সিং।"

বিনয়না খুম্মকই, "গুড্ নাইট, সিষ্টার।"

(২)

মুমিদাং সিনেমা সেকেণ্ড শো য়েংঙুরগা মখোয় অনী হনমিন্নরকই। নারায়ণ তুম্নম্মে। মামগা মনেগম্থু গৌহাটিদা চৎখি। ঙসি হল্লক্লোই হায়রম্মি। থোঙ হাংদোক্লগা মখোয় অনীমক ড্রোইংরুমদা চঙলে। বিনয় সোফাদা ফমথরে। মিস্ মুখার্জীবুম্থু মখুৎ পায়ত্থুনা "ফম্মু" হায়ত্থুনা চিংথরে।

"ঐ চা শেমখিগে। নারায়ণ অমুক হৌদোক্লরোই, তূমজরসম্থু।" হায়ত্থুনা মিস্ মুখার্জী চৎকদগী তৌরি।

মখুৎ থাদোক্লগা বিনয়না নোকমি নোকমি চাথোকদৌবা মীৎয়েংগা লোয়ননা হায়রকই, "করিগীনোনে হাথু হাথু তৌরবসিবু কোম্না

তৌরবস্তু য়াই। ঐ ওসিদি হল্লবোই। লখীদা যু ঙাওবনা থল্লম্মনি।

'যু-ঙাওবদা অমুক পাওথংনদ্রবস্তু শন্না হেক্তা মহায়যুদা। অঙাংতা অঙাং হায়'ঠনি।" নোকফেং তৌরম্লগা মিস্ মুখার্জি ইমুংলোমদা চঙখি।

ঙাইহাক লৈবগা ষ্টোভ, কেটাল, কাপ, ট্রেনা চিংবা চা লোয়নবা পোংচৈ ময়াম মথং মথং তৌদুনা পুথোরক্লে। মতৌমতা হোন্দে ক্রবদি অরেম্বদা মতম হাংপা হায়বদো থোক্লগনি বাখল তৌদুনা বিনয়স্তু পোংচৈ হোন্দোকপা যাওগে থন্দুনা ইমুংলোমদ প্রেপ প্রেপ চংশিল্লকই। বিনয়না অদুম তৌদুনা চংঙক্নি হায়বদুদ মিস্ মুখার্জিস্তু খঙদবনিনা প্রেপ প্রেপ থোক্লকপদা তাঞ্জা চারদুনা মখোয় অনী থোঙাজনগী অদুরাইদা 'দং' হেক থেংনৈ।

স্বাই লাউই মিস্ মুখার্জী। বিনয় ওইবম্বদুদা শাউরংননা মচীন পোনথোরকই, "ইমাইপেমা. ওস্তোরস্তু থেংজনিংখ্রবা হায'দো ওইরে।"

"ঙসিতা খঙ্ঙিবোইরে।" নোকমি নোকমি যে দবা ঙমদে বিনয়স্তু।

পোংচৈ পুথোনকপা লোইবগা মিস্ মুখার্জিনা ষ্টোভ চমথংতুনা ঈশিং থাংগংলে। সে য দা ফংতুনা বিনয়না মহাক্কী মতৌ অদো ঙাইহাক য়েংলগা হায়বকই, "ঐদ ও'স ফাওবা থাজবা ঙমদ্রি।"

থংনারবা সোফা অদুদা ফমথরগা মিস মুখার্জীনা হংঙকই, "কাবগী ?"

"ঐখোয় অনীগী ইনক্তা লৈরিবা পন ময়াম অসি থন্তুরকগা ঐখোয়না তৌরিবসি মঙ ওইরবোহ থন্দবা ঙমদে। চহী, সমাজ, ডিগ্রী অদুদগী —।"

"কানগীনো নহাক্তা মদুগী রা অত্ত হন্না হন্না হৌদোক্লিবসিসু ? নহাক্তা ঙম্লগা ঐনা ঙম্লোইদোরবা করিগীনো ? কয়ারক রাশকথো হায়বগে ?"

"মুপী হায়বসিদি করিস্তু লৈতবা মবম অমগী দমকস্তু রাশকপা ঙম্মি, অদুনা মখোযনা রাশকপগী মমল লৈতে।"

"থাজবিদ্রবদি করম তৌনি ? হযেং থোংলগা খঙনবা তারেদনা।" হায়রগা মিস্ মুখার্জী তুমিন্না লৈথরে। বিনয়না মাঙোন্দা য়েংশিন্নদদুনা

লৈথোকতুনা ঙাইহাক লৈরগা য়েংথোকখিদ্রিন্দদা মহাক্কী মীৎলু অনীদা থপ মরীরা তনিক তানিকতুনা লেরম্মে। মপূর্ন্নিংদা নোমিংবা পে কপগা লোয়ননা পেঙ্গবা অমম্ব পোল্লকই। হয়খিকই, "নতৌ য়েংগে তোবানিদা।"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই, "নখোয় হুপীগী মীৎলু-লাইজ অ'স ওস্থে রুম্ব হোউথরে। কাবম্ব নত্তবা রাহৈ অমগী দমকম্ব হেক ঈহৌরকই।"

মীৎলু অনী তৈথোক তেথোক্লা মিস্ মুখার্জিনা হায়রকই, "যরেনে, থাজবিগন্নও।"

"শাউরম্ব, শাউরম্ব" বিনয়না থেমজিল্লকই। মিস্ মুখার্জীনা থরা হুম্বরক্লবা মতুংদা অমুক্কা হায়রকই, "যরে, নহাক্না ওয়বম্ব সোয়দনবা তৌরসি। যমদ অমুগুদি চৎলুথিগে, পরীক্ষাম্ব লোইরে।"

"ভাগশিন্নবদি য়ারোই।" চৈরাক তৌরকই মিস্ মুখার্জী, "এম, এ, তমগদবানি, পাশ তৌদবা য়াদে। এম্ব থবক অদো সোইদনা যংগাবরাদ থাল্ল। এগী মরূপ অনিতা মপাগী ইনফ্লুয়েন্স দিনাইদা হায়রেৎ লেরিবনি। মাথোন্দ হুত্রবনি, সোয়দন ওহরক্কান—"

বা ঙাঙবা লে হুফাৎতনা কেটলীরোমদা য়েংথোকখিনদা ঈশিং থ্রোং থ্রোং শোইদনা লেরম্মে। হোগৎতুনা কেটলী অদো থাংথরে।

চা শম্বা লোকরগা বিনয়দ কাপ অমা পীরে।

ঙসিদি মিস মুখার্জীগী মপুক্কুং ঙমথৈ লেতনা হরাওরে। বিনয়বু মথুৎমরা চা লোনহনা পীথক্কে নীংঙকপাস মতম কুইরক্লবনি। মহাক্না কুইনা নীংজরপদো ঙসিদি খুংজরে।

(৩)

মযুমদা লাক্লগা বিনয় য়ারিবমথৈ থুনা শিলোংদা হম্মনবা লাক্করে। অহন-লমম্না অস্তক থুনা চৎপগী মরম হংঙগা "ইন্টারভিউ অমা লৈ" হায়না খুম্মে। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদগী মযুমদা অমুক হল্লকপগী আশাদি লৈতে। গৌরিয়াদা শাথিথ্রবা মহাক্কী অহন লমম্না কৈদৌউৈভদম্ব

লৌখৎলোক্তি। থম্বকরগা মপুক্তিং ফুংশিন্নকই, ফুংশিংনবা অঙন-লমন, মচীন-মনাও, মরূপ-মপাং, পোক্লফম লমদম পূম্নমক। পুন্সি চৃপ্পা কায়নরগদবনিকো।

চৎকদৌবা ফুমিৎ অদো অয়ুক্ননা মফি-মরোল পুগদৌবা য়েন-খোৎতুনা লোক্টাশল্লে। মহাক্কী মাযখোংদা ফুডাইতবগী মমি অমা ফাওরিবদো ময়ামম্থ উই। অতুবু চুয়গী নযুম থাদোকপগী ফুডাইতত্থনা তৌরিমাম্লে হায়দুনা ময়াম্না ইলায় লায়না লোনে। চাক তোক্লগা মফি-মরোল শেংপা হেক লোইবা তানজাদা এক্সপ্রেস লেটর অমা পিওন অমনা পুরকই। কারবু করি ওইরমগবা? বিনয়গী থরায় থুক থুক লাউরকই। এনভেলপ মথক্তা ইরিবা খুৎক্টা অতু মিস্ মুখার্জিগী মাম্নি। প্রপ প্রপ তাত্থনা মথুম অতু শেগাইবগা চিঠি মরোল পান্দ্রিদ্রভৈদা মথাগী মীং অদো য়েংলাও, মানি মহাক্কীনি। অতুদগী মকোক্তগী পাখরকই —

বিনয,

নহাক্না চিঠি আস ফংবা মতমদ এহাক কালকাতা য়োবা য়াবে। ড্রাস খ্নাংদা-রাইরম সুখেন্দুগী চিঠি ফংই। ইথা-থাজদবা চিঠিনি। অতুনা এন্থ ইথা-থাজদনা হয়েংমক শিলোং থাদোক্তদৌরি। ও, সুখেন্দুগী মরমদা নঙোন্দা কারিমতা রারী শাথাল্লি। রারোগম্থ। সুখেন্দু, এগী মরূপ। চুম্নগী মরূপত্তা নঙে, পুন্সিগী খোঙথাংদা খুজেং পালোক্তনতুনা চৎামম্লসি হায়না রাশকামিম্লথবা মরূপ। স্কুলদা লৌরিভৈদগী শৌত্থনা কারিমতা অপনবা লৈতনা এথোয় অনী খোঙথাংমিম্নরকপানি। তৌইগুম্বম্নং এম্, এ, তম্বা মতমদা নো লৈ-ফুংশিং অমা লাকতুনা এথোয় অনীবু থাপ্তোক্লহনাথ। রীতা রাটসন্ কৌবী এংলো-ইণ্ডিয়ান অমা থেংনরুবদগী সুখেন্দুগী রাথল-ঈচেল তোংলকই। মথোয়গী মতৌ অতু উরগা এগী পুক্লিংদা ফুডাইতবা কল্লক-মীহৌবা অমা পোক্লবম্থ সুখেন্দুগী আশাদি থ দোকলুদে। করিনা, এনা থম্লাম্মি, এনবু লাঞ্জবদি সুখেন্দু নোংমাদি সোয়দনা এগী ওইগনি, রীতাগী মপান-থোঙগী

ঈরাঙনা মহাকপু কুইনা শুক্সাৎপা ঙম্লোই। তৌইগুম্বসুং নোংমদি, পরীক্ষা অবোইবা ফুমিৎ অতুদা. সুখেন্দুগা রীতাগা কোর্ট-মেরিজ তৌথরে হায়বা প উ তারে। ঐগী থম্মোয়দা আশাগী মীম অমত্তং মুশি মুশি তৌহুনা লৈরম্বদো পুংমাঙ মাঙখরে। অহুদগী রাখলগী মৈচাকতগী হিংননবা কলিকাতা থাদোকতুনা শিলোংদা লাকপনি। তৌইগুম্বসুং অহানবগী চহী অনী-'হুম অহুদি কায়ন-মৈচাক ফরকপগী মহুত্তা থোইনা থোইনা হেনগৎলম্মি। মতুংদা নহাক্কা ঐগী থম্মোযদা অনৌবা য়েন্নিং অমা হুম্লকহন্দুনা পুন্সিদা অমুক হন্না হরাওবগী ঈহৌ অমুক্কা হন্না হৌরকখি।

চহী তরেৎ মতুংদা ঙসি সুখেন্দুগী চিঠি ফংলিবাসনি। সুখেন্দু টি-বিনা অয়োৌবী থাক্তা পায়রে। অরা-অনা খাঙবা হেতবী রীতা মহাকপু থাদোক্লমহুনা চৎখরে। লাইনা অনীনি হৌজিক সুখেন্দুদা পাল্লরিবসি। অমনা টি-বি, অতোপ্পহুনা নিংঙমহোদবগী লাইনা। ঐহাক্না চৎত্রবদি সুখেন্দু মঙং চাদবা তারে। অহুনা ঐহাক চৎলবান।

ঐবু ঙাকপিযু। তশেংনমক নহাকপু তাৎ তৌগে তৌরম্বা নত্তে। ঐহাক্কী থম্মোয়দা তাথ্রবা নহাক্কী শেংলবা নাম পুন্সিদা কারগুম্ব, মতাংদমু মুৎলরোই। বিদায়।

নহাক্কী—

রেণু

৫ | ১০ | ৬৩ ইং

চিঠি অদো পাবা হেক লোইবগা বিনয় উদগী তাবমুক পংথহুনা চৌকিদা ফমথখি।

( ১৯৬৩ ইং )

## লৌখৎপা

ঙমিৎ তানিং-তামাং ওইগদৌরে। কুইদ্রি নোং-মুংশিৎ লেপথিবা।

মাংগোনদা মুরাদা ফমদুনা ইবোচৌ ঙসি নুংথিলগী নোং-মুংশিৎনা তৌরম্মিবা মতৌ অদো য়েংলগা রাখল তোদুনা লৈরম্মি। মথুৎতা তোংজৈ অমা পায়রিবদো মরক-মরক্তা চিংঙম্মি। ওন্থোক্লসু শাথিনা শিৎলমখরে। পংকুহ্‌দি কুইরমদে হ য়ববু ঙাইহাক অতুদা মপাঙ্গল-মকল্থি লৈজবা পূন্নমক ফুদোক্লম্মে। পাঙ্জিনা কুমাশ কুমজা অসি নোং-মুংশিৎ কনগান হায়রিবসি চুমদ-চুমগদৌরিমাল্লে। কুমগী অহানবা খোঙলাক মক্তদা তৌবা য়াবা মথৈ তৌরম্মে। থোংগানদা অসুক ফজনা হৌরিবা ক্বা-পাম্বী পরেং অসিবু, করি মুঙাইতবা লৈবননো, তরা-মুকতুম থুদেকপিরম্মে। ক্বা-পাম্বীতা নওনা মনীংগী রাপন মচা অসিমসু ফুক্তোকপিরম্মে। কুমশিবু য়ুম মথোঙকা থৌশাদদুনা শিল্লমদ্রবদি করিনো থোক্লমগদৌবা, ফনা ইকাইরমগনি। তোম্বখোয়গী অসুক ফজনা, অসুক চঙনা শাজবা লোইবতা ঙায়রিবা শঙ্গোই অসি ফাওবা হুমদোকপিরম্মে। য়ুম-কৈদি লায়রদুনা চহী অসুক কুইনা পুন্সিরক্লবা লম্বী-মপানগী লাইওইরবা চাউখ্রবা খোংনাং-পাম্বী অসি ফাওবা ইনথুবিরম্লে। অঙকপনি ঙসিগী মুংশিৎ অদো। চহী মফু হায়বদো

তা'ন শাক্লব'নি। শ থ্রব পুন্সি অ'সিদা নে' নু'শিং মশী লাকউমদনা খে'নবক্লব'ন। অচুবু ভসিগী আসগুম্ব'দি থে'নাখিদ্রে। অদুবুক্তে চহী তরা-তরা'নথোইরে'ম মমাংদা', চৈরাওবা নোংঙানবা কুমিং অচুদবা কৈনো, অমুক শিং'খ। মা'নি,— মেরাক্লাউনা লৈথদবা কুম অচুদনি। লৈখিদরেকো মেবাক্ল উ অদো! শিগা'নি হায়বা খঙনা পাল্লম্মিদা! মেরাক্লাউ'তা নত্তে, থানিনজাউ, চাউয়াইমা, থম্বৌতো'ন,— মথোয় পুন্ননক মথং মথং তৌদুনা চংনখরে। থুংঙাইরম্মিদা মতম অগদা খুল অ'সি। ময়াম জং জং লাউনা পাল্লখ্‌নি। থংনরিবা খুল অতৈনা খী—খী লাউনা কিনরম্লবনি। ঙ'স'দ কদায়, খুল অসিদা কনা লৈরি? মহাকতা ঙাযবে লাইওইদুনা লৈহৌরিবা। হৌমিন্নবকপা মরূপ-মপাং পুন্ননক অম-মম তোদুনা নাকেন-থাগী উনা-রানা'দৌনা মথং মথং তৌদুনা কেনখবে। মহাকসু কুইদ কুইররো'ই। মহা'ক্কীসু মতম লাক্লে, চহী কল্ল অমা নোংলৈ-নুংশিং থাঙনা লাক্লবা খে না' পাম্বী অসী ফাওবা তুথরকদা।

রাখলদা মুস্তখিদুনা মথৎতা প যরিবা তাং'জৈ অচু ফা'বা চিগান কাউথরবা অচুগুম্বা তানজা। অচুদা' ইথউ গডহৌদবা থৌদোক অমনা ইবোচৌগী নীকপ থ থোক থোকহল্লকই।

মথোয়গী থা থং'বদা লৈবা বননালীনা নচাল্লুপা য়াইমা অচু চৈ অমা প য়বচুনা লাউবনে খোংবনে তৌরদুনা কম্না তান্নবকই, "নপা থোরাইমচা, মসিতা হাংতোক্লগা লোইরে। মাস লৈরবা মথৈদি মীরা তাবা লোইবা নাইদবা তারে।" মহা'ক্কী মতৌ অদো হাংপনক হাংত্রবসু থংবু-থ'নরবদি মঙং অমা চাররে'ই হায়বসিদি সে য়দ্রবান।

অঙাং অচুনা কিবনে থংবনে তৌদুনা মথরাই মমী যাওদনা কপ-লাউদুনা চেল্লিবদো ইবোচৌ উরে। চৈথাংননা হায়রকই, "করিনোনে হাই? নচাদবু অচুক থীনা তৌবরা? হন্দকমুক্কী মপোক্কদি নচা ফংলে, হয়েংমুক্কী মপোক্কদি নচা অমত্তা উবা ফংলোইদো।"

খোয়ুম-মপাউ ফাঙবা চঙবা ঙমদ্রবা ফী ফী শাউরিবা তাঞ্জা অদুদে তাইবং-মীওই অদুগী মাহৈ থরা অদুদি চাংমুংদা মুক্তা চাইথোকপগুম থোকথরে। মকাম্থ হৌনা শাউনা বনমালীনা খুম্মকই, "ফংদ্রবসু ফরে। হন্দকী মপোক অসিদা পুংপেন পেঞ্জরে। মসিতা হাৎত-হাৎতোক্লগা লোইরে।"

করি মরমগী মচা অদুবু হাৎকদবগী তান্নরক্লিবনো হায়বদু ইবোচো হংহৌদ্রে। তান্নরক্লিবা মপা অদো চৎথিবনা হানখ্রে। মপুক্লিংদা মতোমতা শোলহৌই, "ওম্বোকপা মপা হায়বদো ওইরে!"

করম্বা কালদা মমশিনখিবনো থঙহৌদে, ফনা শাথিনা মমশিল্লম্মে। মৌ অহম্না লেমতোন চমথৎতুনা পুথোরকপা অদুদত জ্ঞান থংতা তারকই। লেংতোন অদো থম্মগা ইমুংদা চংগে হেক তৌবদা ইবোচৌনা হায়রকই, "ইবোহনবু কদায় চৎকনি হায়রম্বগে?"

মথুৎ য়েৎনা থোঙদা পায়রগা মমায় লৈশিল্লকতুনা মৌ-অহম্না খুম্মকই, "থঙদেনে রাহেংবমদা ওইরমাল্লে। তোমচৌনা কৌবা লাক্লম্মি।" ঙাইহাক লেপতুনা মথং ঙাথরকপা ঙাইরম্মগা মৌ-অহন ইমুংদা অদুম চংথরে।

রাহেংবমদা ওইরবাদি, ইবোচৌনা খল্লকই, ঙসাইগী অদুগী ওইবা তারে।

চহী তরেৎলোম শুরে মচান্নুপী ইতোন-তোনবী ইবেতোম্বীনা কৈশাম-তোলহনগী মচান্নুপা য়াইমদা চেনখিবা। ইবোচৌগা তোলহনগা শামান-লেংমান্নবা থংনরিবা খুল অনীদা হৌমিন্নরকপনি। পীক্লিঙৈদগী হৌদুনা য়াম্না লুনা তিন্নরকই। ইবোচৌগী অবস্থা হান্না য়াম্না ফরম্মি, হৌজিক্তি থরা থরা হাইথরে। অদুগা তোলহনগীনা হান্না থোইনা ফংলমদ্রবসু হৌজিক্তি য়াম্না মুংঙাইরে।

চহী তরামঙারোম মমাংদা মথোয় অনীনা খুল অনীদুগী মকোক ওইদুনা হরাও-কুম্মে তোয়না তৌদুনা য়াম্না মুঙাইনা লৈরক্লবা মতমদা থৌদোক অমা থোকখি। নোংমা কাং মসুংদা খুল অনীমক্তা মুমিদাং বাশোক শকনি হায়দুনা তৌই। নিংথেম-খুলগী বাশোক-শকপী অমদি

মপানা খুল অমগী বার্তোন, মমানা অতোপ্পা খুল অমগী বার্তোন লোশিল্লুড়না মহা-বেয়া অমা থোক্লখি। ঈশৈ-শকপা লাকত্রগম্ভ যগদোবা। মমা অহুন, "এরা, ভাংনরগা য়াগনি, অমদগু শকই হায়, অমদনু শকই হায়, চৎতা চৎ'সে" হায়হুনা লাকপদা লম্বীদা হম্না যংনবা তোলহনখোয়গী খুল, তোলেনখুনগী কাড়বুনা থেংনহুনা ইবোচৌখোয়গী খুল, হুংফো লৈকাইদা চৎহল্লনদরে। পাউ অনী তাবগা হুংফো-লৈকাইগী পাথংমচাশিং মৈ হোৌনা শাউথরে। "থগুগনি, ব শোক-শকপী!" হায়হুনা ময়া ক্রক ক্রক চিঙ্কথরে।

হায়গুম্মহুনা অহল-লমন্না থাম্বা-লাকপকা য়াদহুনা পাথংমচা থরনা নোংঙানবগা মমা-মচানা ময়ুমদা হনবা মতমদা মচান্নুপী অদো কাহুনা পুথরে। তেলেনখুনগী পাথংমচাশিংনা অমুক মৈ হৌথরে,— কয়া উশিং-থোঙইদনা তৌথরবা, মখোয়গী খুলগী বদনানি। অহল-লমনম্ন শাউনবা য়াওরে। নাকন অনীমক শাউনবা অম্ন অম্নম হেনগৎনরক্রে, থাম্বা লাকপকা তাক্রে। অহুদগী নোংমদি হুমদাং নাকপাক নাকপাক শেমনহুনা য়ৈনরে। মকোক-মরা ক য়হুনা ঈহি-না'হং শাবম্ন য়াওনরে। থানাদা তাক্লরদি ফৎলরোই হায়বা থন্নহুনা খুল অনীগী অহল লমন ময়াম তিন্নহুনা তাইশিন্নবা লাক্লবদা করিমতা কান্নদ্রে। খুল অনীমক মশা-মশাগী মরাল কুপশিন্নহুনা অতোপ্পবু অরানবা শিননবা লাক্লবদগী খোন কনথৎনরকতুনা, "অহুদি নখোয়না করি তৌবা এখোয়না করি তৌবা ওম্বা য়েংনবা তারেদনা" হায়না লাউনরে।

ইবোচৌম্ন মৈ হৌনা শাউরে। ময়ামগী মমাংদা তেলেনখুনগী কাওবু তাননবা হায়রকই, "হুংফো লৈকাইগী করি রাংথল হায়হুনা। ইবোচৌ এ লৈরি! মকুন্দমাগী অচংবা শেন পুম্নমক এনা পুথোক্লনি।"

মহুগী পাউখুম ওইনা তোলহননা খুম্মকই, "তোলেনখুনগী এ লৈরি। লোয়ী-ইংথোল পুম্নমক য়োম্হোকপা তারবম্ন য়োম্হোক্লনি।"

অহুদগী চহী মঙ চুপ্পা খুল অনী আনি কম্না তৌনখি। অহুতস্থ নঙনা মকুন্দমাস্থ কপ্পা শোক্লখি। কাইনথংদ শেন তিংবা মথৈ তি নরগা জ্ঞান তানহংকহুনা মখোয় মশেন য়াম্নন খুল অনী তাইশিন্নহুনা কেইস অদো লোইশিনখি।

খুল অনী আনি তাইশিন্নহন মমাংগী লৈনরম্বা মংং অহুদা হুন্তিন্ন-হনস্থ হবে চৌগ তোলহনগদি হ নগী নিঙন অহুদা হ জন্নবা ঙম্মদবে। থরা থংবা হু শিনরকপগী মহুংস্তা 'নংনা কদায়দা, এনা কদয়দা' হায়বা রাংলনা আনীমক নোংম লোংমনী থুন্দ্রংবে। লম্বী-লমখংদা উন্নরবস্থ মমায় লেগে রহুনা চৎনবে।

মহুগী চহা অনীবেম মহুদ ইবেমচৌগী মচাম্বী ইবেমতোম্বী অসী তেলংলগী মচ ম্নপা য়াহংদা চেনখবনি। থাঙ শংনারবা মীগী নমৌ ঙইখিবহুদা মচাম্বীগী মথস্তা হবেচৌ মে চৌনা শাইখরে। মচাম্বীনু লৌথৎপা, ময়ুংদা চংহনবদি লায়রহুনা, মচাম্বীগী রা পম্নবা য়াখত্রে, "শিখ্রবন, ঐগী হচাম্বীকা লৈতে" হায়হুনা কোকলাউ লাউরে।

তেলহনবা হিংলৈ অহুদাদ মচম্বী লৌথৎপগী রা অসি কনাগুনস্থ ং হনা চেংদোক্লদ, মংক ভুম্নবস্থ য়ারক্লোই হায়বা থঙহুনা। তেলহনবা লৈনগ্রবা মতুদা খুল অনীগী অহল লনম্না মচাম্বী লৌথংনব কোকচেন চেন্দহুনা লাক্লরকই। তৌইগুম্বস্থং হায়জরংবা নোনজরংবা পুম্নমক ইবেমচৌগী নাকোংদা স্থবচং চঙখিত্রে।

হাকুমস্থ ইবেমতোম্বীগী মমানা মশা কম্না ঙমদবা মতম অহুদা ময়াম অমুক্কা লাম্নরম্মি। অহুস্থ অরেম্বা তাখি। শিবা মতমদা মমা-মচা উম্নব ফখিদে।

মমাগী ফিবোই হযেং থোক্লি। হিংলিদৈদস্থ উম্নহনখিদে। হাকুম শোরাংতস্থ মমাগীনি হায়হুনা হে-অমা লৈ-অমা কংপস্থ চঙহনখিদে, কুমশিন্স্থ ফিবোই অসিদা চংহনদ্রবদি মমাগীনি হায়না করিমতা কংপা ঙমদবা তারে হায়হুনা রাকে বমগী অহনদা ইবেমতেম্বীনা কম্নবে-লাউবনে তৌরুবদগী ঙসি অযুক রহেংবমগী অহনগা তোলহনগী মনাওহুপা তোয়াইমগা লাকহুনা ইবেমচৌদা খুরৈম্মে। ঙসিস্থ ইবেমচৌ হাম্নগী মতৌদগী করিমতা হোংখিদে!

করম্থ মতমদা তুমথখিবনো থওহৌদে। নোং-ভাল্লমদাইগী অচু-হাইদা ইবোচৌ মঙ অমা মঙলে। মঙ অতুদা মহাক শিরে হায়দুনা তৌরে। শিবগা অহানবগক্কদা ইবেতোম্বীগী মমাবু উরে। ইবেতোম্বীগী মমানা মীৎলু অনীদগী ঈরা শিন্দুবদুনা তেংথা-নাওইনা যমনিংথোদা ৱাকৎতুনা লৈরম্মি, "অা লাল্লিবা অসীনি ঐগী ইপুরোইবা, ইচাগা ঐগা উমহনখিদবা, ইচাবু থীনা লাক্লিবা।" মহাক্কী ৱা অদো হেক তাবগা ইথংথওহৌদনা মাইকৈ মরিদগী যমগী চুক্ত মহাম পাইশিল্লকতুনা মহাক্কী মথোং মথুং লোইনা লেঙবা-লাকপা ঙমদনবা পুনশিননিরে। অদুদগী মমীৎ হৌং হৌং ওনবা মচৌ পানবা মুশিন-মুবা মুপা অমনা শাংলবা যোংশিংগোং অমা মৈ ঙকশং-ভাংনা ঈক্লে হায়বগা মহাক্কী মমীৎ অমী অদুদা নমশাল্লে। থাঙবা ঙাদদুনা ইবোচৌ ও-থোংলে। অমনমুক অদুগুম্বা মৈ ঈদপা যোংশিংগোং অমগা পুরকতুনা মথবাক্তা খুম্না যৈশিল্লরে। মচুদন্না মযাম অদো পেইক্কতুনা মহাকপু থাঙ্গৎতুনা পুরে হায়রগা থাউনা ত্রেং ত্রাং শৌবনা থংজাউ অমদা মহাকপু থাদনিবে।

তাংথা অসিদা ইবোচৌ চুংশ শোর ফুনবোই লাকপোই তৌদুনা মীকপ শংগোক লোক্লকই। মশা পুম্বা চুমাংনা পুমচোং চোংলম্মে চুকচাংদা ঈচেক চেকথরম্মে। ফমুংদগী তপ্না তপ্না চৌগৎলগা মপান থোক্লে চংদুনা লেপ্ত হেক চাংদোকপদা মচাক্তপানা মহাক্কী ফমুংদগী হায়রকই, "পাবোনা তৌরিবন্দু নো চাম্রিমাম্লেনে।"

চুংশাংশোর নপী অমা শাংনা চোল্হুরগা ইবোচৌনা থুম্মকই, "চান্দসল্লা ইবো, হোগৎলো। নচন অদো হৌজিকমক লোকচো, হৌজিকমক লোকদবা য়াদে।"

( ১৯৬৩ ইং )

# অহিঙ অমগী পম্বৌ

নুমিৎ অদো কনানা অমা লৈতবগী অফিস ছুটিনি। নুমিদাংৱাইরম ঙাইহাক কোয়থোকনুরগা ‘নেস্’ত হাঞ্জিল্লগে হায়দুনা পরপ্ পরপ্ লাকই। বর্ষা-মমৈগী নোং চুদবা নুমিৎ অইবনা মতম কুইনা নুংশাথোর থিংনা ময়ুম-ময়ুমগী কা-মচাশিং অদুদা লৈব ঙানবরুবা নুপী-নুপা। পুম্নমক ওফিসগী ছুটিগী নুমিৎ অসিদা মপান্দা থোরক্লকতুনা লম্বী-লমহাং পুম্নমক পুংথন থনখরে। যুংদগী চৈথি মওং চাদবা অমা ফংবদগী রাথল অসি মথোং মবম নাইদব তাঙ্গা। অমা থোকতুনা কনানা করম হায়না কদোমদা চৎনরিবা, ঐবু হইফেংকাম্ব য়েংবা মীংক য়াওনারিবরা হায়বতু ফাওবা করিমত্তা থোশাবা তোদনা ইতোমতগী রাথলদা ইতোমত্তা উংদুনা চৎল। রউস লেচজুগী লাকতুন করম্বা মতমদা ডোনবোস্কোগী অঙম্বদা কাথংলম্বনো হায়ব থংগোন্দ্রে ঙাইহাক চৎলগা ইথা-থাজদনা কদোমদগীনো নোং ঝং ঝম চুথরক্লে। রারোইরুবাদ চমগ্রে। শিলোংগী নোংগী মগোশানি। মওজোনন পাউ থারকপা হৈজদ্রবনি। মীওইববু লোনম তোঙ্গুনা থরা লাক্লবা ওম্লগা থরা পেইঞ্জে। ৫ক হাংবগী মওং উগ্রে, কম্নক চপ্লনা হৈথরক্লে। কদাযদা চঙাশগে হায়দুনা য়েংথোক-খিবদা মাঙমক্দ উরে, ‘‘ইভর স্প্রিং বেষ্টুরা।’’ শিলোংগী মাইকৈ অসোমদা মমী চৎলিবা মফমনি। অতবু ঐদি মফম অসিদা চঙবা য়াদে। রাশকমক রশকত্রগম্ব পুক্নিদা চঙলরে ই হায়দুনা লেপথ্রবানি। চঙদবম্ব কুংরে। ওক্তব হায়বসি করিমতা কম্লরনদ্রে হায়বসি হৌজিক্তি

জ্ঞান ফজনা তারে। অতুনা বেষ্টরঁ। অতুদা চঙদতুনা মতু লাল্লগা মথংগী চুকান অতুদ কাথংকে হায়তুনা চেল্লক্লে। বেষ্টরঁগী মপা অহ হেক য়োবদা থাইনখ্রবী চুপীনা ইমাংদা চংলগা য়েংদবা ভমদবগুম এইসু রেষ্টরঁরোমদ য়েংশিল্লুরে। ভাইহাক্তুদাসু ঐ কাউরুরে, থাহনগী চাক্রামিল্লবা মকপ-মপিজ্জা কয়া মফম অতুদা লৈরমগনি হায়বা। য়েংথোকখিবদ, মাঙ্গোনমক্তুদা কৃষ্ণমণিগী মীৎ অনীগা ঐগী মীৎ অনীগা থেংগাইনরে। মথুং হৎতুনা কৌরক্লে 'হ ই. চোৎপা তারে, থুনা কাথংলকউ।" ঐ হাকফেৎ নীংজিং-মাওজিনতুনা লৈরে। অতুবু নোংনা চোৎশিল্লকপা হেনজিল্লকপতুদা 'কৈদৌরি হাযনো' খন্দূন অতুম চেনশল্লে। মাংগোন্দা হেক কথংপগা জাং তাগদোবদ নত্রেদনা।

"কদায়দ চংলুবিবনো? ইস্, ওসাদি মাল ফর-ফরবা য়াম্না লৈবে।" মনাক্তা হেক য়োবগা কৃষ্ণমণিনা ঐবু নিংথিজনা ওকই।

"ঐ মতুগুম্বকা থদেকপা কুইবে। করমত কাম্নবা পোৎ নত্তে।" মহাক্না তবাম তরাম্না ওকপবগী পাউখুম পী।

"হায়নে, হোযনে, সাপু চেঙজংবা! কম্নবা কাম্নদন-কাসু যাম্না খঙদম্মেদা!" করেম্নরকই কৃষ্ণমণিন।

"অওইবন এনা হযরবসে" যম্না শেংনা ঐনা হায়জৈ।

"তৌরসু তৌরসু! ভা চাদনা হৌদোং! কারি সুমিত্তগী লমেংই-রিবনো? নংবু চাবিযু হ য়দে। এ চগে, নঙ কুইম্মে অতুম যেংঙু।"

কৃষ্ণমণিনা ঐগী থুং পাযতুন চিংশল্লে। মহাক্কী মরীন নিংথিনা খঙবনিনা ঐসু মহাক্কী তু ইন্দবা এমদ্রে

মতাংগুবা কা হেক যোবদা কৃষ্ণমণি চপ হেক লেপ্পি। "ঐগীদি অসিদ লেবে। নঙগীসু নঙন খোকপা তৌজকবো।" হযরম্লগা অতুম চঙখরে।

শাংলবা সুংশাশোর মপী অমা হেনাখিবা খঙহৌদে। হকচাং অসি তয়াং-তয়াংলবোই নীওকই। খেযুম মানা কূবতুনা ঐবু থাদোকহল্লম্মে। অতুবু মীগী রেষ্টুরঁদা চংঙক্লগা কারিমতা চাদনা

পোকখ্রবদি করি থলহৌগনি? অদুবু অসিরাইগী কা-শিং অসিদা ফংগদি ফত্তে। মনীংলোমদা লৈরিবা কা অমদা যম্মুবনা ফগনি। মীপু অসোমদদি থোইনা পোত্তদাদে। নাকন অনীগী কা ময়াম অদুদা কনানা করি তৌরগা অদোমদকা শুকয়েং য়েংদনা খুাইগী খোমদোন্দা লৈরিবা ১৫ শুবা কা অদু তম্না ফুজিল্লে। কা অদুগী ফিজাং অদু হাইদোকত্তুনা লৈরম্মি। কনামত্তা লৈতমাল্লে হায়তনা পরপ পরপ চংশিল্লরগা পোত্তজিনদা খোঙ নামা হেক থাংজিনবদা মাংদা লৈরম্লে হৌজিক্তা শাংকাইরিবী লৈরাংগুম তনৌ-তনৌবী তরু-তরুবী লোইনী চৌংগী শানৌ অমা নোকমি নোকমি তৌদুনা। কনামত্তা লৈরম্লোই হায়রবা রাথলনা লমাজংদুনা লাকপদা ইথা-থাজদনা মাঙ হেক মকুদা লৈরম্বদুদাদি থংবোই-লাকপোই তৌদুনা "এক্সকিউজ মী" হায়রগা হনগে হেক তৌবদা মসুংলোমদগী খুমকই, "নেভার মাইণ্ড। গেট ইন প্লীজ। আই এম এলোন।"

মহাক্কী মীংয়েং অদুদা করি মায়ওক রা য়াওরম্বনো থত্তদে, ঐগী থম্মোয়দা থুক লাউবা অমা পোকহনখরে। পুন্সগী অহানবা ঈপৌদা অসুম তৌদুনা মীংয়েং অমনদি ঐগী থম্মোয়দা ঈপোম হোৎনখি। ঙসিগী মীংয়েং অসিনা মতম কুইনা কাউথ্রবা অদুদৈগী মীংয়েং অদু থংনীং নীংশিংহল্লকই। নীং হন্দুনা চৎপা ঙমদ্রে। নহানমথৈ মতম অমুক কুইবা অমুক নহা ওইনা, অমুক য়াম্না ফজবা শামঙা পোংনখিদ্রে। মিহৌদবা ঙমদ্রে। ফুরিৎ-খাউসু ফনা শুম্ম, থাগী অহানবা চয়োলনি। কনানবু কার হায়গদগে মপাগী মরলসু হুরাল্লুবা নত্তুনা। চাম্নগী মত্তৌদোনা মফম-মরাং নইদন। সুমিৎ চুপ্না ওক্কবতবু যত্তে হয়রবনি। নোং-ফাদোক হরাও-পুডাইযোকপা যাইরন। মতুনা রামায়ণ-মহাভারত মাংগদোবা লৈত্তে। থৌনদ্রে অদুদগীদি, থাংজিল্লুবা খোঙ অদো অমুক থাংদোকপা তৌদনা, মপানদা লৈতৌরিবা অমত্তমসু থাংজিল্লে।

পুংখাইমুক মতুংদা চামিন-থকমিম্নবা লোইরগা ঐগী মায়খোংদা মুম্না য়েংলগা ঐগী ইখুৎতা মহাক্কী মখুৎ থম্লগা, অদুক নকুনা ফম্লিবা

অহুদস্ত্র পেল্লকত্রক্তনা অমুক্কা তক্‌শিল্লকতুনা হৎচ গা হৎচাংগা তপ নপ্পনা তক্লহল্লগা মহাক্না হায়রকই, "নহাকপু ঐদি অনৌবা মঙ্গপ ওইনা থনদে। নহাকপু উরগা ঐগী কুপ্‌না কাউখ্রবা মঙ্গপ অমবু নীংশিংলকই। নহাক আস ঐগী মঙ্গপ অহু ওইরবোঁক খল্লি। নহাক্কা চপ মান্নবা, রঙাং শাঙাং মওং-নত্তে, — চাউবা শাংবা ফাওবা হেক মনৈ।"

'অহুনা ওইরে মসেনেমা যেংসি হায়বা য়াত্রবা ?"

"মসেনেমা য়েংববু কৈদৌরি হায়বনো ? ওসি নত্রবস্তু নেংমা য়েংলগা লোইরে। ঐনা হায়জারিবা অসিমতা য়াবিযু। ঐবু চিংনবা তৌগস্তু। নহাক্কী ফত্তনবা করিমতা তেরোই। ঙসি অহিঙ অসিনতদি ঐথোয়গীদা লেকল্লুসি। —চৎসি কৈদৌগে!"

ঐ নেমনা লাকত্রে কবি তৌসগে হায়বা। অসিগুম্বা উৎসবকী বাতোন প ফং-ফংবা পোৎ নত্তে। চুপ্পী উৎসবস্তু নত্তে। এথে য়গুম্বা পাথংশিং দ অমসুম্বা উৎসবত শুংশুং নমহুন থিবির্বান। নাস্তোকহনবা চুনদে। অহুবু, অমুক্তু পম্লো, পরিগুম্বা ফত্তহুদবা যেক্লবদি? মহাক্কী মায়থংলাকথং মগুনহে না চিবা উরগাদি মঙ্গংদা কারিগুম্বা ফত্তবা রাখল অমা লেপমগানি ওয়ব থাক্তদে। অহুনকপু হংদবদি ঙমত্রে, "নথোযগী অহন-লমমগ হে রৈন —?"

"অহন লমনগী দমক রাাবকপু ঐনা ফনজবা শীন। ন।" নঙকশমদা শিরবা ক্রোশ অহু শোকহুনা ৰ শঙ্ক কই, "এবু থাজবিযু। যীশুগী মীংদা ক্রোশ পায়হুনা খাশ ক্লবাসান।"

রাখলদা চিংনবা অমা লৈপনস্তু পাথং ওইবগী 'শির-শি চংঙ-চঙ্‌' হায়বগী কণ্ঠ মচা অহু হোরকহুনা খোক-খোকপা লাক্কনি হায়হুনা হায়রে, "ফরে চৎসি।"

অহুবু মহাক্কা ঐবু অন্নক য়াম্না ময়ূমদা পুনিংবগী মরমসি য়ারবদি থঙবনা কৈ, ঙসাক্তমথৈ তাকউ হায়বা য়াত্রগনু হন্দকমুক্তি তাকপা য়রে, থন্দুনা অমুক্কা হংবদা নহাক্কা থুম্নকই, 'মরম অহু তাক্কে হায়রবদি

ভসাইনা তাক্লনি। অসি-তদি খংদু, নহাকপু মাঙহনগে তৌবা নত্তে। নহাক্কী নতু নামা ফাওবা তংহল্লোই।" ভাইহাক লৈরগা হায়রকই, "ফরে 'চ্ছাদ পুলিশ-বাজারদা আমুক্কা চৎমিন্নরুখসি। পোৎ-চৈ খরতং লৈগদবা লৈ। —এগা চৎমিন্নবা ইকাইগদ্রা ?"

"কারগী ইকাইগদৌরিব', নহাক্কি শকথিবীন্নু নত্তুনা ?"

পুলিশ বাজারদগী অভাংগী মাফ মরোল খরা লৈরগা বড়বাজারদা চৎতুনা ভাশী' অমা লৈহুনা হনবা মতমদা মুমিদাংগী পুং ৮ লোম তারে। লম্বীদা চৎনা চৎনা নহাক্কা হায়রকই, "ও, এগী মিংদ নহারা খঙদ্রি। এগী ইমিং মেরী কোক্ত।"

"এক্ষোক্কা মুংশখরেদা মীং অসিদি !"

"হোরেন এনা থাবা তাল অত্থুগী নভু ইন্না জাগোয় শাবা তইদে।"

এনা জ্ঞান তাশিন্নদগুনা হংভি, "কারনো হায়'রবসিনু ? জগোযগু শাউ হায়গদৌরিবরনে ?"

মেরী নোক্লকই, "উম, জগোয শাগদৌরিবনি।"

"বস্, বেরা লৈতে। হোজাক্কি নথুও্যা চয়বনিনা নগী ননীং খুংননবা তৌবা তাবেদনা।"

ময়ম য়োরগা এবু কা অমদা ফনহল্লন্নগা মেরী খনারবা ক অত্থুদা চত্তখরে। মহাক্কা চত্থিবগা মহাক্কী তাংফং তাংফং হবাও-যান্নবা খোঙ্গেল মন্নুংগী কা অত্থুদগী থোক্লকই, "মাম্মি, ড্যাডি, এথোয়গী বেবীগী মপা লাক্লে।"

"কদায়দা ?" অহন অনীত্থুগী খোঙ্গেলস্থু নাকোংদা যৈররে।

"আসদা ফমলি।"

এ স্বাক্ট লাউই। কারনো তৌরিবসিনু !

খীন্দনা অহন অনীথক্কা, অমনা হন্নবীনি অমনা হন্নবনি, লোয়ননা মেরী থোক্লক্লে। মখুৎনা খিন্দুনা এভোন্দা শক খঙনহল্লকই, "অসিনা মাম্মিনি, অসিনা ড্যাডিনি।"

হৌনবী মতুং ইন্না চঙশিন্দুনা মথং মনাওগী লন চৈন কেঙু-সেক তৌনরে। অহন অনী অদে চৌকি অমমংদা যংথখ্রে। ঐস্থু ফমথরে।

"বেবীদি ?" কেবানা মনাদি হংলকই।

"তুমখ্রে।"

মেরী মগুংগী কাদা চঙশিনখি

"এসে যদি নহাক হুনলাক-লাক্লবাইদবোই খল্লুরে। হন্নবী অহুনা ঐহোন্দা ব্রা হংদোরকই। "যাম্না তুংশাইরে। হো জাক্তি ইবাসুপ্রেদো। মখোং মনম শঙদনা নহাক্না থংমা হেক মাঙংবতুদা ঐখোয়দি ঙুক বুক্তবাম্ম মপানকা পোকনিংঙ্গ্রে। খাসি চৌ অমদা মপা শক খঙদনা অঙাংবুদি যাম্না লে হায়বা। অহুবু এসে যগী শাইগদাদি নহু কেদোংদৌদ্রি লোকাং দ্রে। হোপগ্রুব পেরনি।"

"করম কোর ঐনা ওয়থিবদাই! সোয়দনা হক্লকন, মও অমা চাদহুনা তৌরবনি। মেঙংচা গায়বসিদি কেদৌদম্ব মীনম-ম থাক তোদপানি সিংঅং ডিংগী ববকানন হৌজিক হৌজিক হায়বদা মতং-মচা অনাবা বলবা বরেকহুনা চৎলগনি। যম্ন হেংশিংবা মী শাহুনা হুবা অহুনা চংলকই।

এস্থু ও নঙ্গা অমদা মতৌ পান্নবা বরৈ অম নাও কেনাজলহৌবনা ফগাদ্রা খনহুনা ফেনজংলে, 'হায়, ঐখোয়গী থবক্কী হৌজিক হোবেন খঙদবসিদা —!'

হায়বা লোইফাৎপ্রা ভদা অঙাং অমা পামহুনা মেরী খোক্লকই, "সে, সে নহাক্কী বেবী।" ও যবগা শঙাং অদো এদেন্দা লান্শিন্নই। চহী অমবেম শুরানি অঙাং অদো।

"কদায়", হযহুনা এস্থু অঙা অদো লৌশিন্দুনা তম্পাক্তা ফমহল্লগা ইচাও ইচ গুম্না বোনশিন্দুনা হন্না হন্ন 'মাই ডলি' হায়দুনা চপ্লে। কারিমতা কন্না লাকপা তৌদনা অঙাং অহুম্ব ঐবু মুন্না য়েংহুনা লৈরে। মেরীনা মহাক্তা ভসাই লৌথবা ফিং-রোলশিং অদো পুথোবক্লগা, "সে সে নহাক্কী ড্যাডনা লৈবিরকপা ফিং-রোলশিংসে

পকচৎরা য়েং সসে'' হায়রগা থোংথ্রাউ অদো অঙাং অহুদা উপশিন-খিরগা ফুরিৎ অহুস লিংশিনশিরে। থোঙং অহু উবদা ঐ হায়া ঙক্লম্বগী মথক্তা অমুক হেন্না ঙক্লে। অহুবু মপানথোংদাদি মহু উৎতহুনা মহাক্না য়ৌরবা পুলোন অহুগী মতুং ইন্না জগোয় শারে, "ফজথরে হচাদি, পকচৎরেদা !"

অহন অনীহুস্ত ঐথোয় অনীগী তুং ইল্লকই, "ফজথরেদা ইশুদি।"

চাক তোক্লগা য়ারী কুইনা শান্নদরে। নোংপোক থংবা কা অমদা ঐগী হীপ্নবা থোরাং তৌরে। অহন অনী অহুদগী আহিঙ অহুগীদমক খিদায় লৌরক্লগা লাকতুনা ফামুংদা কাপংলে। থীনদনা মেরীশু চংঙকতুনা ফামুংদা কাথংলক্লে। অঙাং অহুদি য়াওরক্লে।

"অঙাংদি ?"

"মবোক্না লৈহৌরে।"

ঐ মুপী থাক্লে। লহোংবগী আহিঙ অহু করম তৌরিগনা ঐ থঙদে। পোঙ-পাঙনাউ চেৎ-চেৎনা লাপ্রবা কা অহুদা, ফামুং অমত্তুগী মথক্তা এথোয় অনীতা অতোপ্পা কনানতা য়াওদনা, ঐবু মঙল-হারা তৌরবাসবু ! সংসারগী অন্না-অনা কাউইনবা ঙম্বা পম্মোয় শুমহৎপা ঙম্বা মুংশিৎ অমা কা অহুদা শিংলরে। নৌ থিল্লকপগী আহিঙ অহুস অস্তুম্না তৌরিগন্না ? মেরীগী নোরবা মখুৎ অহুনা ঐগী খুৎতা মায়দা নানবারি, তপক্লরবা মীৎয়েং অহুনা ঐবু মমীৎ ক্লপতনা চাথোক্কদোগুম য়েংই, লাশিং মপোপতগী হেন্না লোংলবা হুকচাং অহুনা সমুদ্রগী লাঈজ-ঈপোন্না ঈপান্দা থেংলবগুম ঐগী হুকচাংদা থেংলরি। স্বর্গগী মুঙাইবা হায়বদো অসী য়ৌরিগন্না ?

মেরীবু ঙকপাহুদ কোকপা ঙনক্লে। ভাইহাক লৈরগা ঐনা হংঙি, "মেরী, ঙসিগী মতৌ অাস ঐদ মঙরা তাইবংরা থঙবা ঙমক্লে। ঐবু বেবীগী মপা শাহনবগী কারগী দরকার অহুক শাথিনা ঙইারবনো ?"

"লৈ দরকার লৈ !" অহুদগী ভাইহাক ভুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই, "চুম্ম, থাসীচৌং অসিদা মপা মশক থঙদবা অঙাং মশীং

লাকভনদনা লৈ। অদুবু লেপ্তীগীদি মপা মশাক থণ্ডদবা নত্তে। অদুবু ঐতনি থডভবা। এখোয়গী অহল লমন মরূপ মপাং অয়াম্বনা থণ্ডদে। অদুনা মখোয়গী মনীংতা লেপ্তীগী মপা অমদি উৎপাগী দরকারনি। অশেঙবা মপা অদুবুদি উৎপা ভুমজে। অদুবু নহাক্না শাবদা করিমত্তা অকায়বা লৈতে। করিনা লেপ্তীগী মপা অদুদু মেতৈমচানি। নহাক্না শক য়াম্না মাইয়ে। খাজয়গা, মহাক্কী ফোটো ঐত্তোন্দা লৈ, উৎপা ভমগনি।”

মহাক্কী য়া অদে তারগা ঐ নোকপ্লু নোকনিংই। মতৌ অদু ঙুংঙুংঙুশি। নঙুংদা য়া অম লেপ্পগদে। হয়নসু চিংনবা পোক্লকই।

অয়ুক পু ৫ তাবগী অহুরকদা ফামুংদা লৈবা য়াশিল্লকত্রে। ঐনা তৌরিবাসিবু মযাম হৌনাজ্রবদে হৌগৎতুনা চৎখিবনা ফগজ্রা থল্লক্লে, “লেবী এ ১২লগো। খবক অচনবা অমা লেহৌরি।”

“ভাইহাক ভাইথা,” হাথবগা ফামুংদগী কুমপগা ফল্লাং ময়াদা লেরবা অমল র পণো হাংদোক্লগা এলবাম অমা পুথোরক্লে। অদুদগী এলবাম অদে হ দেক্লগা “সে অসাম সে লেপ্তীগী মপা” হায়দুনা ফোটো অমা য়েংহল্লে। ফোটো অদো হেক উবদা হকচাং পূম্বা স্বাই লাইখ্রে। ঐনা উরিবা অসিবু চুমলিবরা? — অসিদি এখোয়গী তাচৌন।

ঐনা ফোটো অদুদা চাথোক্কদোগুম মুম্না য়েংদুনা লৈবদো উবদা মেরীনা হংলকই, ‘কনানো মশক গডববা?’

চীনদগী লকক লকক তোত্তুন পোক্লকই, “থ-ভ-দে।”

অতৈ থীন্ববা যত্রে থন্দুনা ফু ৫৫ থ উদগী তর-চম্নী অনীথক লোথোক্লগা মেরীদা পীরে, “সে স্নপা কুনাসিত লোংলোসে, অহনলমনগা উমরমজ্রে, নহাক্না ফননবা থুম্মো।”

“করিগী লুপানো?” শাউরংননা হায়বকই মেরীন। ‘নত্তোন্দগী শেন লোথোক্কে হায়দুনা ঐনা নত্তবু মফম অসিদা পুরকপ নত্তে।”

শেন অসি শৌ হায়বা য়ারোইদৌরে। মখুৎ অনী অদো ইখুৎ অনীনা তপ্না পায়শিল্লে, "মেরী, শেন অসী নঙোন্দা পীবা নত্তে। পোকপদগী মপানা অয়ুক্তা ফাওবা য়েংবিরব্রবী মরায়বক থীরবী বেবীদা পীবনি। মৈতৈমচা অমনা পোক্লম্বা অঙাং অমদা মৈতৈমচা অমনা মতম খুদিংদা য়েংথোক-য়েংশিন তৌবা ভমব্রগম্ব শেন ওইনা খুদোল মচা অমত্তং ফংজন্দুনা পম্হৌ কায়নবগী মৈচাক অদো খরতং ওইরবস্ত হৈংথহনবা য়াইদনা!"

মেরী তুমিন্না মরায় লুকৎহনা লৈখরে। এস্ত তপনা তপনা মখুৎ অনী অদো থাদোক্লে। মাঙোন্দা মুম্না য়েংবা ভমদ্রে। খঙহৌদনা মেরীগী মীৎলু অনী লাইজ-ঈনায় পাথোরক্লে।

"মেরী, ন্নাগৌগন্নকো। চৎলগেকো। — খুন্নাই।" হায়রম্ন'া থোক্লক্লে।

( ১৯৬৩ ইং

# তারমদাই নুমিৎকী মঙাল

ঙসি সুবঞ্জনাগী পুহোংবা নুমিৎনি। কুইদ্রি ওজ্বা চেইথুন স্কুল অসিদ সুরঞ্জনানা চংঙকপা। খা অঙ্গমলোমতমক চংখার। স্কুল অসিদা চংঙক্লগা গস্তুন তৌজুন। ময়ম পানাথবা সুরঞ্জনাগা নওে। মথং মথং তৌজুনা নপী য়নপ্রে,- বিনোদিনী, সুচিত্রা, নাগকুন্তলা, কবিতা, রোহিনী, মুক্তাবলী ময়াম অনিস্থ শিবৈনা স্কুল অসিদা লাক্লগা ময়ম পানখিব চু ক্লান। খরমনা মখ্য পানবগী মতুংদা স্কুল থাদোক্লনা চংনথবে, খরমনা হোংজক ফাওগা মতাংক্লা থবক তৌমিন্নজুনা লৈরি। অয়াম্বগী মতম্বাক্তা অডা অঙ্গন মরি শুনথরে। মখোয় পুম্নমক্কী পুন্সিগী আতিয়াদা মথল মথলগী অনৌ অনৌবা মচু কয়া ওনথরে। লৈশাবিতেদা রা ডাংবা হৈনবদবী মুক্তাবলী ফাওবা মচাগী, মপুরোইবগী, সসাবগী অকুপ-অতায়গী রারী মীনা তানি দ্রবস্থ ফার-ফারণনা শাবা হৈরে। মুক্তাবলীনা অস্থম তোঙ্গনা রা ওডবা হৈরকনি হায়বসি কনানা থাজখিবগে? অঙ্গবু ওনথরে। মতৌশাগী পুন্সিদস্থ বসন্ত হৌথরে, ঈথৌরাংবা কোকিলগী খোজেংলন' লেকোল কয়া নিনথরে, নানিবা মালংবগী ঈপোমদা হৈপাল-লৈপান কয়া যোম্নং হুনথরে। অঙ্গনু ঙ্গংশিরৈগী পুন্সিগী আতিয়াদি মচু হোংবা লৈখিদবে। থাজনগী লৈশাবী ঙ্গংশিরৈ অঙ্গু ঙসি ফাওবা নিঙ্গোলশিংদা চংদুনা অঙ্গম লৈরি।



ওজা ওইংন্নরিনী ময়ামবীশিংনা মহাক্কী মতৌ অসু উবদা সু শিলিঙ্গহুনা হায়রি "কুংশিনৈ পামুন্দকো নপুক্নদো।"

অমনমুক নোংশিল্লকই, "ফংডমদনা ফংলবা তাইবং মীপোকনিকো।"

করেম্মরকপসু য়ংঙরকই, "নখোয়গী অহন লমনথুনিনে! ওজোকসু তাব তাথিজে।"

"অহন লমনদা তাইনগদৌরিবা করিগীনো? সি এ ফাওবা লাইরিক-লাইসু তমহনবিরে। অহন লমনবা সুপাসু শিজুনা পীগো হায়রবরা?"

"হোয়নে, চুম্মনে। অতগীসু মথক্তা বি-এ সুপী অমগী সুপাবু অহল-লমননা করম হায়না শিগদৌরিবনো? অহন-লমননা থিরকপা সুপাকুসু য়ানিংগনি হায়বগী করি গেরেন্টি লৈবগে?"

ডাক্তরদা ত্রেক য়ান্দবী বিনোদিনীনা হয়রকই, "এরা, সুশিংবা সোয়দন তৌরিবান। সুমৎ চুম্না শুকতোক্লুনা পৈগোক্লুনা লৈবা লদায়দগী ওইগনি হায়বগে? পাঙদবী সুপীগী মপে কান-স হায়নে থাজরবদি ঙৌজক্কী য়ুগ অসিদা কায়ত্রে। থোনা য়াঙগাদবান। হেক উবদা মীৎচেনা হায়কেংত' কাপথ্রগা হ'যক্কেংঙ নোকশিনগে না ইমাইপেমা, নোংমদা সুপা তব তবানি পুমত্রে-পুমত্রে তুবগাদনা।"

কবিতান মতেং পাংশিল্লকই, "হোয়নে, ঐখোয়দৌনা সুপাগা সুংশিনবসু হৈবা পোং নত্রেনে।"

বিনোদিনীনা অরাংপা শগথরকই, "হোয়নে হৈ ববোংতনে অতসু। সুংশিনবংকা হয়বাস ফনা মসু ভাইবনিদ! ঐখোয়দি মশীংবু লাকপা ডমখিদেদা।"

"থংদেনে সুশিবক হায়বসি য়াম্না লুনা থনখ্রগাত্রে। কারিসু লৈতবনি। মখোয়না হায়বতসু মযাবিয়ু। ঐখে যগীসু মকাম্নহৌবনি।"

ডাক্তরিবা রা ময়াম অত তাবা ডমাশিল্লকত্রহনা থবম পারস্বদগী ফুক হৌগৎতুনা সুংশিনৈ মপান্দা থোক্লকই।

নোকমি নোকমি তৌহুনা বিনোদিনীনা হায়হৌরি, "উত্তোং অহোবদা ঈশিং হৈবনিনে ঐখোয়না তৌজগারিসে।"

স্কুলদগী হল্লক্লগা মফি-মরে'ল হো'দোকতুনা মপানগী পোলাংখোক্লা যান্থোকলুরগা স্নুংশরৈ মহাক্কী কাদা চংলকই। চৌকিদা ফমথরগা টেবলদা লৈরিবা ফিল্ম ফেয়ার অদো পাগে হায়দুনা পায়থংপদা মথাদা স্নরঞ্জনাগী লুহোংবগী বার্তোন অদো হেক উই। চেথুমগী মথক্তা য়েক্লিবা — মকা ফম্না শাংলবা লৈরাং-থম্বালগী মথক্কা খোইমুনা তোংদুনা লৈরিবা অদো মমীংতা হেক পৈল্লে। ফিলম ফেয়ার থমদুনা এনভেলপ অদো লোথংলে। মন্নুংদা য়া'ওরিবা কার্ড অদো লৌথোক্লগা সনাগী মযেক্লা ছাপা তৌরিবা বার্তোনগী মরোল অদো পাথরকই। ঙরাংস্তু অমুক পাথরবনি। অদুবু তৌজিকস্তু অমুক্কা হথঙ-থঙহোদনা পাথরকই। পানংদুনা তোনস্তু নত্তে। পাবা লোইরগা স্নুংশাংগোর মপী অমা হেংস্থবগা থল্লকই, "স্নরঞ্জনাস্তু হোঙখিগদৌরবনিকো!"

মথং মথং অম-মম ঙাদুনা লোইনা পুন্সিগী লম্বীদা খোঙদাথরে। অদুবু মহাক্তান কার তৌরবা থঙদে। চহী নিফু হাযবদো ফাজিল্লক্কদৌরে। ফাজল্লক্কদোরে নত্তে ফা'রবান হংলক্কী থা অ'সদা। মরায়বকথিবী হায়গদ্রা', মবৌশিং মতোনা য়াওদদুনা তৌরিনরা নত্রগা মশানা পোংদা-নদুনা তৌরববা! মশক-মতৌ শাঙং-শাদা হায়রে ঙাংপা নত্তে। যেংবদা 'হস' হাযবস্তুনক হেক থোকত্রবস্তু মতৌ অমাদ মরৈজারিবনি। চহী নিফু শুববা ফাওবসিদা মায়থোং অদু থবা শেম-শাবনরা, ভনৌ-ভনৌদুনত, লৈরি থাইনদগী হৌজিক্লা হকচাং থরা চাউথোক্লে অসিঙন। মনাক্তা খোহমুস্তু ঙংলদবা নত্তে। চহী কুন-নিথোকবোম মমাংদা মহাক্লা ক্লাশ টেনদা ভাগ্নিংগী ঙা ঙাস ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি। মতম অদো সেগালম্বীগী সনাতোম্বীগা মহাক্কা য়াম্না লুনা তিন্নরি। সনাতোম্বীখোয়গীদা য়াম্না তোয়না চংথোক চংশিনস্তু তৌর। চিনদোন লৈত্তোন ফবী সনাতোম্বীনা ঙারী শাবা মতমদা কলিকাতাদা এম-এ তমদুনা লৈখ্রিবা মচুংগী ঙাস্তু মরক-মরক্তা থেংচিল্লকই। নোংমাদ সনাতোম্বীনা ফাগী ওইনা হায়থি, "নংসে ঐখোয়গী ইনম্মা ওইবা তারে।" স্নুংশিরৈনা "নংসে তনজথরে," তমক হায়বদগী হেন্না ঙা মথা তাথবা ঙমখিদে।

নে'মদি সনাতোম্বীনা মবু'গী ফোটো অমা উৎখি। মশক-মতৌ ফজবা পাথং অমগী ফোটো উরগা মথোৎ কাখৎলক্লিবী শানৌ অমগী থম্মোয় মরাং খজিক্কুং ওইরবস্থু হৌবা হায়বসি মহৌশানি। ইচম-চম্বা শাশিন্নতুনা সনাতোম্বীদা হায়জবা শাই, "ফোটো অসি ঐঙোন্দা পীথোক্লবা।"

খজিক্কুদা আ-য়ৌনা উবী সনাতোম্বীনি, হ'ওকই, "কৈদৌনগগে ফোটোনা? ন'সে খুৎতা অমা তৌরক্লেকো।"

"নংসিধা।" হায়বদগী হেন্না মুংশিরৈগী মবৈ খৎপা থোকখিদে।

অতুদগী টেষ্ট লোইবগী অতুরাইদা সনাতোম্বীগী মবুং ইবোপিশকস্থু ছুটি লৈতুনা মযুমদা থোক্লকপা মতমদা সনাতোম্বীনা মবু'গা মহাক্কা শকখঙনহনবদা মহাক্না তৌখিবা মতৌ-অদো হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি। নহানমথৈ মহাক্কী মরমদা ফাগী তৌনব মী অহু মাঙদা স্বয়ং ওইনা হেক উবহুদদি ইকাইথিবী মুংশরৈগী লোইখরে। কোঙগী তৌন ফাওবা স্বাই লাওথিবা খঙহৌদে। মমায় মমীৎ ঈচপমুক ঙ'ছুন লুকথখিবদগী হাইগংপা ঙমখিদে। ইবোপিশক্না মহু উাখবর উ খদনরা হায়বহু ফাওবা মহাক খঙহৌদে।

মুমিৎ নি'নি ছুমান মতু'দা নো'মা কনানো মরূপ অমগীদা কোয়রুবদগী থাবলগী ঈপোম্না মায়কৈ মরি ঈরাং হৌহল্লবা গ্নামদা'দা মখোয় অহুম হনশিন্নরক্লান্ম। ইবোপিশক্না হায়খি, "অসিগুম্বা থাবলগী ঈপোম অসি উরগ'নদো ওমরখো'ইয়াম্না হায়খিবদে, ইনাক্তা ন'গা য়ুগী চফু অমত'গা লৈরগা লে ইরে।"

মচনগুপীনা মবুংগী রা লোইবা ঙাইঙমদনা থৎখি, "হাইমা, ঐখোয়গী তামো অসি কবি ওইরম্লেদনা। ঐদি নহানমথৈ খঙদেনে। হোয়দা মতা'নবু চারবাদ মী খুদিংমকস্থু কবি হেক্তা ওইবনি।"

অকোনবগী রাহৈ অসি মাঙোন্দা তম্লক্লিবনি হায়বসি মুংশিরৈ খঙভি। ইবোপিশকনা কবি শা'শিন্নহুনা লোল্লিবা চোইরোল অহুগী অর্থস্থু ভাব তাই। অহুবু রস চুপ্পদগী হেন্না মচৌনদগী করিমতা ঙাংথোকখিদে।

ছুটিদগী হনখরগা কলিকাতাদগী ইবোপিশক্না নুংশিরৈদস্থ চিঠি অমা থারকখি। চিঠিগী মরোনদা কারি থোইদোকপা য়াওরকতে। চুম্নগী মবু' অমনা মচন অমদা ইবগুম্না ইরকপনি। অরোইবদা অর্থ থোকপা রাহৈ খরদি য়াওরকই, "কারি থোইদোকপা তৌদে। নুভাইরি। অত্তবু নহাক্না সনাতোম্বীগতগা যাওরম্লব'দ অমুক হেন্না নুভাইগদবনি।" খন্থকরগদ মাসন্থ করিন্থ লৈত্রবা রাহৈনি। অত্তবু রাহৈ খরা অত্তনা নুংশিবৈগী খম্নোযদা কারিনো হাযদোকপা ভমদব' ঈরাং অমা হৌহনখি। মতোমতা রাহৈ খরা অত্তগী অর্থ নৈনবদা অহিং কযা তুম্বা শিংখি। চিঠি অত্তগী পাউখুম হনসিরা হনগনুশির খনবদা জ্ঞান অমত্তা তাখদে। কনাগুম্বা মীনা থেংনখিবা থোক্লবদি ইকাইদা! লৈশাবীনা পাখংদা চিঠি পীরম্রেকা হায়ত্তনা মহাক্কী মমীং পনত্তনা রা, রা লাউ-নবক্লবাদ? অম্তুম তৌত্তনা খল্লিভেদা নুমিৎ হোাশত্তনা ইবোপিশক্কী অনীশুবা চিঠি থুংলবনা হানখি। হন্দমুকস্থ হগে ইগে তৌত্তনস্থ কিবগ ইকাইবগনা নম্বহংতুনা ইবা ভমখিদে। মতুংদদি ইবোপিশকস্থ চিঠি ইরকাখদে।

পরীক্ষা থাবা লোইবগা হবোপিশক বমদা লাক্লে তাবদা নুংশিরৈ মহাক্না উন্নবগী আশাদা সনাতোম্বীখোযদা চংলুই। তৌইগুম্বস্থং কোয়থোকখিরমত্তনা ইবোপিশক্না উন্নবক্রে। মথংগী নুমিৎ অত্তদস্থ অমুক্না চংলুই। অত্তদস্থ লৈবমদ্রে। নুংশিবৈগী মপূক্লিংদা রারোবা অমা পোক্লকই। "সুকচং চংলরোই মশানা মখোঙনা থোংনা লাকচনি" হায়ব'না খনদোক্লে। অত্তবু মহাক্না খল্লম্বা অত্তদি লাল্লম্মে। থ'-মুক মতুংদা নোংমদি অযুক ভত্তা তারে ইবোপিশক্না মখোযগা লাইরিক তম্মিন্নবী সরোজাগা চেনখরে হায়বা। নুংশিরৈগী কোকথক্তা নোং থাকতনা বজ্র তাবা হায়বত্তমক হেক থোকখ্রে।

অত্তদগী ফাষ্ট-ইয়ার তম্বা মতমদা অহন-লমন্না মশক থীরবস্থ ইঞ্জিনিয়ার অমদা থাজনবা থৌরাং তৌখি। নুংশিরৈনা মযুম পানখিরোই লাইরিক তমথখিগান হায়ত্তনা পং-তংনা য়াখিদে। অত্তগী মতুংদস্থ

আই এ পাশ তৌবগা বি-এ তম্বা মতমদা ছাত্র অনীথক মহাক্কী মতুংদা কোটয়িন-ইম্ফরাম্ম। সুংশিরৈনা মথোয় অনীতুবু করি লৈনগে হায়না ৱাখল তৌরুব্রগন্থ মহাকথংগী পাথং অনীতু কলেজ কম্পাউণ্ডগা কোকাই লুকাইনখি।

পোলোইদা গৌহাটিদা বি-টি তম্বা মতমদা হোজায়গী লৱাই তাংলবা ওজা মদনমোহনগা থেংনখি। চহী অহুদা মৈতৈ-মচা মথোয় অনীতনি। অহুনা মথোয় অনী অয়াম্বা মতমদা ৱারী ৱাতাই শামিন্নে, কোক্টামন-চৎমিন্নে। থা অনী-অহুম মতুংদা ওজা মদনমোহন অসী মাত্তোন্দা খুৎতা অনা তৌরকই। সুংশিরৈস্থ থম্ভদবা নত্তে, অহুবু খোইশা-শারুদে। মদনমোহননা মাত্তোন্দা করিগুম্বা অমা হায়ানং হায়ানং তৌহুনা লৈরে হায়বাসিদি মহাক নিংথন, ভাব তাই। অহুবু মথোনা ৱাৎপা ওইবনৱা করিননো চহী অমা লোইগদৌরবা ফাওবদা ওজা মদনমোহনগী থম্মুংগী ৱা, অদো নোংনত্তা কাংথোকপা ঙমখিদে। সেমন লোইরমদাগী অহুৱাইদা নোংমা হুমদাংৱাইরম কেন্টিনদা মাভগা মাভগা ওনশিন্নহুনা মথোয় অনীতা চা থকমিন্নরিভেদ য়ম্না কিনা কিনা মদনমোহননা মহাক্কী মথুং তপা তপা শোল্লকই। তৌফম থভদহুনা সুংশিরৈনা ওজা মদনমোহনবু ফজবা ৱাহৈনা ওস্থে ৱা থীনা চৌবখি। ইকাইবন, ওজা মদনমোহনগী মনায় মমীৎ ইচপমুক ভাংহুনা লৈন্নংদা চংনিংখ্রে। মথংগী হুমাংতগীদি মহাকপু অমুক হন্না উথিখ্রে। সুংশিরৈস্থ কাইথংদা নীংঙমহৌরক্তহুনা য়াম্না খোইরাং খোইশাউনাখি। পরীক্ষা থাবা মতমদা ওজা মদনমোহন য়াওরবা হায়হুনা অরেম্বদা কোইয়েং কোইয়েং য়েংদবা ঙমখিদে।

কোম্মোংলোমদা কনানো মী অমা চংঙকপা উবদা সুংশিরৈগী ৱাখলগী লাংলা থংতং তৎলে। য়াম্না কেরবী মো অমা অভাং অহুমথক পুহুনা চংঙক্লি। মাম্নি মাম্নি তৌবহুনা মশক লাকপদি ঙমদ্রে। কাগী থাউমৈ থাঙ্গৎপগা মপাল্লোমদগী মো অহুগী খোঞ্জেল তায়, "সুংশিরৈ, সুংশিরৈ লৈব্রা?"

মতম কুইনা তাখিদ্রবা খোঞ্জেল অহু মুংশিবৈগী খঙ্মোযদা তিত পাল্লে। "হাযমা সনাতোম্বী নত্রনে! সনাতোম্বী!" খোংজিন মপান ফাওবা প্রপ প্রপ চেনাশিনহুনা তবাম তরাম ওকই।

সনাতোম্বীগা মচাশিং অহুগা পুশিনহুনা ফমহল্লে। অহুদগী হায়বকই, "ঐদি শকপু লাকপা ঙম্মুদ্রে। কয়া কুইরে লাকপা?"

"কুইদ্রি মাব-মভানিতা ভাযার। এবা, মখোযগী পাবুংদো দেরাহুনদা থা তকক্কী ট্রেনিং চৎতবা যাদহুনা চৎখ্রেয়ে। ঐস্ন যুম চৎতবা কুইরে, তাঞ্জা চারে হাযহুনা হেক্তা লাকখোক্লিবনি। অভাং অহুম 'সিতান পুরক্লিবা। অতৈদি লোইনা শিলোংদা লৈহৌরি।"

অভাং অহুম অহুবু মুম্না যেংভকই। "মুংশিরৈ, অভাং কয়া শুরবগে?"

"ইমাইপেনা হায়হুনা কান্নদেদা। তবেৎপু শুরবনিনে। মুপামচা অহন অহু নোংমৈ ইঞ্জিনিয়ারিং লোইগনি। মহাক্কী মথংদা মুপীমচা অহুনা কুমাশি বি-এ থাগদোব। ও. নত্ত তারববা এখোয়গী তামোগী মচাণুপাদো কুমাশি এম-এ পাশ তৌরে। অহুগা —।"

রা অত্ত তাবদা নোংখাং কৃষ্ণগুম মুংশিরৈ খংপ্রেক খংভি। সনাতোম্বীগী রা মরক্তা খদংলকই, "ইহে, ঐদি রারীদা শুমহৎখহুনা চা-কা পীথক্কানি হাযবা কাউকবেনা। ফমম্মু, ঐ চা অমুক্তা হায়রুখিগে। অহুগা তং-তানা রারী শাম্নসি।" হাযবম্লগা থোকখবে।

চা থক্কা থক্কা মুংশিরৈনা হাযবকই, "খরা কোইমিন-চৎমিন্নগদবস্থু ভম্মোইদোরে। থবক্কা করিনো! হংচিৎ অদো গৌহাটি চৎপা তারে। হনুথং অসিদা অমুক্কা এম-এ তমথরুখিবা তারিযে। তোক্লগে তৌবনি, অহুবু হাইয়ার সেকেণ্ডরীগী স্কিম লাকপাসিদা য়াদ্রে।"

সনাতোম্বীনা চৎখ্রগা মুংশিরৈগী চীক্রবা কা অহুদা থাইনগী সনাতোম্বীগী শকতম অদো শং-শংনা চোংথোরকই। ভসিগী মুংশিরৈ অসিগা কয়া থেন্নখ্রবা! চহী খনা মমাংগী নিঙোল অহুনা ভসি মমা ওইখ্রবনিকো! মচাময়ামগী রারীদা অরাবা পংথোকহুনা মুঙাইনা

লেপ্লবানকো ! অতুগা মহাক্তি ? মরাইবক থীবনদা, নথোনা য়াওদবনরা. ভকাহথীগনবনবা নত্রগা পোংদানবনরা ?

গৌহাটি ফেন্সিবাজাবগী অরাং থংবা লম্বীগী কাবোং অতুদা তুংশিবৈ ইউনিভার্সিটিগী বাস ভাইহনা লেবমই। তুমিদাং রাইবম ওহরবস্থ ব্রহ্মপুত্র-মপান ওইবনা থোইনা মন্নমদে। নোংথকস্থ ভসিদি লৈচিন নোংফাই থাংদে। ব্রহ্মপুত্রগী পাক্লবা ইপাক'থক্তা জাহাজ অমসুং হীজাও ময়াম অতুনা কয়া হরাওনা কোইতাউ-তাউহনা কোইচেন চেংদুনা শান্নবিবা ! তারমদাহ তুমিংকী মঙাল-মশেক্লা মহী চেন্নবা কোরৗগী ঈচেল-ঈপোমদা ঈরাং হৌবিবা ঈমায়থক্কী কুম্মৈ মযাম উরগা তুংশিরৈগী থম্মোয়স্থ হরাও-তুজুংঙকই। নৌহৌননা রাখলগী ঈহৌ অমা হৌরকই।

কয়া কুহনা কুম্মৈ অতুদা শুমহৎতুনা লৈকবনো খঙহৌদে, মনাক-মক্তদা মশক-মতৌ ফজবা তনান তনানবা পাখংমচা অমগী 'সিন্টা'ব' হায়বা খোংজেলদা জ্ঞা'ন তারকই।

"রাবৌবিবা যাদে। সিন্টারবু ঝালুকব ড়ী যৌবিগদৌরিবরা ?"

"হোয, যৌজগদৌরিবনি।"

"এৈস্থ চৎচগদৌরিবনি। পুন্না টেক্সিদা লেঙমিন্নথ্রাস। ভসিদি বাস ফংলরোই, স্ট্রাইক তৌখরে।"

"কৈ কৈদৌগে ?" করিমত্তা চিংনদনা তুংশিরৈনা খুম্মকই।

মতানস্থ চাখ্রিবা, তাঞ্জা অতুদা বেবী টেক্সি অহাংবা অমস্থ অদোমদা হেক লাকই। পাখংমচা অতুনা টেক্সি অতু থামহুদা মখোয় অনী মনীংগী সিটতা কাখৎমিন্নরে।

টেক্সি অতুনা খরা চৎলগা পাখংমচা অতুনা রা হৌদোরকই, "হন্দক্তা চংবিরকপা ওইরমাল্লে।"

"হোয়, মানি। কুইজত্রি।"

"এৈদি মফম অসিদা কুইনা লৈমল্লহনা রাশিল্লক্লে, মরূপ-মপাংনগা থোইনা লৈতবনে।"

"ঐস্ত নোংনিনিতা লৈবাসিদা নুংশাশোর ফুনজিল্লক্কদোরে। হাযগুম্মতুনা মকপ-মপাং লৈতবকা হাযবসি রাখ্রবা জাংনি।"

পাখংমচা অতুনা থজিক্কং কাংথৎলগা ফমফম অতু শেম্লগা অমুক হাযরকই, "হৌজিক্কি শকথংনববনিনা নরক মরক্কা লাকতুনা দিষ্টার্ব তৌজরবা তারে। রারৌবরোইদ্রা?"

নোকমি নোকমি তৌতুনা পাখ মচা অদোমদা ওনশিল্লগা নুংশিবৈনা খুম্মকই, "করগী রারৌকগদগে? মবক মংক্তদা নত্তে, নুমিৎ খুদিংগী হেক্কা লেডাববকউ। অদোমগীদা নত্তে মকপকী দরকার ওইবিনাসি, ঐগীস্তনি।"

তশেংনমক নুংশিবৈগীস্ত মকপকী দরকারনি, হিংবা তারবাদি। অতুগা রা ডাংবদা কানমতা কোইবা থোৎপা। তৌদ্রবা পাখংমচা অসীবু মকপ ওইনা ফংবদা অকায়বা করি লৈবগে? পাখংমচা অসাগী রাঙাং-শাঙাং মওং-মতৌ নুংশিবৈগী মফমদা অনৌবা ওইনা থোক্কে। অসিগুম্বা শক্তম, অসিগুম্বা রাঙাং-শাঙাং মতম কুইনগী মমাংদা উখ্র-বগুম, তাখ্রবগুম তৌই। তশেংনা নীংশিংবমক্কি থোক্ত্রে। নীংশিংবা থোকত্রগস্তু, করিগীনো খঙদে, পাখংমচা অতুনা য়াম্না নকশিনবগী মওং-মতৌ উৎপত্তুদা নুংশিবৈস্ত থাপতোকপা ঙমদে। করিগীনো লীচিং অমনা মহাকপু চিংশিল্লে।

"হহে, হয়েং ঙাওনতুনা তৌক্লরনি। ইমাং-ইথাবু থঙনাদ্রে।" পাখংমচা অতুনা অমুক হৌদোকই।

"ঐগী মীং ওইরবরা? অর্থদি য়াম্না লৈখ্রবা জাংনিকো। নুংশিরৈ কৌজে।"

"হোয়নে অর্থদি য়াম্না লৈবিনে।" হাযরগা নোকমিন্নে। "ঐগীদি হায়দোক্কদবা ইবু-ইকাইজে। হৌজিক্কালদা চৎনদ্রবা মীংনি। ঐখোয়গী অহনগী মীং ইবোপিশক কৌরিয়ে। মহাক্কী মীং লৌতুনা ইবোমচা হাযনা থোনজিল্লম্মে।"

ইবোপিশক্কী মীং হেক তাবদা নুংশিরৈ স্বাই লাউথিবা থঙহৌদে। মায়থোং মকশিল্লকই।

ইবোমচানা অদোমদা থোইনা য়েংঙুবা তৌদনা মথা তাথরকই, "খঙনাবরম্বস্থ য়াঙনে এখোযগী অহনগা। ইম্ফাল শেগালম্মীদগীনি। হোজিক শিলচরগী কলেজদা ওজা ওইরি। এস্ত কুমাশ হিষ্টরীদা পাশ তৌজবনি। হৌজিক বিসাচ তৌজরি।"

তাবা ডমশিল্লকত্রে মুংশিবৈ। মৈনাক্রা ফম্বগুম থোকথবে।

"হাস্ত ড্রাইভর, থোরা রখো।" মুংশিরৈনা টেক্সি থাম্মকই।

পূংঙক ওকই ইবোমচা, "কবি তৌরবগে?"

"করি থোইদোকপা তৌজদে।"

টেক্সি লেম্মগা থোঙ হাংদোকতুনা কুমথরগা মুংশিরৈনা হায়রকই, "য়ারৌবিবা যাদে। লেঙবিরম্মো। ফেন্সি বাজারদা পোৎ অমা চিৎথজবম্মে।"

মতম অহুদা তারমদাই মুমিৎকী মঙালম্থ কামাখ্যা চৌংনা খনাজিনখরে

( ১৯৬৪ ইং )

# চৈনাখোন

প্রোফেসার গুইদ্রুনা লাকপা কুইদ্রি। খঙন চান্নবা মরূপ মপাংশু থোইনা লৈবমদে। প্রোফেসার জ্ঞানেনতদি ঐগী ছাত্র ওইরিঙৈগী মরূপনি। অদুন মহাক্না কোইমিন-চৎমিন্নবা নত্তুনা অতৈ উপায লেরমদে। ৎখোযগীদা অদুদা তোত্তুনা মতম অয়াম্বা লেল্লি।

নিংথমথাগী নেংমা নুমিদাং বাইরমনি। মহাক্কী ড্রোইংরুমদা ফমদুনা রাবী শারি। জ্ঞানেনগী নুপী বিনোদিনীসু চা পুথোরকতুনা চেযাব অমদা ফম্লে। চা অদো চুপ্লে হায়বগা ঐনা হায়, "বিনোদিনী, নখোয়গী দার্শনিক পাণ্ডিত আসবু থাইনগী বোস কোস্ অদু খব যাওবিব্রা? আধ্যাত্মিক তত্ত্ব থিবা সংসার থাদোকতুনা হিমালয়দা-কা চৎকে হায়দ্রিব্রা?"

"শাবনা মশা নোক্লবসি তৌনরোইসিদা," জ্ঞানেন্না খুমলকই; "সংসার থাদোক্কে খল্লিবসবু ঐব নংলা? চহী কুন্থ্রা লাল্লবা ফাওবা সংসার কিংরবা নহাকপু! খরা লেরবদি নরা চৎলবোই. মথোনা যাওদবা মীনি হাযদুনা"

বিনোদিনীনা হায়রকই. "যাকনুকো যাকনু। মীনা থৌজিনবকা তাকনু। মহা ঝামেলানি। কাল্লদ্রবা পোৎনি। ঐখোয় অনীতা লৈমিন্নবা ফাওবা আসদা নীংবা থুংদ্রে। নেকলেস অমত্তং হায়রক্লিবসি কয়া কুইরক্লে। অসিদগীদি—"

তনহল্লকই। ওজাগী পুক্নিং মতোন্দা লেপখি। মবন-মথুম্মি হায়না পাই নাতংপী অমা ফাওবা লৈত্রবী লুখ্রাবী মচা অতুবু লোগান হাযবতুদা অহন-লমন পুম্নমক শাওবনা মৈ হোখরে। অতুগী মথক্তা যেকস্থু থোক্লে। ফুপী-মচা অতুনা বি, এ, পাশ তৌবগা মখোয় অনী লুহোংলে। অহন-লমন্না হায়বা ইন্দবা মচাবু যুমদা চঙহনদরে; মরী থম্নদবে।

রামতা ঙাংদনা ঐ রারী অতুদা মুন্দুনা লৈরমই। ঙাইহাক লেপ্লগা জ্ঞানেন্না অমুক শমথবকই।

যুম পাল্লগা মমা-মপা ওইনিংদবসে যাওদে। ফুপী নিনা ইন্দোন অতুনা মনীংতা অঙাং অমত্তং যাম্না উানংলমই। তোইগুম্বস্থং লুহোংবগী মতুংদা চহী মঙা তরুক চংখবে। অঙাং অমত্তা পোকপা লৈখিদ্রে। অঙাং অমত্তুং পীনাবিনবা ইন্দোন অতুনা হুমিং খুদগী লাইগী খুযাদা কংচৈ। মাইবা-মাইবী যেংহল্লি। যু-তবু কাম্ব হেন্নাদ শেন পাম্মুরমদে। উবী ররীদগী হোঙ্গন হিদাক-লথক পুম্নমক শিজরে। অতুবু কবিমতা কান্নদবে। হবাং-পূজা তৌবাস ওজা থক থাজবমদে। তোইগুম্বস্থু কাইখংদাদ হবারবা মীনা নাপী মনা অনা ফাংবদা পাযতুনা যানবংঙম ওজাস্থু অরোযবা পাখৈ যেলক্লে। থাজববস্থু-থ জত্রবস্থু ইবং-পূজা হোগংলক্লে। মতৈ-মনাও তীর্থ চংপা হোবক্লে। কামাখ্যা, ঢাকা-দাক্ষিণ দাক্ষিণেশ্বর, নবদ্বীপ ধামনচিবা তীর্থ খুদিংদা চংতুনা ইন্দোন অতুনা মনীংতগী নপী শিংতুন কপচকই। তোইগুম্বস্থং মমীং-তাঙবা, না-পঙবা লাকাশং অতুনা মতাক্তা কপচরিবদো উবিবা তাবিবা লৈখিদ্রে। অখঙবা কাওবুনা ঙাঙনৈ, 'মমা-মপা অহন লমনগী য়াথং হিকতোকপগীদমক ঈশ্বরনা মখোযগী মনীংতা অঙাং উহনাবদ্রবনি।

লুহোংবগী চহী তরামুক মতুংদা নোংমাদ মাংজোননা কনামতবু খঙহল্লমদনা থা খরা দাক্ষিণাত্য কোযকুগানি হাযতুনা ছুটি লোতুনা মতৈ-মনাও চংখি। অতুদগী চহী অমগী মতুংদা থা অনী হুম শুরবা অঙাং অমা পুরকতুনা যাম্না হরাওনা হল্লকই। মখোয়তা নতুনা

মন্বপ-মপাং পূম্নমকস্থ য়াম্না নুঙাইবে। নুপী অঙাংশিংনা হায়নব' হৌগৎলকই, "নোংচূপ-লোমগী লাইশিং অসি অচম্বা লাই নত্তে।"

লাইনা পীনবিবা অঙাংনি হায়দুন' মমীং দেবদত্ত থোল্লে। নত্তোমতা গোকপগী হৌনবা মমা-মপানা ফু ফু কানদুনা থম্লে। হকচাং নি'ফুং-নি'ফুংতা শারকপদা ডাক্তর থুংলবনা হাল্লি। মশক-মতৌনা ফজবনে লাইরিক্কা ফবনে মযাম্না তশেংনমক লাইগী মচানি হায়নরে। শান্ন-খোৎনবদস্থ মপা লৈতে। স্কুল কলেজগী শান্নবদা ফংলকপা কপ-শিল্ডনা লাইরিক পাননবা কা অদু পুমথন থল্লমই।

চহী তরানিপালরোম শুরকপদা আই, এস-সি, পাশ তৌদুনা দেবদত্ত ডিব্রুগড়দা ডাক্তরী তম্বা চংখি। নোংমা মপাদা ইরকই, "দিল্লীদা ইউনিভার্সিটি স্পোর্ট তৌগদৌব। ঐবু ঐখোয়গী ইউনিভার্সিটিগীদা থল্লে। অদুবু চংকম্লসিনা থাল্লি। ক্লাশ মাঙহনবা পাম্মুরে।"

মপান' হায়খি, 'চংলু। ক্লাশ থবা মাঙলবস্থ মাদুগুম্বা চান্স অদু থাদোকপা চুমদে।'

"স্নানদাং-রাইরমানি। ইন্দোন অদো হকচাং ঙমদদুনা হিপলমই। ওজাস্থ মনাক্তা ফম্লমই। ডাক্তর হৌজিক্তা য়েংলম্লগা চংখবতা ঙায়রি। ইন্দোন্না তপ্না' তপ্না হায়বকই, "মদ-হানগা নুঙাইতবনে, পূক্লিংসে ওন্থোক্না চবাংনখরে। দেবু অদো ঊনিংবনা লোইরে। শান্নবা লোইবগা যূমদা লাক্কবা ইথো।"

তাঞ্জা অদুদা মপাল্লোমদগী কোলিং-বন খিঙলকই। ওজানা থোঙ হাংদোকপগা পিওন অমন' টেলিগ্রাম অমা পীরম্লগা চংখরে। ইন্দোনগী মনাক্তা চঙলকতুনা হায়রকই, "দিল্লীদগীনি, দেবুগী শান্নবগী পাউ ওইরমাল্লে।" অদুদগী পাথরকই, "ক্রিকেটকী বোলনা খোংইথাদা পান্দুনা দেবু লৈতরে।" ওজাগী মমীং চপ য়ুংখরে, মকোক পূমঙাও ঙাওখরে, জ্ঞান পুংনম মমখরে। ইন্দোনস্থ থংলাউ লাউরম্লগা জ্ঞান মাংখরে। ডাক্তর কৌরুদুনা ইন্দোন অদো কন্না লাইযেংনরে। অহিং

নোংয়াংইগী অহৌরাইদা ঙাইহাক্তং জ্ঞান তাবকপগুম তৌই, চোইরোন ওইনা হায়রকই, "ইপোৎ নত্তনানিনা পুথরেদো।" অহুদগী অমুক্কা জ্ঞান তাখিদরে। নো ঙাল্লমদাইদা "দেবু নও লাক্লবরা?" হায়রম্লগা পুন্সিগী অবোইবা যাগীপ তানথরে।

ওজ্জা পূমঙাঙ ঙাওথরে। পুন্সিদা অরাবা হায়বদো মচেৎ অমত্তা থঙলকাত্রিবা মী অহুনা অমত্তুগীম্ব নত্তনা অমুক্তদা অনীগী চৈনাখোন করম্না থাঙবা ঙমগনি? চাংগনি থক্কনি হায়বা কাউথরে। কনাগম্ব রা ঙাংনখিদরে। মপান থোকখিদরে। ইহাং-হাংলবা যুম অহুগী কা অমদগী কা অমদা কোইচংৎ-চৎতুনা লৈবে। করিগুম্বা মতমদা ইথঙ-থঙত্তৌদনা মচৌনদগী খোংক্লকই, "ঐনা দাযৌনি। ঐনা হাৎপনি।"

থা অনীহুম মতুংদা প্রোফেসর ওইবা তেংক্লে হায়বা তাংগে মরাল লৈরবা রাংথলগী তুম্লবা তেনজিনগী মৈচাক্লগী নাম্লোংকনব অহানবদা যু থকপা হোরে। মথনম্ব য়াংরকত্রহুন জুরাবগী অভুতপ য়াওবা হোংব ওক্রুনী তুপীগা শকথত্ত মাংইগঙনবক্লে। নাকই ক্লাবত্ত ম্লাগৎ খুদিংগী পাবা তোরক্লে। মথং মথং তৌতুনা গাড়ী থমগী পোৎচৈ, থুংফম লোইনা থোংম্লোকখবে।

জ্ঞানেন ঙাইহাক লেংম্লি। থইনগী অহুন অদো লাক্লবরা কারনো হায়হুনা ঐম্ব মহাক্কী নীংযেং মতুং ইম্না খোঙ্গাম্লেংনদা যেথোকই। তৌইগুম্বস্লং কনামত্তা লাকপা উংদ।

"অহুদগীদি করম তৌখরে? মফম অসি থাদোকতুনা চংখরবরা?" ঐনা হাংঙ।

"চংখিদে।" জ্ঞানেম্না মথা তাথরকই। "অহুদগী মহাক্কা অসিদা লাক্লম্বগী ইলোই লোইবা ম্লমিদাং অদো ঐখোয়ম্ব পোৎচৈ থরা লৈরকই। হম্লকপদা ওজ্জা অহু ড্রোইং-রুমদা ফমহুনা লৈরম্মি। ঐঙোন্দা লুপা য়াংথেত্ত পীদবা য়াদে হায়হুনা হায়রকই। ঐনা থুমখি, "হৌজিক্কা লোইনা থরচ তৌখোকচখরে। লুপা কুন অসিত্তা ঙাইজরে।" লুপা অদো য়াম্না লোনিংদবগা

লোয়ননা লৌথুনা চংশরে। ঐস্ত পূক্নিদা য়াম্না মুচাইতৌদ্রে অস্তক কুইবসি নোংমতা মহাক্না হায়বন্দগী ৱানা পীখাদ্রে।

নোং ঙাম্লগা ঐ পূমন্নক ডক্লে। ঐনা পীখিবা লুপা অদু করিনতা কায়দনা কোংঙ্গোং মপাদা। তাওনা থৈনদে পূক্নিংস্ত য়াম্না মু শিরে। অদুদগী দ ‘পূংমুক মতুংদা নয়’ম ৱা বা শাদনরকই, চাওংংনবা অহন অদুগী হকচাং অদু ওক্রনী অমগী মুংদা লেও লাকপ কৌদনা তাওনা থৈরে হায়না’। ঐগী মীংচল কনৌদগী পিগী ঙৈন শিন্দুনিবা থংহোদে।”

করম্বা মতমদা জ্ঞনেনগী ৱাদী লোঙ্গাশন থবা থওহোদ্রে। জ্ঞান তারকপদা ঐগী শানীংক বা অমত্তু চেংনদনা। তুমন্না ফংদুনা থৈনদ্রে —া থৈক নবিমক পূমনা নমশিন্দ্রক্লে।

(১৯৫৯ খৃ:)

# করি-ন্নংগী

ফনা কুইনা হাযনবক্লবা ফাওবদা যারক্তুবক্তদদি থানিনজাউ শাউগংলক্লে, হায়বকই, "ইবুঙো, মীশক মীমায় থবা যেংনাসদা। ঐখোযগ্ন হাইফেং তৌবা ঙম্বিবা জাৎনিদা। ইনাও-ন্নপ মন্ত্রী ওইনিবনে। মন্ত্রীগী মযাম্বনিনে ঐ অসি। হাযনব'স থবা থবা যানসিদা।"

বাঙাং অদে' তাবদা বিজযস্ত মী শমা কৌবনিনা, শাউবপ তৌরকই, হাযবকই, "খুডা-ইবুঙে! খুডাইবুঙোবু থঙজে, য়াম্না মুন্না থঙজে। অদুবু ঐখোযগীস্ত তৌফম থোকপা থবদি মরৈর। মদু থন্তবিফম থোকই।"

"ফবে 'ত্তদি ইবুঙোস্ত ইবুঙোখোয়গী তৌফম থোকপা তৌবিরো। ঐস্তু ঐনা ঙম্বমথৈদি যেজরগে।" হাযরম্লগা থানিনজাউ খোঙথাং কম্না থাংহুনা থোকখরে।

ন্নুমিদাং পূং ১১ তাবগী থরা মতুংদা বিজয় তুল্লগে হায়দুনা ফমুংদা কাথংপদা ঙায়রি। মপানলোমদগী কনানো অমনা থোঙ থিল্লকই, "ইবুঙো বিজয় লৈবরা?"

"কনা ওইবিরবনো?" হায়দুনা ফমুংদগী কুমথদুনা থোঙ হাংদোক্লে। থোঙজিন মপানদা লেপ্তুনা লেবাম্লবদো থাউমৈ মঙালদা উরে।

অহন অসিগা য়েৎনতুনা লৈরবদি তুম্বা শীংপা তারে থল্লতুনা বিজয়না হায়রকই, "ফনি তাইবুঙো! ঐ থরা থস্তুজখিগে। হয়েং অদো থঙনসি।"

য়ারদৌমাল্লে থন্দুনা অহন অদো অতৈ শাংথরমল্লে।

থা-মথায়মুক মতুংদা নোংমা হেড-কোয়ার্টারদা শুবা ক্লার্ক অমা লাকই। পীক্লিভৈদা লাইরিক তম্মিন্নরকপা বিজয়গী মরূপনি। বিজয়গী প্রমোশন হন্দক্তি সোয়ররোই হায়তুনা মহাক্না তৈ়্যে। মহাক্কী প্রমোশন ডিউ ওইতুনা লৈরক্লিবসি মতম কুইরক্লবনি। বিজয়না থল্লকই, হন্দক্কী থানিনজাউগী কেইস অতুবু থাদোক্লম্লবদি নহানমুক্কীদোনা হন্দকসু সোয়রমগনি। কূ-দগী শৎহেল্লোবা হায়বতুনি।

হায়গুম্মতুনা সুমিৎ ৪ | ৫ নি মতুংদা বিজয়গী মমীংদা হেড-কোয়ার্টারদগী চিঠি অমা থুংলরে। মপূক্লিংদা হায়ভমদনা হুরাওখৈ বিজয়। মথুৎ নীক্না নীক্না এনভেলপ অদো শেগাইরে। অফিসকী ওর্ডারনি। তৌইগুম্বসুং চিঠি অদো পানা পানা বিজয় চূরূপ চিংবা তোক-থরে, ঊংতুনা চৌকিদা ভাথথরে। এ-এস-আই মণিসু মনাক্তা ফমতুনা লৈরমই। বিজয়না থা অমতা ভাভদনা ঊংতুনা লৈথিবদো উবদা হংভকই, "তাইবুঙো, করি তৌবিরবগে?"

বিজয়না চিঠি অদো মাঙোল্লোমদা লংশিল্লকই। মণিসু চিঠি অদো পাবগা মমীৎ-মনা চপ য়ুংথৎলকই,— তমেংলোংদা ট্রেন্সফার!!

(১৯৬৫ ইং)

# ৰাখল হোংবা

‘হুম ঐনা তৌরিবসি চুমদে। ঙসিরা হয়েংদা খঙব্রবা তাঙ্গা অসিদা ঐনা তৌরুরিবসি য়াম্না চুমদে।’ থা শুরবী সুপীবু অশাউবগী মেন, তপ-তানা যুদোকলুরে হায়রগা মতুংদা নীঙমহৌরক্রুহুনা থোঙ্গানদা হৌরবা হৈনৌ পাম্বী অতুগী অকোকপা মখোঙ অতুদা ফমহনা মক্ক লুকথহনা খদাঙ মেৎতুনা তোম্বনা মঙ’ মঙ’ খন্থরকই। ‘ঐ য়াম্না হেঙ্গিল্লুরে। মহাক্কী কবি মরাল লৈবগে? মীগী চেঙ-চাক পুরুরবাদি শিংফম থোকই। মীগী অদো শিংনবা ঐনা তানশিল্লকফম থোকপানি। থা শুজিল্লক্রবানিনা মহাকস্থ মপান থোকতুনা থবক অরান্বা শুবা ঙমদ্রে। অতুগী মথক্তা মহাক্কা করি ফত্তববু হায়বগে? চেঙ লৈত্রে তোমালখোয়গী হান্নগীস্থ শিংদোকত্রি, অমুক হম্না হায়রুগদৌবা ইকায়রে, অসিতানিদনা মতাক্কা হায়বা। অতুদা ঐনা অস্তক শাথিনা ফিংঙু বাঁস চুমত্রা?’ অতুদগী অমরোমদমুক থল্লকই, ‘অতুদা, খুম হেক চঙবগা মহাক্কা মুমিৎচুপ্পা শুঙ শুঙ হেক তোবাসিস্থ চুমত্রা? ঐস্থ ঐনা ঙস্বমথৈ হোৎনরিদনা! অসিদগী হেম্না করিনো ঐনা হোৎনগদবা।’

কাইথংদা অস্থম তৌহুনা ৰাখল তৌহুনা চম্মম্হনা লৈবসি কান্নপরে থন্দুনা ওইনামগী খুডা অহনজাউগীদা চৎলগে খল্লে। মহাক নত্তনদি উপায় লৈত্রে। খনবগা মথু অনীদা লাকশিল্লবা খুদৈ অদো থোক লোথোকতুনা ফুক হোগৎলে। খুদৈ অদো মরেংবান্দা য়ানশিল্লে।

"ফৌসে ঐগী সু য়ামদ্রেনে। লোইনা তাইথোকংরে, হন্দক কৈশামদগী লৌ কিয়ার অঙ্গমতং লৌবাসিদা, ওস্থোক্লা ব্বারে ঐসু। অদুবু নঙনা হায়রববনিনা উপায় অমাদি তৌদবা য়াবরদো।"

উপায় অমা তৌবিগনি হায়বা তাবদা তোম্বগী চম্মন্নবা ব্বাখল অদো মঙাল অমা ফংবগুম তৌই। হায়রকই, "খুডানা তৌ হায়বত্তুা তৌগে। শংগোই-লুকোই শেম্বত্তুসু ঐ য়াওরগে।"

"অদো, অসুম তৌবা তারে। নোং-নিনি অসিদা মোন মঙা-তরুকতংগা থাংদোরকপা তারে। চা-ঘর বাবুগা ঙাওনত্তুনা লোইরবনি। মী অতৈ অমুক হায়ররোই। নঙগা চাউবগা চৎলগা লোইরে, মী অতোপ্পনা পৈশা ফংথগদগী শরুকপুদি।"

তোম্বা শ্বাই ল্যাওই, কোকচাউবী কারকই ব্বা অসি তাবদা। চা থাংগা হায়বাস অমুক হম্না তৌখ্ররোই হায়ত্তুনা মপুক্লিংদা লেপখ্রবনি। থা নিপান-মাপনরোম মমাংদা অমুক ফাকবগী কেইস অদু ওসি ফাওবা লোইশিনখ্রে। হায়রকই, "চা থাংবসিতদি হায়বিগনু। মসিগী থবক আস য়াওখ্ররোই হায়ত্তুনা ঐ ব্বাশকখ্রবনি। থবক অতৈ যেশা অমা হাযবিযু তোজগে।"

ব্বা অদো তাবদা নোকমি নোকমি তৌত্তুনা অহনজাউনা হায়রকই, "ইবো, ব্বাখল মুন্না তোবগা ব্বা হায়যুদা! ঐনা হায়বসি ফত্তনবা হাযদবনিদা। লৈপাক পূম্বা করি মুংগীনো হাযনরবা মতম অসিদা লুপা কুন কুম্থ্রা-কা হায়বসি য়ামখ্রবা পোৎনিদা। হৌজিকপু নহাক্লা থবক শুত্তুনা মসিবু তানবা ঙমগদৌরিব্রা? মহৈ মহৈ চানিংঙাই ফাওবা লৈনদ্রবা মতম অসিদা কনাননো মী নেকত্তুনা থবক শুহনগদৌরিবা? হৌজিক্কী মতম অসিদা মীগী মথোও চংজগ্রগা লোইরবনি। নঙবু মুপামচা নত্রবরা? মুপামচাগীদমক থানানি, মুপামচাগীদমক জেল লৈরিবনিনে, ইবো! অমুক ফাকরে হায়ত্তুনবু মুমিৎ খুদিংগী ফাগনি হায়বা করি লৈবগে? অদুগী মথক্তা "ব্বাখল মুন্না থস্তত্তুনা য়েংঙু! লৈরিবা কেইস অসি শেন লৈত্রবদি করম হায়না শোক্লদৌরিবনো?

কেইস থোক্লক্রিবা মফম অত্তদগী কেইস অদে। চপাইনবদা শেন থিনা তানে। ঙাগী থাউনা ঙা ঙৌগাদবানিনে, ইবো! চুম্মি, হুরানবা হাংবসি যথুবা থবকনি। অদুবু ঐগোঝনা তৌবিনসিদি হুবানবা হায়নদো নত্তে, ব্লেক-মার্কেটনি॥ 'ব্লেক-মার্কেট হায়বসিদি নঙ ঐগুম্বত্রুনা তৌবা নত্তে, নিংথৌ-মন্ত্রী ফাওবনা তৌবিবানি। চাউরে চাউরে হাযবিবা অফিসারশিংনা গাড়ী ফজ ফজবা তোংলিবা, লুপা লাখ লাখ চঙনা দালান শাবিবা মসি পূম্মনক অসি ব্লেক-মার্কেটতগী ঙাক্কানি। মখোয়গী তোলোব অদুনা গাড়ী তোংবা য়াবরা, দালান শাবা য়াবরা? মখোযগা ঐখোয়গা শেন্নবা হাযবদু, মখোযনা লাখ-করোরদা ব্লেক মার্কেট শান্নে, ঐখোযনা চাম চানিদা। অদুগা মাখোযগীনা অচৌ অশাং মশেননিনা' ফাবিনবা মী লৈত্তে, অদুন' ফাবা পুনবা হায়বসি ঐখোয়গী লাইবক্তা থোকই।"

রা ঙাংবগী লংজিন অমত্তবু ফংখ্রবদি গুহনন্নগী অহন অাস লোক্তশিনবা কাউই হায়বসি তোম্বা নিংথিনা খঙই। অরেম্বদা নাঙহন্নবা মতম তোম্বগী লেতে। অাসিদা ওইদ্রে মফম অতোপ্পদমুক খিরুদবা য়াদে। অদুনা অহন অত্তগী রা অদো অতৈ অমুক শাংথহন্দনা হাযরকই. "খুড়ানা হায়রিবদো ঐস্থ ভাব যাম্না ফজনা তাই। চা থাংবসি য়াগ্রনিংদবগী রাতানি। যারবদি কৈদোবগে যাহা উপায় অমা তৌহনা শিংঙক্কে। ঙসি মোন অনত্ত —।"

অহন অত্তনা হায়বকই, "তোম্বা, নঙ অসি গুন্তোক্লা রা শাংথখবে। রা য়াম্না শাংথনা করি কান্নবগে? ঐনা হায়রিবসিনি। হায়রিবসি ঙমগনি হায়রবদি মোন অমতা নত্তে, মোন অনিস্থ পীগে। অদুবু ঙসিদি শগোলশেননি, নঙনা ঙমগনি হায়রগা হয়েং অদো লাকউ।"

"হোয় অত্তদি করম তৌনি! খুড়ানা উপায় অমত্তং তৌবিগদ্রা হায়দুনা লাকপনি। যান্নদ্রবনিনা, অত্তদি, চৎলগে।" হায়রম্লগা তোম্বা হৌগৎতুনা থোক্লক্লে।

তুংদগী অহনজাউনা হাযহৌরি, "হোয়, অদুবু মুম্না রাথক তৌরুখো ঐনা হায়রিবসি।" অত্তদগী চিংগনি হায়বা কাউরুরবা তোংজৈ অত্তু চিংহুনা লৈহৌরি।

ব'থল তৌনা তৌনা তোম্বা থেক্লকই। অমুক রাখল তামা থল্লি, অমুকসু অমমুক থাল্ল। অমুকসু থল্লি, "খুডা অহনজাউনা হায়বিবাসসু ফত্তবদি নত্তে। মীগী মখোঙদা পায়রুগদবগী শরুকপুদ আতং অম-নিতং চৎলুরগা লোইরে। হুর লসুগদবসু নত্তে। চৌকিদাবগা বাবুগসু মান্নরিবনি। মখোযনা থাংদোরক্কদোরবনি। থরা লোন্না তোবগী রাতান। মাসগীদমক নোরেকতা তাগদবসু লৈতে। মপু প'ন্দবা হূই অঙাউবদোনা অযুক-ঙক্তাদগী স্থুমিৎ তাবা ফাওবা কোইচৎ চৎতুনা লৈগদবগী শরুকপু দ অহিঙ অমদা লুপা তরা অমা, কুন অমা হলায় লাযন ফ'বত্তুনা যত্রা।" অতুদগী অমুকসু থল্লকই, "অতুদা নাগানমুক্কি দোনা অমুকসু য বা খোল্লবদি! হন্দকমুক্তি থাদোক-ববোহ, পুলিস চুম্পা থ দোকতা লেবা তারে। — ক মদে। চবা নানা হেল্লবসু হেনজগে।"

অসুম তোক্লুনা মণ্ডল মণ্ডল খন্দুন লম্বীদ' চৎলিন্দ্রেদা মালতী মপানা তুংলোমদগী কোবকপত্তুদা তোম্বা মঙ ফাওনবগুম তৌই, "ঙ তা-তোম্বা ত' তোম্বা। হবোহ মাঙখবে হ যবসিবু তারববা? করম তোস হায়বা? থিকত্রবদি কে বদ' চাখবা তারে। স্থুমিৎ লৌরঙ্ভে-সিদা খিজলহোরকাস।"

'চল্লবা মফমদা শীংচেপ থাই হাযবদো তোম্বদা থোক্রে॥ অসোমদা ফৌ নত্রগা শেন থরা থিকত্রবদি ঙসি চর হেনবা তারিবনি। অমরোমদনা, অম্বক লৈত্রবা মতম আসদা ইরোই অমুক কোরদা চঙখ্রবদি লোইবেদনা। অতুমকপু য়ারবদি মহাক চৎতনবা হায়ত্তুনা মালতী মপাদা হায়জরে। মালতী মপানা হায়রকই, "অতুক থাপ্পা চৌঙনুং অতুদা ইতোমতা করম হায়না থিকগদৌরিবনো? ঙরাংতসু য়ূম্নামগী যণ হাতম অদো শানা শোক্লবনি। — কৃষ্ণমোহনখোযগী ইরোইসু য়াওথি হায়, অতুবু মশা লৈতে — হুপী'পামদা ঙসাই অযূক চৎখিবদগী হল্লকত্রি হায। ঐখোয় অনীতা ওইরবসু হৌজিকমক চৎসি।"

তোম্বনা ইরোই থিরুত্নুনা হল্লকপদা অহিঙ নোংয়াই য়োৌগদোরে। মীচিক মীরাঙথোন তাম্নরমদ্রে। ইক মাইথজত্নুনা ইমুংদা তেক চংলকপদা অনৌবীনা নাহেত্নুনা লৈরম্বদো উরে। তোম্বা ভাব তারে, ঙসিদগী অঙাং মশীং অমগা হেক্সংকদৌরে। অঙাং মঙা অত্নুনা ফম্মাংদা পোংফক শেগাইরবা অত্নুগী মথক্তা কাঙ মরক্তা থরো থরো ওন্দুনা লৈরিবদো উরগা কপসিন্না শাউসিরা থনফম থোকতে। মরেংবান্দা য়াল্লিবা থুদৈ অত্নুনা অঙাংশিং অত্নু হুমদোকপিরগা হংঙকই, "অঙাংশিং অসিদি চাক চাখ্রবরা?"

"চাখ্রে। তোমালখোয়গী ইনম্মদগী চেঙ থরা পূকত্নুনা থোংত্নুনা পীজখ্রবনি! নহাক্কীস্থ চাথুমদা থুমোক্না কূপতুনা লৈরিবনি। থরা থুনা চাথোক্লো। তোমালখোয়গী ইনম্মগা ইন্দোন চাউবীগা থরা কৌরুচো।" নাহে নাহেনা ফুংশাশোর থবেৎ থবেৎ তৌত্নুনা অনৌবীনা থুমকই।

মুমিৎ চুপ্পা ঙাইহাকতা পোখাদনা থবক শুত্নুনা লম থাপ্পা ইরোই থিরুত্নুনা অত্নুগী মথক্তা রাখল মাযমগী পোৎলুমনা তপ তারবা হকচাং অদো পোখবা ফংঙদ্রা থন্দুনা লাকপদা যুমদা তৌরম্লিবা মতৌ অসি উবদা কপানিংলে। মচৌন্দগী খোকথিবা থঙহৌদে, "থোরাই-মচাগী লাইবক! ঙাইহাক্তা পোখাবা হায়বদো ফংঙরোইদবনি। ভাইবংপানবগী পাপ পুন্নমক্না তাহৎতুনা শারক্লবা হকচাংনি।" অত্নুদগী লাইরোমদা ওশিন্দুনা অমুক চৈবা হৌরকই, "হে লাইথিবোং! হে লাই-মীৎতাঙবা? ঐগী 'সিদা নত্রবদি অঙাং পোকনিংঙাই লৈথিদ্রবরা' মীগী মচাদি শিনৈনে, ঐগীদি শিখরো হায়ত্নুনা মুমিৎ থুদিংগী কৎলবস্থ শিবিদ্রে!" লাইথিবোং অত্নুনা মহাকপু চৈরিবদো তাদবরা হায়বদো থল্লুদনা মতুরোমদমুক ওনশিল্লকই, "নঙস্থ হাকমনথরে। চহীগী হেক মক্কম থুরত্নুনা। ওস্তোক্লা পোকচনিংখ্রবা নচা হায়বদো ওইরে। যথ-ইরোই ওইনা পোকদবনা মী ওইনা হেক পোক্লত্নুনা। যথ ইরোইতনবু চাবোক ফরগা মমল কাবনি। মী ওইনা পোক্লগা চাবোক ফরবদি রাজগে নারান থুরমবনিনে।" অতৈ অতোপ্পা মতমদা ওইরম্লবদি

অনৌবীসু রা অমনিতং ওইরবসু খুমগদবনি.— মরাল অসি মতোমতগী নত্তে, মুপা যাওদনা, মুপীনা পোক্লিংই হায়দুনা পোকপা য়াবা নত্তে। অদুবু মবুক য়েকপা অদো খাওবা লাক্লবদা নাহেবদগী হেন্না খুম্বা ওমদ্রে।

অঙাংশিং অদো ঙাইহাক হুমদোকপিরম্লগা চাকখুমলোমদা চঙদুনা চাক অদো লৌথোক্লে! চাক অদো চাবা লোইরমদাইদা ইখঙ-খঙহৌদনা মুংশিং শিংপা হৌরক্লে। মখুৎ হামদোকপা মতমদদি মুংশিং অদো চান্নদা কনখৎলক্লে। চৎতুনা থোঙ অদো চৈ অমনা কন্না ঙাকশিল্লে। মুংশিংনা থাল্লিবা থাউমৈ-মুখু অদু মুৎকদৌরবদুদা লাল্টেন মচা অমা লৈবদো চমথৎলে। মুংশিংনা কন্না থংশিং খংশিং শিংলকপা অদুদা য়ুম অদুসু ফর-ফর হায়বা হৌরক্লে। য়ুম অদুনা হাইবগা লোয়ননা তোম্বগী থবাক্কী মিহুনসু দঙ দঙ চোংবা হৌরকই। থল্লকই, অসুম তৌদুনা থরায় লক্লিদা লৈবসে হৌনদ্রে, হয়েংদি নোংঙানবগা সোয়দনা য়ুম্বী শিল্লগে। অসোমদা অনৌবীগী নাহেবসু হেনগংলক্লে। ঙাইহাক কন্না শিংলম্লগা মুংশিং অদো তপথরক্লে। তোম্বা ভাব-মেন থরদি তারে। অদুবু নোং অমুক য়াওরক্লে। কন্না চুবিদ্রবদি ফথরনিদা, তোম্বনা থল্লকই। চরুথোক থাওদুনা লৈরবনি, অদুবু থবক অমা অমা তৌদুনা কৃপশিনবা ঙমদ্রি। নোং কন্না চুথরক্লবদি ইমুং অসি পূমতাও তাওবা তারে।

লাইরবনা হায়জবা লাইনা তাবিবা হৌনদে। ইথা থাজদনা নোং কন্না চুথরক্লে। হায়বগা তৌবগা অহোবা লৈরিবা ময়াম অদো 'ঐসু লৈ ঐসু লৈ' হায়দুনা চোংথোরক্লে। লৈজবা খুদেং, টিন ময়াম অদুনা অহানবদা য়াদুনা কন্না হোৎনরমই। মখুন য়ামশিল্লক্লবা অদুদদি মথোয়না থোকপা তৌরসন্থু হায়বগী মতাওম তূমিন্না ফমদুনা লৈরে! মচাশিংনা তুম্লিবা নাকন অদোমদা ঈশিং চেনশিল্লকপ্রা হায়দুনতদি য়েংই। পুং-থাইমুক কন্না চুরম্লগা নোং অদো থরা তপথথরে। থরা তপথবদু উরদুনা অনৌবী নাহে-নাহেনা হায়রকই, "নোং অদো থরা তপথখ্রবদি অমুক্কা থরা থুনা চৎলো।"

"নোং-মুংশিং মরক অসিদা নচা পোকত্রবদি পোকনিংঙাই মতম লৈথিত্রবনিনে !"। হায়রম্লগা মকোক-মমৈ খঙত্রবা তোম্বনা য়েম্পাক অদো থিজনা চৈ অমা পায়রগা থোঙ হাংদোকতুনা থোক্লক্লে।

তোম্বনা তোমাল মমাগা ইন্দোন চাউবীগা পুজনা লাকতুনা শুমাং-মতোন হেক য়োরকপদা অঙাং কপ্পগী মখোল অদো তারে।

অঙাং পোকপা অতুগী লাঙবা-খোংপা লোইরে হায়তনা তোমাল মমাগা ইন্দোন চাউবীগদা অতৈ অদো শিন্নরম্লগা মীশেন খাঙবা ঙম্লকত্রজনা তোম্বা নোংঙাল্লদাই অহুদা ফমুংদা কাখৎখরে। মহাক্না মীকপ থোক্লককতুনা হোৌগৎলকপদা মুমিৎ ফনা য়াম্না কাখৎলম্লে। মপানদা হেক থোক্লককপদা অঙাংশিং অজনা চরা রাম্নবা লৈতজনা কপ্পজনা লৈরম্বদো উরে। রা অমগা ঙাংঙমদনা তোম্বা' চুমত্রাং থোকখরে।

মুমিৎ মাংগোন-ময়ায়গী অহু-রাইদা ফো বোরা অমা পীক-থন্না পুরকতুনা মাংগোনগী দারি মপানদা থাদরে। তোমাল-মমানা হংঙকই, "কনাদগী ফোনো?"

তোম্বনা খুমকই, "খুড়া অহনজাউদগীনি।"

(১৯৬২ ইং)

## ৱায়েল

"কাইনথংদা থানাগী দরুগাবাবু অহু য়াবিরে। য়ামদে, লুপা য়াংথৈতনি।" সুমিদাং অসিদা য়াবু য়ারি।

চাউবা মিয়াম্ম ফরে হায়না থল্লে। মচাম্মুপীগী লুহোংবা অসিদা হীগায় শারিবা জামাল অসিবু অমুক্তং মথুং পুন্দুনা পুথংহল্লগা লোইরে। ডসি সুমিদাংমক থানা কুমদবা য়াদে। হয়েং ফাওবা ঙাইথরবদি মঙং অমা চাদবা তারে; ঈহিং নাহিং শাম্নবা তারে। দারুগা বাবু অহু অহানবদদি য়ারমদবনি। হয়েং অয়ুক কুম্মক্কে হায়রম্বনি। কালিমোহননা ঙাংনবিবদগী হৌজিক কুম্বা হায়বসি য়াবিরকলিবনি। তৌবগীদি থানাগা ঙাংনবিবগী মঙোন্দম্ম লুপা তরামুক্তি পীরিবনি। তৌবা ঙম্বা মীনি। "হে সত্য, জমালবু ময়ামগী মমাঙদা মথুং অনী অহু পুন্দুনা থানাদা পুথংলকপা ঙমত্রবদি কালিমোহন ঐ লৈথররোই," হায়না য়ামনা নাপলগা লোয়ননা ৱাশকথিবদো অরেম্বা নত্তে।

থানানা কোম্বোঙদা থুংলবা মতমদা সুমিদাংগী পূং ৮ তারে। লুহোংবা লাকপা কাঙবু অদো চাউবা মিয়াগী শুমাঙ অহুদা অমনা ঙাঙবা অমনা তাদা, ৱা ৱা লাউনহুনা লৈরমই। থরমনা ঙসি লুহোংদবা য়াদে, নমহুনা-হাহুনা ওইরবস্ম সুপী পুখিদবা য়াদে, হায়রকই।

থরা রাখল মুন্না তৌবা কাওবু অহনা হায়রমই "মনুঙদা রা অমা শোযদনা লৈরমগনি। মরম লৈতনা মীগী মচানুপী লুহোংবা থুগাইরবা তৌনদে।" ঈ থরা শাগৎলিবা কাওবুনা শোন্নরমই, "আলা কসম! ঐখোয়গী হিংগাৎতা ওইঙমলদনা!"

চৌকি অমমম পুখোক্লকতুনা থানাগী দারুগা বাবুগা কালিমোহনগা ফমহল্লে। লোয়নরক্লিবা পুলিস অনী অহুদনা মুরা অনী পীরে।

দারুগা বাবুনা রা হংহনা নোট থরা তৌগদৌবা তৌশিল্লে। 'তামন' অসিনা হিংগাৎতগনি, মমীংনা আবতুল আলী কৌই। লুহোংবা থুগাইরিবা মুপা অসিনা থুল অসিগীনি। চাউবগসু মরী মতা থোক্লে।

দারুগানা চাউবগী মচানুপী থম্বালবু মপান্দা পুথোরকউ হায়না হায়রকই। থম্বাল মরায়লুকথনা দারুগানা ফমলিবা অহুগী ওইরোমদা লাপতক তৌনা লেপলরে। দারুগাগী মীৎয়েংনা, খজিক্কুং য়েংবদা খংবনা হেনবা। থম্বালগী চহী ১৫।১৬ কী মথোৎ কারকপগী মীহৌ-নিংডাই ওইরবা শাওং-শাদা অদো দারুগাগী মীৎয়েংদা লোৎপা য়াদ্রে।

দারুগানা হায়রকই, "জামাল, আবতুলালী অহুগা মুপী মচা অসিসু থানাদা পুবা তারে। রাফম অসি অসিদা লোইশিনবা য়াররোই।"

পুলিস অনী অহুবুনা জামালবু লৌকনবা থাখরে।

দারুগাগী রাদো তাবদা থরা হৈ-শিংবা কাওবুনা মুরুম মুরুম শোন্নরকই, "তৌরক্লে, থানাগী হৌনবী পৈশা চারমদাইগী। ঐখোয়না ঙসাইনা থানা কৌরুসু হায়বদো হৌজিক করি শারেসে।"

চাউবগা থরা হৈ-শিংবা অহল অমগনা কালিমোহনবু কৌথোকতুনা মচী অমদা চিক্না রারী শান্নরকই। কালিমোহননা "ফরে 'হুদি ঐ দারুগাগা অমুক্তা ঙাংনহুনা য়েংগে" হায়হুনা দারুগাগী মনাক্তা চংখি। দারুগাগা করি করিনো রারী শান্নরুরগা হল্লকতুনা, চাউবদা হায়রৈ, "য়াদে, দারুগা বাবুনা লুপা লিশিং অমা পীরবসু ঙসিদি জামিন পীবা ঙমলোই হায়রি। হুয়েং নোংঙানদ্রিবা ফাওবা জামিনগী রা ঙাংনবা ঙমলোই হায়রি।"

চাউবনা হায়রকই, "যেংবিযু, বাবু ! মুপাগীদি করিস্ত লৈত্তে ; মুপীমচানা থানাদা কাবা হাযবসি ... ... ... ... অদুগী মথক্তা অহিংন... ...। যাম্নবদি কৈদোগে বাবুনা অমুক্তং চানবিদুনা ...... ।"

কালিমোহননা হায়রকই, "ঐস্ত মুপীমচা অসিগী ম্না অদো দারুগা বাবুদা হায়বর্বানি। অদুবু আইন হায়বসিদ'দ, দাকগানা তৌনিংবতা তোবা য়াদে। য়াগদবা উরবদি, ঐভোন্দা ঙসাইনা হাযফেৎতং ওইরবস্তু নিংশিংলগদবানি।"

ঙাইহাক লৈরগা পুলিস অনীদুনা জামালবু পুদুনা লাকলে।

জামালগা আবদুলালীগা পুলিস অনীদুগা লোযননা জীপকী মনীংগী সীট অদুদা ফমহল্লে। থম্বলবুনা মুপীমচানি বাগনি হায়দুনা দারুগা বাবুগা মাঙগী সীট অদুদা ফমহল্লে। জীপ অদুনা থরা চৎলল্লবা মতমদা দারুগা বাবুগী হকচাং অদু থম্বালগী হকচাংদা তৎতনা ঙাথু যেথুবা ওৌরল্লে। মশা অদুস্ত থরা থরা অস্রম নকাশিল্লক্লে। থম্বালগী থোংলবা হকচাং অদুদা থেংলুবা খুদিগী দারুগাগী হকচাংদা ময়ই কাবা হেনগংলকই। ইকাই ইকি কাউশিল্লবই। মুপীগী হকচাং হায়বসি মহৌশানা থোংকল্লি, মুপাগী মীহৌনিংঙাইনি। অদুবু থম্বালগী হকচাং অসিগুম্না থোংপা হকচাং কৈদৌউদস্তু থেংনাখিস্ত্রি। ঙসফাওবসিদা মহাক্না থেংনরক্লবা মুপী অসি যনা ৎযাম্লবানি।

থানা য়োবগা দারুগা বাবুনা পুলিস অমদা মনীংগী মাঙোললোমদা কৌশিল্লগা তুমিন্না হায়রকই. "মনীংগী তুরেল মপানগী শঙ অদো শংলিবা নত্রা ? ফমুং ফান্তং নিংথিনা শেম্নবা হরিচরণদা হায়যু। অদুগা নখোয়গী মেম সাহেবতা ঐ ঙাস লাক্লরোই, লুরনা কেশ অমদা চৎথরে হাযনা হায়রুচো।" পুলিস অদুনা ম্না হায়বা লোইরমাল্লে থন্দুনা চৎকে হেক তৌবদা অমুক্কস্তু হায়রকই, "অদুগা ; ঙাইখো, লিকলি অমত্তং পাক্টাদগী লৌরুচো।"

য়াথং পীবা লোইরগা দারুগা বাবু মহাক্কী ফমফমদা লাকতুনা ফম্লরে। মখোয় অহুম অতু মহাক্কী ফমফম অতুদগী থাপতক তৌনা লেপতুনা লেপ্লে। অমগা অমগা নকশিল্লদে! দারুগা বাবু চুরূপ অম চম্লে। চুরূপ অদো চিংলে হুযরগা ভাইচাক য়াথল তৌতুনা হংলকই; "হাই করি হায়রে, জানাল! নঙনা করিগীনো মীগী লুহোংবা থুগাই হায়বদি?"

"বাবু থম্বালগী মপা অসি ঐগীদি ইতোলশিং পোকই। মচান্নুপী পীগনি হায়তুনা ঐত্তোন্দগী মচিং মচিং তৌতুনা লুপা লিশিং অমা শুরে লৌজিলখিবা মচ নুপীসু ঐত্তেন্দা রায় লৈরিবনি। মপানা শেল পামজগরতুনা তুমিন্না নুপা অমদা পীজিল্লম্বা অসিদা ঐগী তৌফম থোকপা অতু তৌজবনি।"

দারুগা বাবুনা অরেম্বদা মতম মাঙহন্দুনা কান্নাদ থন্দুনা আবতলাদদ অমুক হাংডকই, "হই, অতুগা নত্রদি মী অতোপ্পা অমদা নুজংবা নুপী অসি কর্রগীদমক লৌনবা তেংনরুরি?"

"হয়ে, দারুগা বাবু মতু থদলম্লবদি ঐ কোদোনা যেসাদ অসিদা চংজল্লুগ ন? ঐদ করিমক থদপোৎনদ্রে ঐখোযগী পাবগা মখোযগী পাবাগা য়াম্লতুনা তৌজিলখিবনি। পাবানা নংকত লুপা লিশিং অমগা চানপী হয। পাবন জবান তৌজল্লুবগী ঐসু বদাংনে থনবনি বনু।"

দারুগা বাবুন হায়রকই, "যবে রযেং অমুক য়া হংখিগান!" অতুদগী লৈরব পুলিস অতুদা য়েতুন হায়রকই, "য়েংঙু মখোয় অনিসি 'লোক অপ' মতুংদা পুশিল্লু।"

হায়বগা থীনবা তৌদনা পুশিস অতুনা মখোয় অনীমক 'লোক-অপ' মতুংদা হোইজিনখরে। মপানলোমদগী শো পানশিনব লোইরগ দারুগা বাবুনা থম্বালদা যেংতুনা হায়রকই, "চৎসি, নঙুন্না তুরেল খোংবানগী নুপীগী লোকাপতা।"

 

ছায়রগা দাকুগা বাদুনা মপান্দা থোকখরে। থম্বালম্ম তপনা তপনা মতু ইম্নখরে।

মখোয়না থোকখিবা অদো জামালগা আবদুল্লালীগনা মমীং কুপতনা মুম্না য়েংহনা লৈহৌই।

মথায়গী মতৌ অহু উবদা পুলিস অহুনা থাইনা পীকলিঙ্ডেদা, তমখিবা য়োংনা হৌদোং অনী থংনবগী তল য়েনবিবগী ব্লারী অদো নীংশিংলকই।

( ১৯৬৩ ইং )

## কামধেনু

ঙসিদি অঙাং ময়'মগী পরীক্ষা হাযদে ক্লে। অঙাং অহুম্মক পাশ তৌরে। বিমলানা ক্লাস না'ইনদা, নন্দকুমা'রনা ক্লাস সেভেনদ', প্রমিলানা ক্লাস ফাইপতা কাবে। অঙাং অহুম অহুনা যাম্ন হরা'ওনা চেল্লকতুনা মমাগা মপাগদা পাউ তৌম্রে। নবকুমা'রগী'দি হাযদোকপা হপ্তা মুক ফারে। মহাক্সু হন্দক এল-এ পাশ তৌজরে। খ্বাঙগী ইতোন তোনবী অমলাস্ল হন্দক অহুমশুবা পায়গদোরিবনি। মরাইবক ফবী মমা-মপা হাযবহুনি। ইবেতোম্বীনা লৈকাই মচেম-মনম্মশিংদা হরাও-হরাওনা মচাশিংগী ব্রারী শাজরুই। থাইদেমদস্তু লং চারবা মশা লৌবা চংপদা ভাইহাক ফমহুনা মচাশিংগী বাসি শারম্বা কাউরমদে। হল্লকপদা যুমথংনরিবা মধুমতীগা মখোযগী শুমাং মতোনদা হেক ওক্লে। মচাল্লপা অমতং য়াওজবদো ওজাশিংনা ফেল ওইহনবিরক্লে হায়হুনা মধুমতী ইশুক শুকতোকতুনা মচীন পোরোক শোন্দুনা লৈরম্মি। ভাংডবদো কনাদনোদি থঙদে। ইবেতোম্বীবু হেক উবদা হায়রকই, নখোয়গীদি লোইনা পাশ তৌরক্লে হায়য়ে। সুঙায়থরিনিদকো। ঐখোয়গীদি কৈদৌনি। কুমশিগা চহী অনী শুরে। অহুবুনে চহীচুপ্পা প্রাইভেত হায়বদো তোকপা পোং নত্তে। পৈশাতা তিংহুনা তোক্লে। ঐখোয়গীদি ওইরোইয়ে। নখোয়গীদি তাদখোয়না হৈ-শিংবনিনা মতম

লৈরিবৈদ ওঝাশিংদা হায়জ চৎচকইদো ! ঐথোয়গীদি চৎলুচো হায়ববু নাচুংবিদে। কুমশিদি ইশগুন হোংদোকহনদবা য়াদরে। মসিগী ইশগুন অসিদা তম্লবদি অঙাং মাঙবা তারে। অসুক শাথিনা মীচং-মীথাই নাইবা ইশগুনংসিবু।

তাঙ্গা অহুদা লৈকাইগী মপু মশক থওদবা হোদোং অমুবী অহু লাক্লমগ্রবাদি মবুমতীগী মচীন অদো লেপাখিরোইদবনি। হোদোং অহুনা ভ্যাউ ভ্যা উ খোংহুনা নখোযগী শুমাং ময়াযদা শমহুনা থো ইশা-শাদনা হেক চৎপত্ত মহাক্কী অশাউবী হায়বদো লোইখরে। মাঙোন্দা করেমনবগুম থোকখবে। ভসাইমথৈ ফুদোকনিভাই লৈতহুনা ওমশিন্দুনা লৈরম্বা অশাউবা ময়াম অদো হোদোংলোমদা ফুজিনখরে। 'ইশগুন' চেরম্বদগী শৎ লেথোকহুনা শাউনা হায়বকই, মাসিগী হোদোংসিতা হাৎলগা লোইরে। মহ অমঙ্গলনি। মীনা পরীক্ষা থাবা চংলমদাইদা ম্লংনিং চেক খুদিংগী ভ্যাউ ভ্যাউ হেক তৌররহুনা। হায়না হায়না শুমাং নতোনদা ফোদোকলিবা শীং ময়াম অহুদগী শীঙবাক অমা ভাপ পায়হুনা হোদোং অহু তম্না নচাবু পরীক্ষা ফেল ওইহনবগী লমন থুম্লনবা মপাঙ্গল থানা লংঙকই। ময়াল লৈতহুনা তৌবনরা, হোদোং অহু মতু নামা শোক্রুনা চেনখরে। শীংঙবাক অহুদি লেম্না মাঙথিদরে। মাঙ্গোল মচীগী চেবল মথক্কা মচানুপানা শম হাৎলম্বগী লৈরিবা মিংশেল অহুদা পানহুনা মিংশেল অহু পুংতোই তোইরে। মধুমতীনা মকান্থ হোন। হোদোং অদো তানারিভৈ অহুদা নোর্কানংবনা থাঙবা ভমদহুনা হবেতোম্বৈন্ত লাক্রে।

নুমিদাং ব্রজমাননা মযুনদা হঞ্জিল্লকপদা মচা ময়াম্না পুয়োম য়োমশিনখরে। প্রমিলানা হায়রকই, পাবো পরীক্ষা পাশ তৌরগা সেগুল ফজবা লৈবিগনি হায়বদো লৈবিরো। মরৈ লোমকক লোমকক তৌহুনা নবকুমারনা হায়বকই, উং উং ঐগী হা-হা হায়-দোক-পনা হা-হাল্লি। ঐগী হাম্না লৈ-লৈগনি। নবকুমারনা খরা অহনলিনা অহন ওইবগী হোনবা মযাম অদো লাউহৎতুন হায়রকই; হাইৎ নখোয় পুম্নমক তোকথো ঐগী খোংগ্রাউ-ফুবিৎ হাম্না তুথিগদৌরিবনি।

খ্বাইগী ইতোন তোনবী অমলাদি নুমিৎ তাবগা ভুমখরে। তুম্নমন্ত্রবদি মহাকপু ময়ামগী আন্দোলন অসিদা য়াওরমগদবনি। খ্বাইগী অহন বিমলানা মমাগা চাক থোংবগী লৌতানদুনা মচীন ইপোম-পোংথোকতুনা চাকশাংদা চাক থোংদুনা লৈরি। মমানা মাঙ্গোন্দা ফি শারি।

মপানা, হোয় হোয় লৈবিনি নখোয় পুন্নমক্কী লোইনা লৈবিনি; হায়দুনা মচাশিং অদুগী মপাক্কুং হুরাওহল্লে। প্রমিলানা হায়রকই, ঐগীদি য়াম্না ফজবা ইচেগী অসিগুম্বা।

নবকুমারনা হায়রকই, ক-ক-কারি নুমিৎ লৈবিগদৌরিবনো?

পৈশা লৈবা নুমিৎ অদুদা হেক্তা লৌবিগনি।

অ-অ অদুদি কারি নুমিৎ পৈ-পৈ পৈশা লৈগদৌরিবনো?

ইমাইপেমা, পৈশাবু লৈরু হায়বা নুমিৎ অদুদা লৈবদুম-ভাইদনা ইচাসিদি।

অ-অদুদি থ-থ-থরা থুনা লৈহল্লো।

হোয়, হোয়, লৈহনগে। মপানা নোক্না নোক্না হায়রকই।

চাক-ঈশিং চানা-থক্নবা লোইদুনা অভাং ময়াম অদু তুম্নখরে। বিমলাদি তুমাদ্রে। মহাক্কী ফমুং মথক অদুদা লোংথাক লোংনা হীপতুনা 'ঈরা'গী চন্দক্কী চেফোংগী নুভাইবা রারী অমা প্যারে। মপাগা মমাগনা মাঙ্গোন্দা হৈচেক শার্গে।

ভসাইমশৈ রা অমত্তা ভাংনরমদে। হবেতোম্বীনা রা হোদোরকই, মধুমতীখোয়গী মচানুপা অদো ফেল ওইরমাল্লে। ভসাই কারনো কুম্মে অমা থোকখরে। ঐদি নোকনিংবনা শিরমদোরে।

নংদি নোকপগা চংভিবোইরে। ঐদি পাখৎলে। কারনো হৌজিক তৌগদৌরিবা অসিবু? পাশ তৌরমদবনা হেন্না ফরমগনি। ময়াম অসিগী লাইরিক লাইশু লৈ-খোৎপগী খল্লুবদা ঐদি কোকচাউবী কারে। লুপা য়াংথৈ-তুমফুনা শিনবা ওক্নদৌরিবরা? অসোমদনা খাজনানু তারিক হেনাখদোরে।

ঐনু খল্লিবনি; মমানা হায়রকই। ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই, থওদেনে বিমলাবু কুমাস'সিতং তোকহনবনা ফগদ্রা? কুমসি অসিতং তোকহল্লগা নোংমৈ অমুক —।

ৱা লোইফাৎত্রিভৈদা মপানা শাউরপ তৌনা হায়রকই, তানিংদ্রেদা। চৎনরৱোইদবা ৱা ঙাক্তা ঙাংলহুনা অদুদগী ৱা অতৈ শাংথরম্বা তৌদনা ইমুংদা অতুম চঙখরে।

ফমুংদা কাখৎলগা মমীং উইশিল্লবস্তু তুম্বা ঙমদ্রে। ফনা কন্না লাক্নৈ. য়াদ্রে। মকোক ইশা-শাগৎখরে। য়ূম পানবগী অরাবা হায়বদো অসি মঙাইরে। অমুক য়াম্নস্তু ৱারোইদৌবনি, কুঞ্জমনি অহুনা খরা খরতং ওইরবস্তু মতেং পাংলক্লবদি। মহাকস্তু তৌবিমল কাউখরে। ময়াম্বনা অদুক ৱানা লাইরিক তমহনখিবদো মহাক নোংমতা ফাওবা নীংশিংখিদ্রে। ঐস্তু হায়রোই। ঐনা তৌখিবা লেম্না মাঙবা হৌনদে। অদুবু হৌজিক করিনো তৌগদৌরিবা? মমানা হায়রিবা অসিনা ফগদ্রা? বিমলাবু তোকহনবা! পরীক্ষা ঙম্না ঙম্না তোকহনবা? মীগী মচানা পাশতং তৌরক্লবদি হায়হুনা লাই খুরম্মী, ঐগীনা —! হুম, চরা হেল্লবস্তু ঐ ঙম্লোই। অদুদি করিনো তৌগদবা? কদায়-দগীনো অমুক য়াম্বা শেন অসি ঐনা পুথোক্কদৌরিবা? মমাগী লীক -কোন য়োল্লবদি —? মহুস্তু নাচোমগা লীকচোই-থাংজিক্তগা ঙায়রে। মহুবু ঐনা করম্না য়োল্লসি হায়গনি! হয়েং কুম্মৈ ফিওং অমত্তং থোক্লকপদা কদায়দগী শিগনি। খনফম খঙদ্রে। অসোমদা তুম্বস্তু য়াদ্রে। অহিঙ নোংয়াই মতুং ওইরক্লে। কাইখংদা যণ যণবী অমা লৈরিবদো নীংশিংলক্লে। উপায় হায়ববু অসিমতা মঙাইরে। অদুবু বিমলা মমানা য়ারক্কদরা? মহাক্না অউন-যণনি হায়বগীতস্তু নত্তে! ধার নালা ফখরবা! চহী হেক খুদিংগী মচা পোক্লিবনি। খল্লা খল্লা করম্বা মতমদা তুমথখিবনো খঙহৌদ্রে।

নোংঙাল্লগা অয়ুক চা থকপা মতমদা বিমলা মমাদা ৱা অদো হৌদোকই। ইবেতোম্বীনা য়ানিংদবগী মওং উৎলি, হায়রকই, যণ অসি য়োন্দহুনা অতৈ করিনো'মা য়েংসি। ঐদি য়োম্নিংদে। ইমাগী অউন-যণগী ধারানি। ইমানা হায়রকপদো কাউদ্রি, ইবেম্মা, যণ হায়ব'সিদি মচাক-মরন শন্দোকহল্লি হায়হুনা যণ কৌরিবনি; উল্লি-

বসি 'কামধেনু'নিকো ; নথোয়বু মত্তেঙ পাঙ্গদৌরিবনি ; লোইবা রাযকা হায়তুনা য়োল লাকপা তৌগন্নকো। যণনা যাম্না লৈরগদি ফবা। যণবী হায়বদো মসিতমক ঙাইবে। মচা-মগুম অতৈ লৈরম্লগম্ব ফবা। মতুম্ব লোইনা য়োস্তোকখরে। হয়েং তুংদা মসিগী দারা অমুক থিবা ফংলরোইদবা পোৎনি।

ব্রজমণিনা হায়রকই, ঐসু খল্লিবনি। মতুবুদি লৈবা পোৎ নত্তেদা। অতুমকপু হয়েং মচা পোক্লগা অমোম অমতং পীদবা য়াদে হায়রগা লোইরে।

ইবেতোম্বীসু, হোয় কমদৌনি, য়াতা য়াদ্রগা খন্নবা হায়বতুনি, হাযতুনা রাফম অদো অত্তরাইদা লোইশিল্লে। মপূর্ক্লংদদি যণ য়োনবগী রাফম অসি চিংশিনবা সুকত্তম ঙমদ্রে।

যণ য়োনবগী রা অ'স হৌদোকল্লুবদগী ইবেতোম্বী চিন্তানা ফুম্বংলখরে। অযুক্কী চাক্লেন ফাওবা তত-তানা চাবা ঙমদ্রে। চুম্নগী যণ অমা ওইরম্লবাদি অম্নক য়াম্নম্ব খল্লোকদবানি। অতুবু যণ আসগা কোম্লনা মখোয়গী অন্না-মুওাইগী ইতিহাস কযা লৈখরবা! মপাম লমদমগীনি। মরোল থোক্তবা শা-মক ওইরবম্ব মফম অমতুদা হৌমিন-চামিম্লরাক্লবান প্রমিলা পোকপা মতমদা মচাক্লা মশা ফদতুনা লৈবা মতমদা যণবী অসিনা নচাবু য়োকাখবনি, মচা কযাম্ন য়োনখরবা। শঙোমতনম্ব মী অতৈ অতৈ ওইরবাদি য়োনতুনা পৈশা ফনা য়ামনা শাবা য়ারবনি। পোকতবদি নত্তে। হাক্কুম অমনা মচা কৈনা লাকাখবা হাকুম্না নাতুনা শিখিবা।

ইবেতোম্বীগী যণ য়োম্লিংদবাস উতুনা লাইনা চানবিরক্লবা মাল্লে। মুমিদাং মপানা হল্লক্লগা চাক চানা চানা হায়রকই, যণ অসি য়োন্দ্রবম্ব য়াবা য়ারে। শেন য়াংখৈ অমা হুমফু অমা থোক্কদবা মফম অমা লৈরে। য়ুম্নামগী মধুগা জিরিদা চৎলুবা তারি। য়াংখৈ হুমফু অতুমা থোক্লক্লবদি যণ য়োন্দ্রবম্ব য়ারনি। খরা অরাৎপা অতুদি তুংগী তুংগী থোকপা লাকচনি।

ফরেদা ওন্থোক্লা ! হুড়াইরেদা ! যণ য়োনশি হায়বত্তুদা ঐদি ক'রিমতা ভাব-মেন তাকত্রবানি। লাই হায়বাস লৈতবনি নত্তবোইরে।

নোংঙাল্লগা ব্রজমণি জিরিদা চৎথরে। লুমিং তরানিরোম লৈরকপা য়াই হায়তুনা হায়রম্মি।

যণ য়োল্লরোই হায়বতুদা ইবেতোম্বী মপুক্লং হরাওজরে। মকথরুরবা মায়থোং অতু অমুক ভাহোরক্লে। রা ভাংবদা নোকপা চংঙে। মতো-তা অমুক্তা রাখলগী দালাঙ্গ শাজরকই। কুইত্রে, রারে হায়বদা চহী অনীতা মঙায়বে। বিমলানা মেত্রিক পাশ তৌরবদি থবক মচা অমদি শোয়দনা ফংজরনি। মশাগী হোৎনবগা লোয়ননা মচীন-মোপরাশিংগীসু থরা থরা য়েংশিল্লকপা ভমগনি। মপাগী অরাবসু থরা কোক্লান। য়েংহৈদ্রে মপাগী শকতম অসি। লোইরে শরু-শরাং ভাক্তা ভায়রে। বিমলানা মেত্রিক অসিতা লোইরবদি মচা পুন্নমক ইরা-রাদনা লাইরিক তম্বা ভম্লনি।

অস্তম তৌতুনা নুঙাই হুড়াইবা রাখলদা অনৌ অনৌবা আশাদা লুমিং তরানি হৌখিবা থডহৌদে। মাস হৌনশানি, হুড়াইরবদি মতম য়াম্না তোল্লি, হৌখিবা থডহৌদে; রারগাতনি মতম্না লোইবা নাইড্রিবা। তরানি শুবা ইরাই লুমিং অতুদা হল্লকদ্রা থনবান। অঙ্গুম হল্লকত্রে। থাংজা অতুদসু লাকত্রে। ইবেতোম্বীগী মপুক্লিং থোইরাঙ হৌই। লুপা হায়বা আসনা চৎথোকথরবদা ময়ুমদা হাঞ্জল্লকনি থডদে। য়ুমদা লৈহৌরবা ভারস্তার ময়াম অসি লোইনা কাউথোকতুনা কয়া হুড়াইনা লৈথোকথরবনো ! তৌগদৌবা থবাক্তি নহান্না লোইরারনি।

ঙসি হল্লকদ্রা, হয়েং হল্লকদ্রা তৌতুনা পা মথায় অমা ফাজিল্লক্লে। মচাশিংনা লাইরিকী লিষ্ট পুরকতুনা লাইরিক লৈবিরো হায়তুনা থোবা হৌরক্লে। মীগী মচাশিংগীদি লৈতুনা লোইনখরে। ওজাশিংনসু লাইরিক থুনা লৈরো তম্বা হৌরনি হায়রক্লে। স্কুলদা লাইরিক পূরক্তে হায়তুনা ওজানা চৈবা-ফুবসু য়াওশিল্লক্লে। অতোপ্পা স্কুলদা মীং চনগদৌবা মচাশিংনা মমান্নবা পুন্নমক মীং চন্নতুনা লোইখরে হায়তুনা কপ্পনে লাউবনে

তৌরক্লে। মমা অদো তৌকম থওগ্রে। মপাস্থ লাকপা লৈখিগ্রে। লাকমগ্রবগ্ৰদা ইবেতোম্বীগী মবুক্লিংদা নত্ত-নত্তবা খল্লক্রবা ওয়্নকগ্রে। করিবু করি তৌরবা? অনা-য়েকপু তৌহ্নুনা লৈরবরা? নত্রগা শেন অহু থোক্তহ্নুনা লৈখরবা জাৎলা? কনাদা হংলগা থওগনি। কনাদা পাউ পীখিগনি।

কুননি শুবা মুমিৎ অহুদা লাইনা কুখিরক্লমাল্লে, মপা থুংলরে। ময়াং থরা কংগুম লাককুম তৌই। ইবেতোম্বীগী রাখলনরা অহুদি থওদে।

ইবেতোম্বীনা হংজি, করি তৌরুরে অস্থক কুইরক্লিবা? নয়াংস্থ ইকং কংলে।

ব্রজমণিনা খুম্মকই, করিস্থ তৌরুদে থবক অদো পাংথোক্লবা লাক্লবদা কোইচেন চেনবদা তৌরিবনি। থবকস্থ ওইরকগ্রে। কিরাণীগা থানাগনস্থ শেন চাগদবগী'সিনা মখোয়'সিদি শয়্ইবা পোৎ নত্তে।

অহুদি করম তৌগদৌরি? অভাংশনদি লাইরিক লৈবিরো মীং চনবিরো হায়হুনা কপ্পনে লাউবনে অমুক্তবা লোইরে। ঐদি জ্ঞান -মেন তাগ্রে।

করমদি তৌনি! তৌদবা য়ারিবরদো। যণ মপী অসি য়োনবা তারেদনা। ফালিরবোনগী অহন অমা হয়েং অয়ুক য়েংবা লাক্লনি হায়হৌবনি।

ইবেতোম্বী স্বাই লাউই। রা ভাংবা থোক্তে।

নোংগাল্লগা অয়ুক ওস্তা ফালিরবোনগী অহন হায়বদো লাক্লে। যণ অদো পায়হ্নুনা খোৎতুনা য়েংলে। অহন ওইরবস্থ মচা অনি অহুম্মুক্তি পোকখিবা য়ারি। যণ জাৎ অফবনিনা য়েংবদা হেক্তা পাম্লে। অহন অহুনা যণ য়েংবা লোইরবহুদা ইবেতোম্বীনা, কামধেনুনি কামধেনু. হায়হুনা মশা অহু নাল্ল-নাল্লহুনা যঙ্গোন্দগী থাদোকপীরে।

অহন অহুস্থ মমল থোইনা তিক্লদরে। রাহৈ অম-নি হায়নরগা লুপা চামদগী মত্তা তাবদা লোইমরে। অহুগা হুয়েংমক যণ লোবা

লাক্কনি হায়নচুনা রা লোইশিন্নরে। অহন অচুনা চৎলমদাই ফাওবা ব্রজমণিনা হয়েং মচা অমোম অমত্তংদি থাইবিরক্কবা য়াদে হায়চুনা হন্না হন্না হায়জখি।

মুমিদাংরাইরম যঙ্গোনদা যণ পুনগে হায়চুনা চঙবদা ইবেতোম্বীনা ব্রজমণিদা ইপা-পাখৎপগুম তৌচুনা কৌরকই, অা ... ... অমুক্কা চেল্লকউ-ও, থুনা অমুক্কা য়েংঙোনে তৌরিসে।

ব্রজমণিনা খোঙথাং থরা থুনা থাংচুনা লাক্লগা হায়রকই, ইমাইপেম্মা, করিগী মীকৌ-লাকৌনো। ঐদি লাই-তীল ওক্লরবোই নীংঙুরে।

নত্তেনে, তৌরিবসে য়েংঙুনে। যণ অসিবু ইতুক তুকথৈনে। মশা অচু নাল্ল-নাল্লচুনা হায়রকই, য়েংঙুনে, মশা অসিমু ইশা-শাই।

ইমাইপেমা, নংনা হেক রাথল ফরচুনা। ইফ-ফবা করিমু তৌদবা যণ অসিবু নংনা হেক নাহল্লি।

ঐগী রাথলনা নত্তেয়ে। য়েংঙুনে শগুপ শায়বরা হায়চনা। মচীনদগী মতীন জোরো জোরো শিন্থরিবসে।

ব্রজমণিনা চংশিল্লকতুনা মশা অচু পায়চুনা য়েংঙি। বিমলা-মমানা হায়রিবাস চুম্বরা খল্লকই। মশা অদো শা-গুম-লাকুম তৌই। হায়গুম্লচুনা মশা অচু ইতুক তুকথবগুমমু তৌই।

ব্রজমণি হংঙকইনা, অচুদি করম তৌগনি?

খেংমাইজমগী ইপু থরোখোমম্বা অমুক্কা কৌচুনা য়েংহনবনা ফগদ্রা?

ফরে'হ্রাদ ঐ ইপু থরোখোম্বা কৌরুখিগে। নং শজিক অনৌবা থরা থিচুনা চাবরা য়েংঙম্মু।

পুংমুক মতুংদা খেংমাইজম-মাইবা পুচুনা ব্রজমণি হল্লক্লে। মাইবনা যণ অদো তাপ হেক পায়বগা হায়রকই, উম, মসিদি লাই ওক্লব-নিদনা। মাইস্নামগী চৌংগোনদা লাই অমুবী ফৎখিদ্রবী অমা লৈরিবনি। শহুমতা ফংবদা হিংবা লাকপা পোৎ নত্তে। কুইথখরবদি ফংলোই।

ইবেতোম্বীনা হংঙকই, ইপু 'চুদি করি তৌরগা ফগনি।

লাই অসিগী চাকথা পীবা তারে। য়েল্লিং অমা থায়গা মরাইনা ফজ্জখিগনি। হয়েং অয়ুক হেক্কা থীং থীং লাউগনি। য়েন অমা

নকুবো। অদুগা যঙ্গোননী ঈরাদা থেংদুনা ওন্নবা ঈন শেংগাইবা নাচেং অমগা লাংঙোল অথেকপা অমগা থিকপো। থনা থুনা তৌ। থবক য়াম্না চেনখৎরবা পোংন। মীগী পূক শুবমুক চংকদোরিবান।

থিনবা তৌদনা ব্রজমাণনা পাঙনদগী যেন খবা চংখবে। অহন অদুনা মাঙ্গেন্দা থারবা চোকি অদুদা যল্লদুনা হিদাক চিংলদুনা লেহোরে।

পুংথাইমুক মতুংদা য়েন-নচা অমা পুদুনা ব্রজমণি হল্লক্লে। মাহবা অদুনা চেংনে যোনে থোঙাদংনে তৌদুনা লূকমাই অমদা যেন অদু খাপ্না সরোক য়াংমদা থাদোকলুরে। হল্লক্লগা যণ অদুদা মন্ত্র মন্ত্রমলক কম্না কম্না কাম্লে। লাইমু অদো অমুক হন্না চঙক্লনবা হায়দুনা ঈন-মচেং অদুগা লাঙ্গোল অদুগা তুনদাং-উরাদা থেংচিল্লে। অদুদগী য়াম্না থাজহনবগী লোয়ননা ঙাযবকই, ফরনি। কারি থোই-দোকপা তৌররোই। হযেং অযুক শোযদনা ফরনি।

অহল অদুনা চংখরবা মতুংদা ঙ্গানিদাংগী পুং ১১ যাওবা মতৈ মনাও যণ অদু লাকদুনা লৈরে। তনামথোঙ্গ তাবগী খরা মতুংদা যণ অদো খরা ফংদোবা মতৌ মাল্লক্লে। নশাঙ্গ শরা হুংখরক্লে। থাদোকপা য়ারমাল্লে খন্দুনা মথেং গনী হমুংদ চংডক্লে।

ব্রজমাণদি চঙগী ঙাইহাক লৈবগা তুমথখল্লে ইবেতোম্বীদি তুম্বা য়াদদুনা ফনা কুইনা ওন-থোইদুনা লৈরে। অদুদগী করম্বা মতমদা তুমথখিবা খঙহৌদে।

নোংঙানফ দানফুং তৌরকপগী অতরাইদা ঙ্গপীনা তেথা-নাওইদুনা কম্লগী খোঞ্জেল তানা তাবদা ব্রজমণিগী মীকপ খংথোক থোক্লকই। ফুক হৌগৎলুনা ফমুংদগী হেক কুমথবদা লৈকাইগী হৌদোং অমুবী অদো থোংজিন্দা হেক শমদুনা চেনখি। মতক খো ইশা-শাদনা ব্রজমণি মপান্দা থোক্লকই। কপ্লম্লিবদো ইবেতোম্বীন মথোয়গী যঙ্গোন্দনি। থোকলিবা থৌদোক অদু ব্রজমনি ভাব তারে। যঙ্গোনলোমদা প্রপ প্রপ চঙশিল্লে। উরে, ইবেতোম্বীনা লেং-লাকত্রবা যণ অদুবু কোল্লে হায়রগা ও-খোংনা কপ্লিবদো।

(১৯৬০ ইং)

## ৺ৱারী ইদবগী ৱারী

ছুটিগী হুমিৎনি হাযদুনা ঐস্থ অযুক ওস্তাদগী ফম্বনি ৱারী অদো লোইশিনগে হায়বা রাখল চপ য়ুংনা খনদুনা। ঐস্থ ইকাইবে নহাক্না উম্নগদোবা। ফনা কুইরক্লে ঐহাকপু নহাক্কী 'ঈচেল'গীদমক ৱারী অমত্তু' ইরক্কবা যাদে হাযদুনা হায়রক্লিবসি। ঐস্থ ইরক্কনি হায়দুনা নত্তোন্দা য়াথোকখ্রবনি।

ছাত্র ওইরিবৈদগী ঐস্থ ৱারী হায়বসি যনা মইথবনি। নহাকস্থ গাহৌরিবনি। কলেজ মেগাজিনদা অম'নীতং ফোঙথিবা অদুদা অপানবস্থ য়াওথিবনি। কলম থাদোকপা মতম কুইশিল্লক্রবনিনা ঐস্থ থৌনা থোইনদি য়াওদ্রবনি। অদুদা নহাক্না হায়মনবগী কদ য়নো হায়দুনা য়াক্রবনি।

থায়নদি কলম মচীনস্থ ফনা য়াওনা চৎলম্মি। হন্দক্তি মতম কুইনা কায়নরুবা মতুংদা মহাকপু নীংশিংলুবসিদদি মহাকস্থ মপৃক্লিং হুংশিরমাল্লে, চৎলু হায়বা থোইনা য়াদ্রে। হুমিৎ নীনি-হুম্নি শুজিল্লক্রবনি নমদুনা হাদুনা লাক্লরক্লিবসি। ককথোক্ক-ককশিনগা তৌদুনা' ইরিবা লমায় থরা অদো য়োংনা থোংলম্বদৌনা তৌরে। তঙ-তানা লিরী নাইনা ফম্বা ওম্নগস্থ থরা ফগদোবা। ভাইহাক কাংদনা হৌগৎকা হৌজিনগা তৌবসিনস্থ ঐগী মহা-হীগায় হায়বদো ওইরে। অয়ুক নোং ফুং হেক্ক

ঙানবদগী চীন-য়া শেংদোকতুনা ফম্বনি। অদুদগী হৌগৎতুনা ইরম্ববদি লোইশিনবা য়ারবনি। অদুবু হায়দোক্লগদি ফজখিদ্রবা, মমা ওইবী হায়বাসনা মওং চাদ্রবদা ওম্মেক্লা লুখরে। খরা চাউবা অঙাং অহুমখক লৌরবাস ঐঙোন্দতা য়েৎথ্রবনিদো, মমাদা চংখিদ্রবা। অযুক্কী চারা ম নবদা ঐ য়াঙদবা য়াদে। নোংমতগী নত্তে, সুমিৎ থুদিংগীনি। অদুনা পরেং খরা ইরগা হৌগৎতুনা অঙাং অহুম্মক মমায় মমীৎ ত থোকপিদুনা চরা য়ালহল্লুরে। মখোয় ময়াম্বু শাল্লবা থাদোকখ্রগা অমুক ফম্লে। অদুবু কুইনা ফম্বা ঙমহোদে। চগী ফাদ্রবা অঙাং অতেম্বা অদু অমুক মকাম্থ হৌনা কপ্পা হৌরক্লে। ঐসু ফনা কুইনা থাঙনবা লাক্লে। কাইনথ দা য়ারকত্রদুনা চঙদুনা ফমুংদগী অঙাং অদো লৌখৎলুরে। কপ্পদা মখোইদো থিংলম্মল্লে থম্বা সুকয়া য়াখিদ্রে। মেমচাদা শিন্নগে হায়দুনা মহাক্না লাইরিক পারিবা কা অদোমদা চঙশিল্লে।

"মেমচা, মেমচা, অঙাং অসী ঙাইহাক্তা লৌসে।"

"ঐ অঙ্ক হোৎলি. ঙমখিরোই।" মেমচাসু ঐঙোন্দা কো-ওপরেশন পীরকত্রে।

"ননম্মদি?"

তোতি মখোংদা চেঙ্গী লুহোরিবনি।"

হেক কারকপগী আশা লৈতে, য়ামদ্রবদা পুংমুকতি ঙাইবা তারে। ফনাদবু তাইনরুগনি? ইবাইবক্কীনি। কলমগী য়াখল থাদোকতুনা অঙাং অদুগা শান্নদুনা লৈরে।

মমানা কাখৎলক্লগা অঙাং অদু শিন্নখরে। অমুক টেবল মনাক্তা থদুনা ফম্লে। হন্দক্তি য়ামশিল্লকতরে। লমায় অনীমুকতা লোইশিনবা য়ারগনি। য়ারীগী ক্লাইমেক্স য়ৌরক্লে। করম হায়না লোইশিল্লগা লজগদৌবা মদুতা লাম্বা ফংলগদি লোইরে। পল্লিবা মতাং অসী চা কাপ মমত্তং ফংলগদি শেংদোকপা য়াবসু য়াই থন্দুনা ইমুংলোমদা মায় ওনশিল্লে।

"নখোয়গী চা অদুবু লোইবা নাইখিদ্রেদা! সুমিৎ য়ুংঙমদাইদা পীথকতুনা তৌরিবসিবু!"

"আ—লোইছবে লোইজবে। ময়ামগী নংনবা হোৎনজ'রয়ে। অমুক ঙম্ত্তা ভুম্বা হেক হৌগৎপদগী শিদৌমথৈ হোৎনরম্লিবসি কনানম্ভ উবিদবনি। ঙাংগদৌগী মী পূম্নমক। ঙমজত্রে। হযেংথৈদ যুমদা চা-কা থকপিরম্ভ। হোটেলদা কন মতা রায়ামদনা তৌবিরুরো।"

মহাক্কী আসগুম্বা রাচাং শাঙাং অসী মহৌশাগী মহৌশা ওইশিল্লক্রম্বনা ঐ থোইনা থোশারুত্রে তুমিন্না চঙম্বনা চা অদু লৌরুরে। থক্কে হায়রম্বনা হেক তৌবদ নুপামচা য়াইমদো নোং-খাকপগুম থাকতুনা লাক্লে। ময়াম্বনা তৌরকপা ওইরমগনি হায়বা থঙলে। কপ্লগা মথোয়গী কুমিৎ খুদংগী চঙফম মপাদা চ ঙক্লে।

"লাউ লাউ, চা থকসি লাউ," হায়রম্বনা কৌশিনম্বনা ইনাক্তা ফমহল্লে। মপি মরাং তৈথোকপিরম্বনা থোম্বরে।

"হাই, ইবুংঙোযাইমগী কাপ অমত্তং পীবকউসে।"

"সে সে লৌরোসে ঐ খুৎ থাদোকপা যাত্রে।" ইমুংলোমদগী খুম্নকই।

এঙোন্দা মতারে। হৌগৎতুনা কাপ অমা ইমুংদগী লৌরুরে।

চা থকপা লোইরগা অঙ অদু অমুক শাম্নবা চৎখরে। ঐম্ভ মথং অমুক চৎখরগে হাযম্বনা কলম পাযখৎলে। অদুবু কলম অদু হেক পায়খৎপদা কোকচাউবা কাখরে। কলম অদুগী মতৌ অদো উবদা কপাশিরা নোক্কশিরা হায়বদো যৌরে। অদুবু কনাদাদ তাইনরুনি। মখুৎ ঙাইহাক্তা তুমিন্না লেতবা হচাগী মগুণ ঐ থঙদবা নত্তে। মচীন তেক্লবা কলম অদুবু বিদায় পীবিরে। হৌগৎতুনা মেমচাগী কলম অদু লৌরুবে। ইগে তৌবদা মহাক্কীদুম্ভ মুক য়াওরমত্রে। 'লাইরদা লাই চংঙি' হায়রবদো এঙোন্দা থোক্লে। অদুবু লায়না থৌনা হন্দবা ঐনি, কলম অদু মুক হাপচিল্লে। মুক হাপচিনবা হেক লোইবগা যুম্নামগী তাদ বকুল তফিং তফিং চংঙকই, "মধু।"

"তাদা।"

"হাই, থানাদা চৎতবা য়াত্রে হৌজিমক। নখোয়গী নবগা ঐখোয়গী বসন্তগা মী ফুনরুই হায়রম্বনা থানাদা লৈহৌরে হায়রম্বনা পাউ লাক্লে। চৎলুত্রবদি অঙাংশিংদো রা চাউনরকপা তারে।"

ময়ম্বোক্লগা ইনাও-কা লৈরসিদি মকাম্নবোই ! থানাগা শক খঙ্গবা তারেদো। কয়ম তৌনি ফরস্থ ফংত্রবস্থ ইনাও স্থপানি লংখোকপা য়াত্রা ? চংতবা য়াদে। কোকচাউবীদি কারে। অদুবু শাউনিং-শাউনিংনা পরপ পরপ ফি শেংচিনহুনা তাদা-বকুলগা খোকমিন্নরে।

থানাদগী হল্লকপদা ফনা থেঙ্লে। থানাদা মক্লপ-মপাংশিং থরা লৈরমহুনা অভাংশিং অহুবুদি লৌথোরক্লে। ইরুজরগা চাক-ঈশিং চারগা ভাইহাক উইরুম-উইরুম তুমথোকলুরে। মীকপ থোক্লকপদা ঐগী লোইশিনজ্রিবা রারি অদো নীংশিংলক্লে। মায়-মীৎ তাথোক্লগা মীৎ-না থরা শিংলক্লগা টেবল মনাক্তা চঙশিল্লে। অহুবু ভসাই ঐনা থম্লম্বা চে-শিং অদো অমত্তা লৈরমদ্রে। ঐনা ওম্ন-তৈননা মফম অতোপ্পদা থম্লম্বরা হায়হুনা কোইথি থিরে। অহুবু ফংবা লৈখিদ্রে। মমানা লোইশিনহুনা থম্লম্বা য়াইকো হায়বা রাথল তৌহুনা, কোক শাগৎপা তৌদনা মমাবু কৌহুনা হংলে, "ভসাই ঐনা টেবল মথক্তা থম্লম্বা চে-শিং অদো লৌশিনবরা ?"

"খোরি-খোরাং খোৎপা চে ময়ান অহুরা ? মহুদি নচা ময়াম্না পুথোকতুনা তেলঙ্গা পাইনখ্রবনি।"

অসিনিদো লাইরিক হৈতবী হুপীগা য়ুম পানামিম্নবা ! কোকথক্তা বজ্র তাবগা মাম্নখরে। লোয়ননা ঐগী রারী ইনিংবগী রাথলস্থ পাইখরে।

( ১৯৬৪ ইং )

# কল্লক-চাউবা

হোস্পিটালদা লাকপা হুমিৎ নিনি শুরে। অদুবু মহাকদি অমুক্তা ফাওবা উমদ্রি। করিবু করি তৌরবা! খন্দবা ঙমদে। ৱার্ড অসিদা ডিউটি তাংদ্রবসু পাউ অসিদি সোয়দনা তারম্লগনি। তারবদি করিগী লাকদ্রবনো? চহী অনীরোম মমাংদা টি-বি ৱাডকী পেসেণ্ট ওইদুনা লৈরিবৈদা থগৎনখিবা নার্স পূম্নমক্কি ঐবু অনাবা হংবা লাক্লম্লগা মহাক্তাদ লাকদ্রিবা করিগীনো? ৱ'রৌথরব্রা? ৱারৌরবস্সু য়াই। মতম কুইরে মাঙোন্দা চিঠি ইথিদবা। ইরোই হায়দুনা ইথিদবদি নত্তে। থুদোং অমা চাদদুনা তৌখিবনি। মহাকসু থগৎলিবনি। চিঠি ইথিদ্রবসু মহাক্কী পাউদি লৌবা তেংকৃত্তে। অদুদি অসীদা ওপরেশন তৌদুনা লৈরে হায়বসি মাঙোন্দা পাউ পীরক্কে হায়দুনা তৌরিবরা? অদুবু অনাবনা অনাবা হংবিরো হায়দুনা বার্তৌন তৌফম থোকপ্রা? পূক্নিংদা ৱারৌদবা ঙম্লক্কে। থল্লকই, মহাক্কী ৱাথল অসি থল্লরোই। অতোপ্পা ৱাথল অমদা লাম্লনবা লাক্লে। অদুবু অতোপ্পা ৱাথল অমত্তা চোংথোরক্রে। গত্তি লৈত্রদুনা মোন মথাদা লৈরিবা উপন্যাস অদু হাংদোক্তুনা পাবা হৌরে। অদুবু করম্বা মতমদা হাল্লগী ৱাথল অদুদা লুপখিবনো থগৎহৌজ্রে। নার্সনা টেম্পরেচর লৌবা লাক্লমদ্রবদি মঙ্-ফাওনরম্লোই। ঙসাই

হাংদোকখিব' লাইরিক্কী লামায় লড়না ঐবু য়ারোলগা লোয়ননা য়েংছুনা লৈরমই।

ভাইহাক লৈরগা চীনদগী থামোমিটার অদো লৌথোক্লগা নার্সনা হংজকই, "ভাদা, এমাংবৈভদা অমুক হোসপিটাল অসীদা লৈবিরমত্রা ?"

নারিবা অহুগী মরমদদি হংঙকত্রদুনা শেরাগ্লনা অতোপ্পা য়াফম অমনা য়াহৌদোক ওইরকপা। অহুদা ঙকতবা ঙমদে। নার্স অসী মমাংবৈভদা উথিত্রি, হোস্পিটাল অসীদা নোনা লাকপা মাল্লি। কনাদগী পাউ ফংছুনা য়াফম অসী হংঙক্লিবনো ? মহাক্না হংঙক্লিবা য়াহং অহুগী পাউথুমদি পীত্রদুনা ঙনথংদুনা হংলে, "করিগী ওইরবনো ?"

"চুম্না অস্তুম হংজবনি !" নার্স অহু ঐগী য়াহং মঙং অহুদা হাইফেৎ ইকাইবগুম তৌই। অহুদগী টেমপরেচরগী রেকোর্ড অদো 'ডেইলি চার্ট'তা ইশিল্লগা অমুক হায়রকই, "ভাদবু ঐখোয়গী অসীদা নার্স অয়াম্বনা নিংথিনা থঙ্ভি।"

"ঙম।" য়ারী অহুদা থোইনা থরাই য়াওরুবা তৌদনা থুমই।

কলম অহু উমাশল্লগা মথবাক্কী অহুরাইদা ত্রাউজরদা থেৎচিল্লে। ঐগী থৌ ইশা-শাদবা মঙং অহু উবদা করেম্নবগী নাত্তাদা নোকমি নোকমি তৌরকই, "নিরুদিগা থঙনবিত্রা ?"

ঐ মীৎ-না থংশিং-শিংঙকই। মহাক্না তম্লক্লিবা তেনদম অসী সোয়দ্রে হায়বা থঙনা থঙনা হংশৈম্নে, "কনানো নিরুদি হায়বদি ?"

"নিরুপমা ভট্টাচার্যি ষ্টাফ নার্স।"

"ও, হাইফেৎ লাকফেৎ থঙনবগুম তৌই।"

"করি থোক্লবিবগে ?"

"করিস্থ থোক্লদে। মহাক্না বাংগালীনি, ঐনা মৈতৈনি।"

ট্রে-দা চাইদুনা লৈরিবা পোৎচৈশিং অহু লোইশিন-লোইশিন্না হায়রকই, "নিরুদিনদি ভাদবু য়াম্না নিংথিনা থঙভি। ভাদগী য়ারী য়াম্না তৌই। ঐঙোন্দা থরা নিংথিনা য়েংশিল্লু হায়দুনা পাউমেল্লকই, ঐদি মরী-মতাকা থোক্লবরা হায়দুনা থল্লুরে।" অহুদগী ভাইহাক তুমিন্না

লৈরগা অমুক শমথরকই, "ঙরাং নিরুদিগী নাইট্ ডিউটী তারমগ্রবগি তাদা য়াম্না য়ারমগনি। অহিং চুপ্পা নিরুদিনা হুমাই হুমহূনা লৈরম্বদো তাদদি জ্ঞান তাদবনিনা থঙবিহৌররিরোই। মহাক্না ডিউটি তামিন্নবা পাউম্নুনা হায়। নিরুদিনা তাদবু য়াম্না.........।"

তানজা অহূদা বেড্ অমদগী অনাবা অমনা য়াম্না। কম্না নাহেহ্নুনা 'সিষ্টর সিষ্টর' হায়হূনা কৌরকপাহূদা য়া লোইশিল্লমদনা নার্স অদো চৎখ্রে।

মমাংঙৈদা নোংমতম্থ শকথঙনখিদ্রিবীনি, অহূবু করিমতা ইকাইবা হংগোইবা তৌদনা কয়া লায়না য়ারী অসী শারম্লিবা। চৌংলোন মাপল য়াংমদা মনিপুরগী থাপ্লবা লোইবী-চৌংগী নাপোম অমদা হৌমিন-চামিন্নবা কনাগুম্বা মরূপ-মপিজা অমগী মফমদ। য়ারী শারগা পেনজবগুম্না পেনজরিগদ্রা? ইপূরুংদা তুমিম্না মাঙোন্দা তৌবিমল উৎচৈ।

অহূ ওইরবাদ নিরুপমানা ঐবু কাউদ্রি। মহাকপু ঙাইহাক্তংগী মমাংদা য়ারোরুবগী দমক ইতোমতা ইমোনদা ইকাইজে। নাইট-ডিউটি পুরম্বাননা হৌজিক অয়ূক তুম্নমথিগনি। হোয়েন মুথিলদি সোয়দ্রনা লাক্কনি।

অয়ূক অহূ ওস্পোক্না চৎনিংদনা তপ্না তপ্না উচিন নাচিম্না চৎখ্রে। য়ানা য়ানা মুংথিলম্থ ফনা য়াম্না হৌখ্রে। অহূবু নিরুপমা লাকপা লৈখিদ্রে। উম্নিংবগী ঈখৌলাংবা অসী ঐগীতরা? মহাকতি ঐবু শুকথন-থনদ্রব্রা? ফরে লাকত্রবম্থ। মহাক্না লাকলগা ঐগী থোইনা কাম্নগদবম্থ লৈতে, ঐগী অনাবসি হৌজিক হৌজিক ফগনি হায়বম্থ লৈতে। মহাক লাক্লগা অরেম্বদা থম্মোয় খোইরাং-খোইশাউননবনি। প্তুন্সিদা ঐখোয় অনীনা নীংনরিবা আশাম্থ থুংগদৌবা উদে। মহাক্না বাংগালী খৃষ্টাননি, অহূগা ঐহাক্না গৌড়িয়াদা হায়নিংঙাই লৈতনা শাথিখ্রবা মৈতৈ ইমুং অমগী মচানি।" খৃষ্টান নিঙোল লৌরুবদি লায়হূনা হয়েং খৃষ্টান মিশনারীগী হোস্পিটাল অসিদগী হনথিবগা শনথি নৈহূনা তুলসী মচুমগা থক্লগা বামোম্না শান্তি হায়দোক্লগা য়ুমদা চঙগদৌরিবনি। ফনহূম ফরে লাক্তবা।

অহুবু ঐগী অক ফত্তগী যুক্তিনা মচু হান্নবৈ হায়বা অহুমতাই। থম্মোয়নদি য়াদে। থম্মোয়নদি মহাকপু কাউসি য়াদে।

সুমিদাং পুং ৮গী অহুরাইদগী ডিউটি শিনবা নার্স কাওবু অমা লাক্লে। মহাক য়াওরক্লিত্রা হায়দুনা য়েংঙি, উদি উদে। মহাকী খোঙজেলগা মাম্নবা খোঙজেল অমদি থংনরিবা কা অহুদগী লাকতুনা নাকোংদা য়ৈয়ৈ, মশকতি উদে। ভাইহাক লৈরগা পাউমু চংঙকই, "নমস্কার, ভাদা। খরা মুত্তাইবিরব্রা ?"

"নমস্কার, সিষ্টর। হোয়, খরদি মুত্তাইরে"

"কনানো লোয়নরক্লিবসি উবিরবরা ?"

অতৈ কনা লোয়নরক্লিবা ঐ খোশাকুদে। মহাক্না হায়রকপা মতুং ইন্না য়েংথোকখিবদা নার্স অমগু থাপতক তৌনা লৈপতুনা লৈরম্বদো উরে। হায়রকই, "নমস্কার, বিহারীদা।"

মহাক্না য়াম্না চাম্নবা লাক্লবদা মহাকী মহৌশাগী ফিভম অদো য়াম্না থীনা কায়রে। ঐমু য়াম্না চাম্নবা লাক্লরে, "নমস্কার, নিরু।"

বাংলাদা নিরুপমানা হংঙকই, "করম তৌবিরিবগে ?"

"য়াম্না মুত্তাইরি।" চুম্না ভাওবা ওম্লরে, "অহুবু হোস্পিটাল অসীদা লাক্লমত্রবদি অমুক হেন্না মুত্তাইরমগদবনি।"

ঐগী বাঙাংগী অর্থ খজিক্কুদা লাম্বা ওম্বা নিরু তুমিন্না লৈখরে। পাউমুনা হংঙকই, "করিগীনো ?"

"হোস্পিটাল অসীদা খওন-চান্নবা মরূপ-মপাং য়াম্না লৈ হায়দুনা লাকপনি। ঐনা থনবা লাল্লম্মে। থায়নগী মরূপ-মপাংশিং অহু লৈরমদ্রে। মখোয় লৈরম্লবদি সোয়দনা ঐবু ভাইহাক কাংদনা হংবা লাক্কদবনি। লৈতবনিনা ওসি মুমিৎ চুপ্পা কনামতনা ঐবু হংবা লাক্কে। হোস্পিটাল অসী পূমওন ওল্লম্মে।"

নোকফেৎ তৌদুনা য়েংঙকই পাউমু, "হোস্পিটানতা নত্তে অহুবুদি সংসারগী পোৎশক খুদিংমক মুমিৎ খুদিংগী ওল্লিবনি।"

"ওল্লিবসি উরমদবনা ফরম্বনি।"

"কোম্না য়ারী সাসি। তাদা ঐখোয়গী ইথক্তা য়াম্না শাউরমাল্লে।" হায়রম্লগা পাউম্নু চৎখ্রে।

"অমুক লাক্কে। শাউগন্নু।" হায়রম্লগা নিরুপমাম্নু তুং ইনখরে।

ঙাইহাক তুমথরুরমাল্লে। ফমুং মপানদা কনানো অমনা মারক্পগুম তৌবদা মীকপ থংখোক খোল্লকই, "কনানো?"

"ঐনি। নিরুনি।"

"করিনো?"

"কাংথন অসী শেমজিল্লিবনি।"

"শেমত্রবন্ত য়ানি।"

ঐনা মহাকপু য়ারে'রে হ'য়বসি গঙলে, "য়াম্না শাউরমাল্লে। ঐ অয়ুক লাক্কে তৌবনি। হোগৎপদা থরা খে'দোকখরে। অহুদগী চাক ঈশিং চাবা হেক লোইবগা মপানদা ভোলিভরী কেইস অমদা চৎভবা য়াদহুনা চৎলুরে। লাকপদা ক্লান্ৎ তাথরে।"

করিমতা ঙাঙদনা ঐ তু'মন্না লৈশিন্নরে। ঐগী ওইনবা থুগাইনবা হোৎনরকই, "মাইনর ওপরেশন'নন কুচনা লেগান থাজদে। করি নু মৎ রিলিজ তৌগদৌরি?"

থরা লাক্লগে তৌবনি। অহুবু য়ারকপা য়াদবা চীনদগী খোকথরে "য়াম্না লৈহান্ন'ত্রবা নখোয়গী হোস্পিটল আসদা? কুইরবোই। হয়েং-হংচিং হেক্তা চৎচাথিগনি। য়ারুগন্ন! মফম অসীগী চাক-ঈশিং, থম্মোয় য়াওদবা সেবা অসীদগী য়ারিমথৈ খূনা নাম্ভোকপা ঙাম্লবমথৈ অফবনি।"

"য়াম্না শাউরে। অহুক য়াম্না শাউরবদি আহিং তুম্বা য়াদবা ওারে। তুমহোরো। ঐ চৎলগে। গুড্-নাইট।" হায়বম্লগা চৎখরে।

নোংঙাল্লগা মীকপ খোল্লকপদা তুমিদাংগী নাস অমত্তা লৈরমদ্রে। ঙানৌবা কাঙবু অমা লাক্লম্মে। ওরা' তুমিদাং নিরুদা ঙাঙশিবা য়াঙাং অহুগীদমক ইভোমতা তুঙাইজরক্তে। নিরুবু উনিং'ঙকই। মচাক্লা শেরাঙ্কবা য়াথল থনথিদনবা য়াফম অহু শেংদোকনিংঙকই।

অয়ুক্পী চাকলেন চারমদাই য়ৌরক্লে। "হোসপিটালগী কোনে য়াইনে চয়ক-চহীং নাইবা চাক-ইনশাং অদু য়েল্লরুগনি থল্লুবদা থরা লাম্লদো পুংথন-থনগৎথরে। হাঁয়গুমদুনা য়েনবা হৌগৎলক্লে। অদুবু ঐগীদা হায়া থুংডনবা মীহৌবদ তৌরদে। ঙাইহাক লৈরগা অনাবা ময়ামগী চাক য়েনবা লোইখরে। তৌইগুম্বসুং ঐগী শক্তি য়ৌরকতরে।" চক য়োল্লবা নার্সশিংনা কাউদুনা চিথরম্মালে থন্দুনা কৌরে, "সিষ্টর, সিষ্টর।"

নার্স অমা ইনাক্তা চঙলকই।

"করি তৌরে ঐগী চাকতি?"

নার্স অদুনা নোকমি নোকমি তৌরকই, "তাদগীদি ঙসি ডাক্তরনা চাক পীজরক্নু হায়রম্মি।"

করেম্নরিবনি থডনা থডনা হংলে, "করিগী?"

তানজা অদুদা নিরুপমা হেক চংডকই। মথুংতা চাক পুথুম অমগী মথক্তা তেংগোৎ অনী-অহুম অমগনু পায়রক্লি। ফোঙ ফোঙ শারিবা মনিন র রা কারিবা চাক অদুনে ইনশাং মথেন থরা অদুনে ফম-নাক্পী টেবল মথক অদুদা থম্লরে। ঐ ঙকতবা ঙমদরে। করিনো তৌররিবসি! মসিদি হোস্পিটালদা মডদা ফাওবা মডবা য়াত্রবা চৌঙ্গাকনি।

"ঙসিদি ঐনা চাকৌজরি।" নোক্লা নোক্লা নিরুপমানা হায়রকই। "হাউনা পীজবদি ঙমজদ্রে। ঐনা থোংজবসি পীজনিংদুনা তৌবনি। ঐ হৌজিক ময়ামগী মেস্তা য়াওজদ্রে?"

ঐ তিঙক তিঙক লাই ওক্লবগুম পংথদুনা লৈরে। নীংশিংলকই, ঐবু ঙারাং নুমিদাং হোস্পিতালগী চাক-ঈশিংগী মরমদা হাইফেৎ পনখিবগুম তৌখবরা!

ঐসু হায়ানংদুনা লৈরম্বা য়াশিং অদো হায়দোক্লে, "ঐসু নোংমা নহাক্লা থোংবা চাক ঈশিং য়াম্না চানিংলম্মি। নোংমতগী য়া নত্তে, পুল্সি চুপ্পা চাবগীনি। অদুবু মদুদি ওইরোই। ঙসি নহাক্লা পীজরিবা অসি পুল্সি চুপ্পা কাউরোইদি হায়ববু পুল্সি চুপ্পা চাবা ফংলরোইদবনিনা য়াথলগী লাইনা অমা মসীনা পোকহললনি।"

নিরুপমানা থাইগী রাভাংদগী করিমতা হোংদনা খুল্লকই. "অহুবু মীওইবা ঐখোয়মা তম্বা ওম্বরা? ঈশ্বর মাগী থুজিল্লি।" মমাং থাদনু রাহং খুদিংগী মসিনি মহাক্কী পাউখুমগী মওং। হায়রুরগা ঈশ্বরদা হেক্তা থংথবা। অতোপ্পা নার্স অমা চংলকপা উবদা রারী অদো অমরোমদা লৈথোকতুনা টেবল মনাক্তা চংশিল্লে।

মুমিদাং ডিউটিদা মতম চানা মহাক লাকই। ঐনা থওহনশিরা থওহনগনুশিরা খল্লম্বা পাউ অদো মাত্তোন্দা পীরে, "নিরু, ঐদি হয়েং রিলিজড্ ওইরগনি।"

"হয়েং? য়াম্না থুখরেদা।"

"য়াম্না থুবসিনা ঐত্তোন্দা ফখরে। কুইথররবদি লাইনা অমম্তু চুখিবা তারে।"

"ফরে, 'থুদি হয়েং মুংথিল অদো ওইনা চংলু। রারী অম-নিত্তং লানিংবনি। অসিদা ময়াম মমাং অসিদা মওং চাদে। অহুগা করিগুম্বা পোং অমত'গা — ।

রা লোইশিল্লমল্লে। ফোন লাকতুনা ফোন পায়বা চংখরে।

নোংঙাল্লগা পুং ৮ তাবগী অহু-রাইদা হোস্পিটালগী লেবোরেটরী-টেকনিশিয়ান নিশিথ দাস লাকই, "নমস্কার, বিহারীবাবু।"

"নমস্কার নিশিথবাবু। নহানমখৈ কদায়দা লেওগ্নবগে উন্নদবসিবু?"

ছুটিদা চৎচরুবা। নহাক্না লাক্লগদবনি। অহুদা নিরুপমাথোয়গী অহন-লমম্না খামলহুনা থরা থেওলক্লে। নিরুপমাবু পীরিবা মুপা অদো ঐগী মরূপনি, অহুনা ঐবুমু থরা চেম্মরে।"

ঐ খাই লাউই। য়ারিবমখৈ ফিঙম কায়দনবা হোৎনৈ, "নিরুপমাবু থাজখ্রব্রনে?"

"ইহে তারমত্রিবোইরে? রা লোইবদি কুইরবনি। লুহোংবগী মুমিৎ তমদহুনা অমুক কুইবসি লৈরক্লিবনি।"

রারী অদোমদা অতৈ চৎখনিংব্রহুনা রাকম অমদা হোংদোক্লবা হোৎনবদা ওমব্রে, "নিশিথবাবু ঐদি ওসি চৎচরগে। মতুংদা অমুক উন্নবা হায়বহুনি।"

"হৌজিকমক চৎপগদৌরিবরা ?"

"মুংখিল ওইনা চৎসিরা থজরি ।"

"ফরে 'তুদি হোরেল চৎলমদাইদা য়ারী শাম্নবা হায়বহৌনি ।" হায়রম্লগা নিশিথ চৎথরে ।

মহাক্না চৎথরগা ঐ জ্ঞান-মেন অমত্তা তাদরে । নিরুপমা থাজথরবা ! নহানমথৈ মহাক্না ঐহোন্দা হায়দবদি কারিগীনো ? হন্দক মহাক্কী লমচৎ-শাজৎতা থরা হোংবা, য়াম্নিবমথৈ ঐহোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনবগুম্বা অমা ঐবু উথিবরা ?

ডাক্তর অনাবা য়েংবা লাক্লে । য়াথল অহুম তৌরম্বদগী হৌগৎতুনা ডাক্তরগী মনাক্তা চৎলে, "ডাক্তর, ঐ হৌজিক চৎচবা য়ারগদ্রা ?"

"একাউন্টস ক্লিয়ার তৌবিরব্রা ?"

"তৌজরনি ।"

"অদুদ য়াম্ননি । মুনিৎ মরি-মঙানিদি থরা চেকশিন্না লৈবিয়ু ।"

"হোয়, ডক্তরনা তকপবা মতু ইয়া চৎচগ'ন ।"

হায়রম্লগা হোস্পিটালগী আফিসতা চৎতুনা ঐগী পীফম থোকপা শেনথুম অদো শোংদোক্লরম্লগা ঐগী থাওরকপা ফিরোন থরা অদু পুদুনা হোস্পিটালদগী থোক্লক্লে ।

( ১৯৬৪ ই॰ )

## মতৈ মনাও

ঐগী পরীক্ষাগী মুঙাইবা পাউ অসি অতৈদমক তমলুদ্রবসু ইচেতোম্বীদদি তমলুদবা য়াদে। পীক্লিভৈদগী হৌহুনা মহাক্না পোকমিন্নবা মৌপরাদৌনা তৌবিরক্লিবনি। মথাগী ক্লাসতসু মহাক্না ময়ুম পান্দ্রিভৈদা য়ান্না চৈরাক তৌহুনা ঐবু তাকপি-তিকপিরক্লিবনি। ঐনা পরিক্ষা পাশ তৌবা অসিদা মহাক্না হরাওগদৌবা অদো ঐভোন্দগী থোইনা তারোই। উন্নবা খুদিংগী 'পরীক্ষা হায়দোকত্রিবরা' হায়হুনা য়ান্না তোয়না হংলিবনি।

চাক তফিং তফিংনা চারগা ইচেতোম্বীখোয়গী য়োনবা পরপ পরপ চৎলে। পাউ অসি তাহল্লম্লগা থুনা অমুক হল্লক্কবা য়াদে। ঐখোয়গী মেম্মগী মমাল্লবী থরসু সিনেমা য়েংহন্দবা য়াদে হায়হুনা ভাইহৌরি — পুং অমগী 'শো'দা।

ইচেতোম্বীখোয়গী য়ুম য়োরগা কোইয়েং কোইয়েং য়েংবদা মপান্দা কনামতা লৈরম্বা উদ্রে। মাঙ্গোল হেক কাথৎপগা ঐগী হৌনবী রা রা লাউনা কোশিরা হেক তৌবদা ইমুংলোমদা গুরুং-গুরাং তৌবগী মখোল অমা নাকোংদা য়ৈররে। পোৎচৈ থাংবা নল্লগা কিস্তরকপগী মখোল ওইরমাল্লে থন্দুনা ঐ থোইনা থৌশারুদে। তৌইগুম্বসুং খুদক অহুদা হীক-হীক লাউনা মুপীনা কপ্পগী খোঞ্জেল অমসু তারক্রে।

লোয়ননা খোনচোপ্ য়াওনা চৈ-থাংবগী খোঞ্জেল অমত্থু য়াওরক্লে। ইচেতোম্বীদা চৈবা শোয়দনা ওইরম্বা তারে। হীক্লা হীক্লা কাপ্লবাস ইচেতোম্বীনি। কোয়া অমুক লাক্লবসু লাকপা হায়হুনি। ঐনা লৈবাস ফজক্রমাল্লে খন্দুনা হল্লগে তৌরে। চৎকে কেক তৌবদা দম্ দম্ লাউনা চৈ হাইথবগী মখোল অমুক্তা নাকোংদা য়ৈরে। লোয়ননা ইচেতোম্বীগী কপ্পগী খোঞ্জেলসু থংকন কনখৎলকই। চুংশাশোয় ফী ফী লাউনা ইবায়-মণিহারনা চৈ-থাংবগী লৈরিবা লোন্-লমথৈ পুথোকতুনা চৈরি। ইচেম্ব মরক মরক্তা কপ্পা কপ্পা থুম্লক্লে। কার থুম্লবনো হায়বহাদি থওজে। ইবায় মণিহারনা "নয়ুমদা চৎচথরোনে। হৌজিকমক নফি-নরোল শেজ্জল্লো, থিনবিরগে।" কা হায়হুনা পাম্পি-পুরি ফংন চৈবহুদি নাকোংদা শিংজানা য়ৈবগুম য়ৈরে।

ঐ অহানবদা করিমত্তা থল্লমদবগী শাউনিংবা অমা পোক্লক্লে। নহানথুকসু মথুৎ থুদেকপিহুনা ডাক্তর য়োকহই। ইচেতোম্বীনখুদি তুকহুনা তেকপনি হায়। মথোয়না য়ুমলোম্লিবা নবকুমারখোয়গী ইন্দোনা তম্লকত্রবান ইবায়না ফুহুনা থুদেকপনি হায়বাস ঐখোয় কনামত্তা থওলরোইদবানি।

চওহুনা থামসিন্না থল্লে। অহুবু ঐমক্তা হেক চত্তবা হায়বসি ফজরোইত্রা থল্লে। হোরেন য়ুমদা চৎতুনা অহন-লমনদা তাকল্লুরগা মখোয় থাংকতুনা লৌহল্লবনা ফগদমাল্লে। অসুম তৌহুনা ওাইহাক কাংদনা মীগী চৈ চাহুনা লৈগদগী শক্তকপুদি য়ুমদা হেক পুহল্লক্লগা লোইরে। করম্বা শাথিবা মরাল ফংহুনা মীবু শা-যণদোনা ফুগদৌরিবনো? মপাঙ্গল শোল্লি হায়হনা মুপীবু তাথি-তাওইনা তৌবিবা! মওক লৈথেকপিনবা মী লৈতহনা তৌরিবনি। চওহুনা মায়োক্লহুনা, চাং য়েংলসিন্না থল্লক্লে। মীৎ হেক লৈথোকখিবদা ফক্লাংদা ক্রেম চনহুনা থেৎতুনা থম্লিবা লুহোংবগী মতমদা পুম্না মখোয় অনি ফমিন্নহুনা নমখিবা ফোটো অদো কোক উক্লরে। ফোটোহু লাকতুনা লংথোকসিন্না থল্লুরে। অহুবু য়ারিবমথৈ পূক্লিং ফাজিন্দুনা য়া ক্রক্ ক্রক্ চীকতুনা থোক্লক্লে।

ইল্লক্লগা সিনেমাবু'দি য়েংদবা য়াদকুনা ৎয়েংলে হায়ববু দাউ কাদ্রে। ঐগী ইস্তুক শুকতোকপা পূক্লিং মরাঙ হোবা নায়খো' অহু উবদা মেন্মগী মমাম্নবী শিংখুমু ঙকচানরে। হংঙকই, 'করি তৌরে। ইস্তুক শুকথরিবদি ?"

"ক'রমু তৌদে," ঐনা খুমই।

ঐগী অশন্বা পাউথুম অহু তাবদা মখোয়সু মথা তাথরক্কে। অতোপ্পা ম্নানীদা মখোয় মশেনতা চত্থাথ। মখোয়গী ম্নানীহু তারুবগী নক্রগা মখোয়গী ম্নাহুদা য়াঙরুবগী হেনি'বা অমত্তা লোথক্রে। তাব-মেন অমত্তা তাক্রে। ইচেতোম্বীগী ঙসাইগী তৌহোবা মতৌ অদো মীৎসিদা উক্কুনতা লেরে.— মহাক্না ঙসাই হীক্না হীক্না কপহোবা, মশাদা চৈ তারকপগী দম্ দম্ লাউবা চৈথোল, ইবায়-মাণহাননা চৈবা— 'ময়ুমদা চৎচথরোনে থিনাবিরগে,' ইচেন' কপ্পা কপ্পা খুম্বা।

সিনেমা লো'ইবগা মেন্মখোয়বু য়ুমদা থিনজিনবিরম্লগা থীনবা তৌরমদ্রে; ইচেতোম্বীখোয়গী ইপাল্লা তাচৌর উম্নরুনবা থোক্লক্লে। পাউ অসি মখোয়দা তাকলুদবা য়াদে।

তফিং তফি' চত্তাথবদা নাঙ্গোনগী ফমেনদা কোনা ফক অমদা ফমহুনা মহাভা'রত পাহুনা ইচেতোম্বীখোয়গী ইপন অদো' লৈরাম্মি। ঐনা লাকপদো উবদা মহাক্কী ল'না মনা পানবা আনোক অহু লোথোক্লগা হংঙকই, "কারনো ইবো ? পরীক্ষা পাশ তৌবগী অথুম-অহাও পুরক্লবরা ?"

"নত্তে ইপন! ঐনা লাক্লিবাসি য়াম্না শাউনিংনা লাক্লিবনি।" ঐগী শুকতোকপা অমুক হেনগৎলকই।

ঐগী ইতৌ অহু উবদা অহন অদো নোকমি তৌরকই, "করিগীনোনে ইবো, অহুক শাথিনা শাউনি'ঙিবা অহুবু ? কনানা ইচাদা করি হায়রক্লগেনে ?"

"নত্তে, ইপন! হৌজিকমক চত্তবা য়াদে। ইচেতোম্বী লৌরুদবা য়াদে। মীবু শা-যণদোনা ফুবা! হুপীনি হায়হুনবু অহুক থীনা তৌবিবা!"

"করি তৌরবগেনে? ৱারী অদো শেংনা তম্মুনে।" ইপন্না হায়রকই।

"ইমীৎমক্না উরক্লবনি। ঈ-নাই তানা মীৱু ফুবা হৌনবরা? অহুগস্থ চাউথোক্না ভাংবা শারি—'চৎচখরো নয়ুমদা খিনবিরগে' কা হায়হুনা ইচেতোম্বীগী কনামতা লৈত্রদোনা!"

ইপনগী মায়থোং অদো খরদি হোংবগুম তৌই। অহুবু ফিংগৎপদি উদে! হায়রকই, "খিল্লক্লগা খিল্লক্লেদনা। খাঙ্‌বা য়ারিবমখৈ নচেতোম্বীস্থ খাঙ্‌খিসহু।"

অহনগী পূক্লিং ফাবা ৱা অদো তাবদগী ঐস্থ খরদি তপথরে হায়বৱু তুমিন্না লৈথোকপদি চুমত্রি খল্লি। ইচেতোম্বীদা চৎহুনা মহাক্না য়াম্না লৈনিংদনা লৈবা ওইরবদি য়ুমদা লাক্লবা শীনদবা য়াদে। হৌজিকমক চৎহুনা মহাক্নী মরা খঙঙ্‌বনা চুম্মি।

ঐনা ইচেতোম্বীথোয়গী য়োবদা মর্মশিল্লে। মাঙ্গোন্দা থাউমৈ অমা থাল্লম্মি, মপানদা মী অমত্তা লৈরনদে। মুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম্না করিমতা খঙশিন্নদবা শাহুনা থোঙ্‌জিন মপানদগী ঐনা কৌই,— "ইচেতোম্বী, ইচেতোম্বী!"

করিমতা থো-ৱা শাদনা ঐস্থ ইমুংদা চংলে। ইচেতোম্বীগা মথোয় অনী মৈফু মনাক্না ফমহুনা লৈরম্মি। ইচেতোম্বীনা খজাই-চাইক্লংদা পেনিসিলিন-মোলোম নাল্লম্মি। মীৎপান্দা ইখাম-খামহুনা খজাই-চাইক্লং নামা পোমতক তৌহুনা লৈবদো থাউমৈ মঙান্দা হেক চঙখিবদা উরে।

উরবনিনা খঙলবস্থ খঙশিন্নদবা শাহুনা হংলে, "করি তৌক্লরে মীপান অহুদি?"

ইবায়-মণিহার ঐঙোন্দা য়েংলমবদগী ইচেতোম্বীরোমদা মায় ওনশিনখি।

ইচেতোম্বীনা খুম্লকই, "হেরা, ওসাই শম্বন মনাক্না যণ তানবদা তুক্লহুনা খেবাৎখ্রিবনি। লাইবক কৈ মীৎ শোকহৌদবা!"

নোকমি নোকমি তৌহুনা ইবায় মণিহার ঐঙোনলোমদা ওনশিল্লকই। ইচেতোম্বীগী পাইরক্নী লৌশিং অহু উবদা পেন্দুনা তৌরিমাল্লে।

"ইহে," ইমায় মণিহারনা হায়রকই, "ইবোপিশক নংস্থ য়েংঙ্সে। নচেগী ফি অসিবু কয়ামুক ফজ্রবগেনে ?"

মনাক্তা চে-থাউ অমদা লৈরম্বা ফুরিং-ফি অমা পুথোরকই। "নচেনা ফত্তে পামদে হায়নে'সিবু। টেরেলিননি। গজদা তরানিথোই পী। তাঙ্খ্রে ইবো, পোৎচৈ পুন্নমক। রৌ অসিস্থ য়েংঙূনে।" ইচেতোম্বীগী তুংগইননা লৈরম্বা ভাশীং ময়ায় ওইরপ তৌবা অমা লৈরম্বত্থবুনি হায়রিবাসি। 'লুপা মঙা পীনে।"

রাগী রাপাং ওইনা ইচেতোম্বীনা হায়রকই, "ইহে, ইবুংঙো নংস্থ ঙসিদি চাক চাখ্রসি।"

অতৈ অতোপ্পা মতমদা ওইরম্লবদি চাবস্থ য়াবনি। অহুবু চানীংদ্রে। ঐনা লাকপদা থল্লকপগা তৌরম্লিবা মতোগা থেম্মমনখ্রহুনা ঐ মঙলা হারা খঙ্দ্রে।

"ঐ য়াম্না অথুবা অমগী লাক্লিবনি। ঐগী পরীক্ষাগী পাউতা পীরমগে হায়দুনা চঙলকপনি। সেকেণ্ড ডিভিসনদা লাক্লে। ঐ চৎলগে, মরূপ মপাং ময়াম ভায়দুনা লৈরম্লনি।" হায়রম্লগা ঐ থোক্লক্লে।

( ১৯৬৫ ইং )

## লোইরবা